# ꯑꯩꯒꯤ ꯅꯨꯄꯥꯒꯤ ꯃꯆꯥ

# ঐগী নুপাগী মচা

# ঐগী নুপাগী মচা

খাওবম সত্যবতী



রাইর্টস ফোরম, ইম্ফাল




**EIGEE NUPAGEE MACHA**
*A collection of Manipuri short stories*
*by Haobam Satyabati*
*Imphal*

অফোঙবা ঃ রাইর্টস ফোরম, ইম্ফালগীদমক
খুন্দ্রাকপম পব্লিকেসন্সনা ফোঙবা।

কোপী ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

মখূম ঃ সুধির নাওরোইবম

মমল ঃ লুপা ১০০/-

ISBN 81-89101-04-8

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।



ইমা,

ৱাহৈ অসিদ হায়জবদা
কয়াদা থম্মোই ইংলিবা,
হৌজিক করিসু হায়ররোই
ঙম্নমক লোইখ্রে।
অদুবু,
অঙাওবী ঐগী থম্মোইদগী
থোকলকপা ৱারী খরনা
শেমজবা লাইরিক অসিমত্তুংদি
ইমাগী খুয়াখাদা কৎচরি,
লৌবিয়ুকো।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল কৌবা লূপ অসি ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী থৌগল তৌজরিবশিংগী মনুংদা নৌহৌনা মশক তাক্লবসু য়ারে। অদুবু অহানবা ওইনা শকখঙনরিবা অপাবশিংগী ওইনা খরদং পল্লবদা — খৃষ্টকুম ১৯৮৮ দা ৱাখল মান্নবা অইবা খুজোক অমনা লাইরিক ফোঙবগী অৱাবা খরমখৈ শাফনবগী পান্দমগা লোয়ননা লিংখৎখিবা লূপনি। অহানবা প্রসিদেন্ট, কুমারী থোইবী দেবী; অদুগা অহানবা সেক্রেটরী লমাবম বীরমনিনী। মতমগী খোঙলৈ তৃংইন্না মাঙলোমদা অসুম চঙশিল্লকপনা ঙসিদি মেম্বর মশীং য়াম্না লৈরবা লূপ অমা ওইবতা নত্তনা লাইরিক ফোঙবগী থবকপু লেপ্পা লৈতনা চত্থরক্লি। মতম মতমগী ওইনা সাহিত্য, সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা থৌরম কয়া পায়খৎপদা নত্তনা খ্বাইদগী চাং নাইনা ফোঙলিবা মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙ সাহিত্যগী পাউসু পুথোকচরি।

মশাগী মেম্বরশিংগী মরক্তা লাইরিক ফোঙবগী স্কিম য়াওবা মেম্বরশিং অসিদা নত্তনা চুম্নগী মেম্বর খক্তং ওইনা লৈজবা কয়াসু য়াওরি।

হন্দক পুথোকচরিবা হাওবম সত্যবতীগী ৱারীমচাশিংগী খৃদোল ঐগী নুপাগী মচা অসিনা ফোরম অসিগী ৭৬ শুবা লাইরিকনি। অইবী অসি ঐখোয়গী স্কিমগী মেম্বরনি। মমাঙদসু ৱারীমচাগী লাইরিকশিং পুথোকপিখ্রে। মদুদি মল্লবা ডাইরি, পোক্লফম।

অইবীগী ৱারীমচাশিংনা পীরিবা মহাও অমদি নুংঙাইবা অসি পুন্নমক্না তরাম্না লৌশীনবিনবা অপাবশিংগী মফমদা নোল্লুক্না লাম্থোকচরি।

ইম্ফাল
২৫/৪/২০০৫

**বি এস রাজকুমার**
সেক্রেটরী
রাইর্টস ফোরম, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরা

ইবনা অসুক্কী মতিক নুংঙাইহল্লী অদুগা থৌগী খল্লুরগনা ইবনা অসুক্কী মতিক ৱাহল্লী। অৱা নুংঙাই অনীগী হিংনবগী লানফমদা পুন্সিনা লাম্থেংনরি, খঙদে অপাঙবা মী অমদি নত্তবনিনা হেক হেক মঙলাক্লরি।

লাইরিক অসিদা হাপচরিবা ৱারী মচা তরানিপালনি। ৱারী খরদি সাহিত্য, ঋতু, নাচোমনচিংবা কয়াদা ফোঙখ্রে। ৱারী খরসু (A.I.R) এ. আই. আর., ইম্ফালদা পাথোকখ্রে। পুন্নমক অসি লাইরিক ওইনা অমুক হন্না ফোঙদোকচবদা য়াহনবীবগীদমক মরি লৈনবশিংবু হন্না হন্না ইকোক নোঞ্জরি।

লাইরিক অসিবু ওইননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সগী ইপ্পা মঙ্গি অমদি ইচিল-ইপ্পা পুন্নমকপুসু পুন্সিগী কাউবা ঙমলরোই হন্না হন্না থাগৎচরি।

অইবী

## য়াওফম তাকপা

# হক

ঐখোয় তরামণ্ডাগী খোঙচৎনি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা শীন্দুনা ইন্দিয়ান কাউন্সিল ফোর কলচরেল রিলেসনগী মখাদা শেমলকপা জগোয়গী টুর অমনি। থা অমরোমগী মতমদা মফমনা ইউ এস এগী ষ্টেট কয়াদা উৎকনি। শোদি য়ামখরে তরামণ্ডা হেল্লি। নুমিৎ কয়ানি চঙনা বসতা, ট্রেনদা, এরোপ্লেন্দা লাকপদা ঈরূপ-ঈপিজাশিংগী অৱা-নুংঙাইগী মরক্তা কনা অমগী কায়না মৈশা ফুমদুনা লাক্লিবনি ঐসু মহাক্তগদি উন্নরমগে হায়দুনা।

ইহান হানবমক্তদা মোন্টনাদা শো অমা উৎলি রাস লীলা, মোন্টনাদগী ওহাইয়ো; ওহাইয়োদগী ঙসিনা ৱাশিংটনগী প্রেষ্টোন ওডিটোরিয়মদা। শোদি মশীং থিঙমদ্রে। ঐখোয়গী খোঙচৎসু তংখায় হেঞ্জিলক্লে মসি ফাওবদা ঐ চনিং তাদ্রি। ঐনা য়ূমদগী আশা অমা তৌরকই ঐহাক মহাক্কা উন্নগনি, ঐখোয়না চৎলিবসি অমেরিকাদনি অদুবু ঙসি ফাওবদি মহাক্কী সমিন ফংদ্রি। মহাক্তো উন্নদ্রবসু য়াৱবনি উন্ননিংবসু পোক্তে অদুবু উন্নদবা য়াদবগুম ঐঙোন্দা খল্লি, অমুক্তং উন্নরমদ্রবদি থম্মোইনুংদা নারিবা লায়না অসে লাইওং খঙদনা পুন্সিচুপ্পা চক চক থিনবা লায়না অমা ওইগদৌরি, অদুগা মসিনা কয়ামুক য়াম্না নৈবাক মচা তাগদৌরিবনো হায়বদুসু খঙদে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐ ইথক্তা ৱা পুদুনা চৎনিংদে, কনাগীসু লমন তোন্নীংদে; মসিমক্তা ঙসি চিনখ্রবা থবকময়াম অমা থাদোক্লমদুনা মফম অসিদা য়াওরক্লিবনি। মীওইবা হায়বসে দোষ গুণ শুনা তিনবা ঙাক্তনি, ঐঙোন্দসু ময়াওবা তাবনি খেন্নবা হায়ববু চাংদুতনি। ঐনা মাবু খঞ্জরুই, পুন্সিগী লেঙদবা মরুপনি নীংজরুই, অদুবু চান্নবা লমফাংনহল্লে. লমফাংবা অসিমক্তা পুন্সি অসিবু পাখৎচদুনা তামলবা মীরম অসিদা মাবু কোয়থি থিররিবনি।

নিউ য়োর্ককী স্কুল ওব কনেকটিকট ওডিটোরিয়মদনি, মীনা চোন্না তিল্লে। অমেরিকা অমদি এসিয়া পূন্না পাঙথোকমিন্নবা কলচরেল প্রোগ্রাম অমনি। নুমিৎ হুমনি চূপ্পা তৌবনি। অরোইবা নুমিৎতা এসিয়াগী প্রোগ্রাম তাই। মদুদা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা মণিপুরগী জগোয় য়াওরি। ঐ লৈমা জগোয় উৎকনি। ইচে থম্বাললৈকানা ঈশৈ শক্লগা ঐনা থোইবী জগোয় শাবদু থ-থাগী নৎখিদ্রে চান্ননা লাই য়াওখ্রে। ওজানা জগোয় হৌদ্রিঙৈগী মাঙওইননা সিনোপসিস অমা পী "অদুঙৈ মোইরাংগী মজাইবেম্মা থোইবীনা থাংজিং লাইগী লাইমাঙদা মাগী নুংশিজবা খম্বগা জগোয় খূৎথেক কৎমিন্নদুনা শামিন্নখি, অদুবু খম্বা য়াওদবা মতমদা থোইবীতনা মরোমদোম শাখি, মদুগুম ঙসি ময়ামগী মাঙদা থমজরি।"

ওজানা লাউথোকপা হেক লোইবগা ফিজং হাইদোক্লে; মৈগী কুম্মৈসু অদুমমক হৌরে। ইচে থম্বাললৈকাগী খোঞ্জেলদু করিগী অদুক মেঙলিবা, বাঁশিগা য়েৎনরদুনা ঈংনা তপ্পা লাউখৎলকপা সুরনা য়ামখ্রবা ভাবোক অদুগী লৱাইলেম্ফুদা নম্বগুম চেক-মোক লাউহন্দনা থমাইবগুম পূন্নমক্কী পূক্লিংদু ঐঙোন্দা চিংশিল্লি।

ঐনা জগোয় লোইদুনা ষ্টেজদগী থোকলকপদা মহাক্তো চাউথ্রোক চাউনা লেপ্তুনা লৈরমলে। ঐ শ্বায় লাওই, তৌফম খঙদে, হুমাং শৌরম্বা মাঙখি। মমাংঙৈ তামহৌরবা ঈরৈবাক্তা লৈনখিবা ৱাখলদু খঙহৌ হৌরকপগুম অমত্তা ওইনা হৈথরকই, মীৎতা পি হৌরকই অদুবু শোরারেন্না কোম্মৌজাম্বীগী সনাগী কৈরাক চিংখৎখিদুনা সর্গ কাবা নংহৌদবগুম পিদো শিন্থদনা কংখি। য়াম্না থুনা ভাবোক্তগী চেম্মোরকপা নুপা নুপী কয়ানা ঐবু কোয়শীল্লরে। ঐ ঙাইহাক জ্ঞান মাঙলুরমালে। মখোয়না ৱাহং কয়া হংই, ফোটো কয়া নম্মী। ঐসু খুম্বা য়াবা খুমলে, পূন্নমক্তুগী মতুংদা মহাক লৈ, ঐ মাবু য়েংলুবা ঙমদ্রে।

ঐখোয় মণিপুরদগী লাকপা কাঙবুগা মাগা ৱারী শান্নরে। ঐখোয়গী পার্টিনা মাগা উন্নজবদা য়াম্না হরাওনা উই। হয়েং অয়ুক ঐখোয়বু মহাক্কীদা চাক্কী বার্ত্তন অমা তৌরম্লগা মহাক চৎখ্রে। ঐঙোন্দা করি অমত্তা হায়রমদে, ঐ পেন্দে অসুক কুইরবা মতুংদা মাগা উন্নববু ঐগী থুংফম হংলমদে মসিনি ঐনা পেন্দ্রিবা, চৎলমদাইদা মসিমদি হায়রম্মী "হয়েং উন্নরসি ঙসিদি ইনগেইজমেন্ট অমা লৈরে।" ঐনা তশেংনা ঙকই, নুপা অমনা মাগী নুপীদগী হেন্না চিনবা থবক অসিবু করি ওইরিগবা! ঐদি ঐগী নুপাদগী ৱাখল হেন্না থবক চিনবা অমা লৈতবনা সমুদ্র পূম্বা লান্দুনা উন্নররিবসিনি।

লেক্সিংটন হোটেলগী নিপালশুবা মথোলগী কা অমদা ঐখোয় লৈ। মাগী মওংদু খল্লুরগা ঐ তুমফম খঙদে। হয়েংগী চাক্কী বার্ত্তন অসিবু চৎসিরা, চৎনুসিরা খল্লি। নোংঙানবদগী কোয়চৎ চৎলুরবা ঐখোয়গী কাওবু অশিবগুম মাগী মাগী ফমুংদা তাদুনা লৈরি। ঐনা করিগীনো অসুক লৈতাদ্রিবা? মরেপ হেল্লবা দলান কয়াদগী থোক্ললিবা মৈঙালনা অতিয়াগী থবানমিচাকশিংগী মরক্তা লিৎশিনখিদুনা খূৎশেমগা মহৌশাগা অমত্তা ওইনা নিংথৌ তুরেল শেম্মিন্নরি। অহিংসে ফনা থেঙখ্রে, নিউয়োর্ক সিটিগী মৈঙালনা ঐবু শুম্বা ঙমদ্রে। চহী কয়াগী তুংদা কায়নরক্লবা ইপুরোইববু ঙসিদি মফম অমদা পুল্লরে অদুগা করিগীনো অসুক কুইনা কায়নরক্লবা মাগী নুপীবু উবদা ইখৌলাংবা ফাওদ্রিবা -

"হে! হন্দক্কী নিংঙোল চাক্কৌবসি নংহল্লসিকো।"

মহাক্কী মমীৎ অদুনা ঐবু কোয়নৈ লৈদুনা য়েংই। মাগী মমীৎ খুৎঙাও অদুদা টেবল মথক্তা লৈরিবা অচাপোৎশিংদু চাবদি লায়রদনা শোকচবা ফাওবা ঐ ঙমখিদে। মহাক্তি ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী শরুকশিংদু চাবা পুমলোই লোইশিনখ্রে। চা গ্লাসতু থক্লা থক্লা ঐবু থৌই "লোইশিল্লো অস্বাই ফাওবদং কোয়রুসি।" ঐহাক ইকায়বনা মায়সে হায়গৎপা ঙমদে, মাগা অসুম্না নক্লবদি অমুক্তসু নক্লখিদ্রি, মাগী চিঠি পারগা মুন্না য়েংজরগা কোঞ্জবা নত্তনা মাগী ফজরবা শকফমদু ফাওবা নোংমতসু মপূংফানা য়েংজদ্রিবনি।

নুমিৎতু ক্যামগৈরোমদা চৎলি। মাগী মরূপনি হায়বরা মন্দোমচাগীনি হায়বরা য়ুম অমদা ঐবু পুশিল্লি। য়ুম অদো মরুপকীবু ওইরো মরি-মতাগীবু ওইরো মদু ঐহাক নীংশিংদ্রে। ঐনা কাউদবদি পীক্লবা কা অদুগী দৃশ্য অদুনি ঙসি ফাওবা ময়েক শেংলিবদি। ঐ মাবু তশেংনা নুংশি, মাসে খ্বাইদগীসু ফজে, ঐদি মঙোন্দা পূমঙাও ঙাওখিবনি, মাসু ঐঙোন্দদি ঙাওখি। মাগী নুপা ওইবগী মচৎ অমনা ঐবুসু কিহল্লি মদুমক্লা নুমিৎতু ঐহাক য়ুম হনখিদ্রবনি।

অহল-লমন্না ঐখোয়বু লুহোংবিখি। ঐখোয় অনীগী নুংঙাইজবী হায়বদো খম থেংখি। মহাক্লা ইরুজবা লোইদুনা ঐগী হঙ্গামপাল মতেকতু শেৎলগা কাদা চঙলকই। মশমদু তুমথোকলুবগী মখুৎনা নান নান্দুনা অমুক অনীরকসু

নীকথোকই। উবদা তইং তইংবা ফাওই। শমজেৎ হাৎতুনা মিংশেল মমাংদা লোসন থাওনচিংবা তৈ। য়েংবদা মশাদু ওম্ফোক্লা মপুং ফায়, তুখোংশিং ঙন্নমক লংত্রিক লংনা লৈরে। অহিং মোতাই-শুদাইনরুবা, অয়ুক্কী উফুল-ৱাইফুল পুন্নমক চামথোকখ্রে। মিংশেল মমাংদা মোন্দা নুংঙাইনা লৈরি। নুপানা ফজবদগী ফজবসিদি ইরুজবা কারকপনিদনা। কোট, সুট, তাই ফিগী লৈতেংনি। কম্ফি থাদুনা হকচাংগী অথোই অহেন তান্নবসু হিংচাবগী মশক্তি। তুংগী লেংজুম মপা অনীদগী খাম্রাংননা তোংলপ লোইরোই লোইরোই হায়থরক্কুনা য়াংলেন শরুনা খায়রগা পুন্না খ্বাং তমলকপা, মাঙদনা ফজরবা মায়থোং অদুগা মরুং লিংলবা ঙক্কী মখাদা মতা ফল্লবা থবাক, মখুৎ অনীনা লেং-ওৎ তৌবদা খুম্বা ঙমদ্রবা মাগী পাম্বোম মরুগী শদোং, অদুগা উনশানা লাকপা ঙমদ্রবা শিংলি নাওরিশিংনা খুবোমদা পরিং চেল্লি; অসুক মপুং ফাজবা। ইপা ইপুশিংনা নুপীগী ফজবা য়েংগে হায়রবদি ইরুজবা কারকপদা য়েংঙু হায়রিবদুবু নুপাদি উদবা জাৎলা? মখোয় মশাবু মিংশেল মমাঙদা অমুক্তা লেপখিদবা জাৎলা। ফজৈ ফজৈ নুপা ফজৈ ইরুজবা লোইবগী শম কংদ্রিঙৈ মতমসিনা মখোয়গী খ্বাইদগী মশক থোকপা মতমনি। নুপা হায়বদো নুপানি। মীওইবগী চাওথোকচনিংঙাইনি। ঐ পেল্লি। মানা মমিৎক্তু ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐ মাবু য়েংদবা শাই। অদুবু লুহোংলবা মতুং থা অহুম ফাদ্রিঙৈদা মহাক অমেরিকা চৎপা তারে হায়খি। ৱাফমদু তাবদা ঐ থম্মোয়সে সেগাক কায়। মহাক্তি অমেরিকা চৎকনি হায়বসিগী লাঙখিবদা তুম্বা চাবা খঙখিদ্রে, পাম্মুখ্রবা অমা চৎখ্রগনি খল্লুবদা ঐদি মাতবু উবদা পি তাই, হংই কয়াম কুইনা লৈরক্কদৌরিবনো? চহী অমত্তনি, গভর্নমেন্ট ওব ইন্দিয়াগী টুরিজম দিপার্মেন্টকী প্রোজেক্ট অমগীনি। মসিদগী হেনবা ঐ খঙদ্রে। ইবানি নুংশিনবগী হায়রুরবদি ঐবুসু পুবিগদবোই নীংই অদুবু মথন্ত ওম্থোক্লা নুংঙাইনা চৎখ্রে।

ঐদি মাতবু খল্লি, মাগী ৱাখলনা ঐগী শাংলবা মতমদো পীক থন্না লেঞ্জরিবনি। হেক চৎখিবগা চিঠি থারক্কদরা নীংবনি অদুবু থারক্তে, কুইরবা মতুংদা অহলগী মিংদা অমা লাকই। ইকুবোক্লা চিঠিদু ময়াম মমাঙদুদা হৌনা পাই। ঐ শ্বায় শ্বায় লাউই করিবু হায়রক্লমগদৌরিবনো মীয়াম মমাঙসিদা ঐদি ওম্থোক্লা তনজখ্রে হায়বা মচেৎ অমতং তোঙান্না ইরক্কে হায়দে। নঙসিদি লাইমা মথোঙ চাদেদা। পানা পানা চিঠিদু অদুম লোইশিনখ্রে। ময়াম পংনোক নোকই। ইকুবোক্তা লোইরবরনে হংনিংই অদুবু করন্না হংলুনি, লেপ্তুনা পাথরক্কুনা লোইজরগে নহাক্কী নচানুপা থৌঙমবা মঙাং ময়েক শেংনা হায়দুনা লোইশিনখ্রবনি।

মরূপ-মপাং খঙন-চান্নবা কয়া অমসু ঐগা ৱারী শান্নবা লাকই; কয়া অমগী মরক্তগী হায়রম্মী, থৌঙম্বদি অমেরিকাদা নুপী অমা লৌদুনা লৈরে। ঐহাক ৱাফমদু তাবদা অচুম্বরা চুমদবরা মখা তানা হংথনবগী পাঙ্গল লৈখিদে। নুমিৎতুদা শাজাওবা মাগী তুমফমদা ঐনা কপচখিবদো পুন্সিদা অদুন্না অমুক ওইররোই।

মহাক্কী ৱাখলদা অহিংসে লৈরমদ্রে কয়াদা লায়না নিউয়োর্ককী অহিংসে লোইরম্লবা, স্কাইস্ক্রেপরশিংগী মরক্তা নুমিৎকী মঙালনা চঙ চঙদুনা থিল্লক্লে। মহাক্কী চাক্কী বার্ত্তনগী খল্লিঙৈদা অয়ুক অসিসু খঙহৌদে। মহাক্না থারক্কনি হায়রম্বা গাড়ীদু থারক্তুনা লৈররে। ঐখোয়গী কাঙবু ঙম্নমক চৎনবা শেম-শাবা লোইদুনা কূমথনখ্রে, খনবমখৈ খল্লগা ঐসু কুমথরক্লে।

হডসন তুরেলনা নাওকোঞ্জবা লিঙ্কন টনেল ফাওদুনা চৎলগা নিউজর্সিদা লৈরম্বা মহাক্কী য়ুম অদো পংচাউ চাউদে অদুবু নানবদি অমেরিকানি হায়নিংই। মহাক্না য়াম্না হরাওনা ঐখোয়বু ওকই। ঐনা চঙখিবদা অততাই ওইনা হায়রকই "লাকও চঙলকউ।" ৱারী-ৱাতাই কয়া তৌনরে, য়েংহনবা য়াবা য়েংহল্লে ঐখোয়গী কাঙবু কোইচৎ চৎতুনা য়েংই। থৌরাংশিং অদুগী মরক ওইনা মানা ঐবু অতোপ্পা কা অমদা কৌশিল্লকই, "ইবেতোন সোমদা অমুক্তা লাও।"

ঐহাক চঙলে, ফমুং কানি, ফম্মু হায়রকই। ঐ ঙমদে, চিংশিন্দুনা ঐবু ফমহল্লি অদুগা হায়রকই "মতমসে ওঙ্গোক্লা চিনা ফংখ্রে। ঐসু চহী অহুমসিমগা শাংথরকপসি লোইরগদি য়ুমদা থোরক্লনি।"

ঐ ৱা ঙাঙদে।

"ইমা-পাবুং কমদৌরি, অনা-অয়েক য়াওদেদনা" হংজিল্লকই।

খুমফম খঙদে, ঐ মদুগী দায়ত্ব লৌদ্রবীনি। চহী ফাজিল্লক্লে ইপামদা লৈবা। মহাক্না নুংশিনা কোনশিল্লক্লগা।

"ঐবু শাওরিবরনে।"

খোঞ্জেলদু ওঙ্গোক্লা মেঙখ্রে; ক্যামগৈগী কাদু খঙনিং নীংশিংহল্লি।

থংনবা কাগী ময়ামদু লাঙবগী মখোল হেঙ্গৎলকপগুম তৌই। নুপীগী খোঞ্জেল অমনা, থৌঙম্বা, মাই দিয়র, থৌঙম্বা কৌবগী মখোল অমা তায়। খোঞ্জেলদু হেক তাবদা মহাক মপান থোকখি। ঐনা থোক্লকপা মতমদা নুপীদুগা মখোয় অনী ওঙ্গোক্লা নুংশিননা চুপ্নরমখ্রে মীয়াম মমাঙদুদা। ঐ তপ্না ইরূপ-

ইপীজাশিংগী মরক্তা চঙদুনা ফমজরে। নুপীদু য়াম্না মখেল লাংনা উই। মহাক্না থৌঙম্বা অমদি ঐখোয় ময়ামদা হায়, মণিপুরগী জগোয় গ্রুপ অমা লাকই হায়বা ঐ পেপরদগী ফংবদা ছুটি লৌদুনা চেল্লক্লিবনি। ঐহাক লেক্সিংটন হোটেলসু য়ৌরুরে। ঐখোয় ময়াম্মকপু য়েংদুনা নোকই অদুগা মশামকপু মিসিজ থৌঙম্বনি হায়দুনা শকতাকচৈ। ঐ তৌফম খঙদে, ইশা পুম্বা চেং খৈবগুম নীকই। ইশাবু অসুক মায়থিজহনবা ফংনবগীদমক্তরা সি-তান্না লাক্লিবসিবু খল্লুবদা লৈজবা পাঙ্গল শীজিন্নদুনা পি থিংনবা হোৎনৈ। ঐগী নুপানা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংলগা ঐনা কুজবা য়াবগী পরেংদা ফম্বগুম ঐ লৈরি, মীৎ উইশিন্দুনা খাঙই। অদুবু ঐহাক ঐগী লাইনাগী ডায়গনোসতি তৌরে।

ঐখোয় মাগী ময়ূমদু থাদোরক্নে। মতৈ-মনাওদুগা ময়ামগা নুংশিনা বিদায় তৌনৈ। ঐদি তৌরমদ্রে। নুংশিবনা মরম ওইদুনা ঐনা মাগা হক পুল্লুই, মতৈ-মনাও শেমজরুই। মীওইবগী ৱাখলনা হক অসিবু লৈতেং ওইনা লেন্নজবনি। হক অসিবু ঙাকচ-শেঞ্জবা ঙমদ্রবদি করিবু খেন্নরিবগে শাগী ৱাখলগা?

ঐখোয়গী প্রোগ্রাম পূমলোই লোইরে। অমেরিকা থাদোক্লবগীদমক নিউয়োর্ককী জোন এফ কেনেদি ইন্টরনেস্সেল এয়রপোর্টতা লৈরে। চাওখৎলবা অমেরিকা অসিদগী ঐ করিগুম্বা পোৎ অমত্তা পুরক্তে, পামজদবা মফমনি খল্লুবদা হেনথোইরবা লৈবাক অসিবু প্রাইশ্চিত তৌরি। ঐনসু থম্মদ্রে, লৈহৌবা হায়ববু লেক্সিংটন হোটেলগী মোনদু চোৎহৌবদু মঙায়রে। ঐ মঙোন্দা হায়নিংলম্বনি। নঙনা ফংলিবা ওলেনটেরিসতা অদো নঙগুম্বা পুকচেল চেন্দবা ওইসনু, অদুগা ঐগী খম্বসু নঙগুম্বা ওইদবা ওইসনুকো অদুবু তাঞ্জা ফংখিদ্রে।

আটল্যান্টিক মহাসাগরগী ময়াই কারবা ঈশিং মথক্তা এরোপ্লেন্না ঐখোয়বু ইয়ূম মায়কৈদা থিল্লক্লি। নিউয়োর্ককী ফজরবা দলানশিং, লম্বীগী নীংথিজরবা ময়েক, শাংলবা থোংগী হরিবান্দোং, চুনজৈদা নঙসে কেপিটেল ওব কেপিটেলিজম, বিদায়।

লৈহৌরোকো অমেরিকে! নাপল তৌনা লেপহৌরো। নঙগী নাপলনা মীওই কয়াগী থৌনা হাপ্পী; ঐসু ঐগী লায়রজরবা ইরৈপাক্ত লৈহৌবা, চৎলমদাইদা পিরাং শীন্দুনা লেপহৌবা খম্বদুগীদমক থৌনা অসি পুদুনা হল্লগেকো।

# হৌখ্রবা অয়ুক

মংলেম্বা ইরুজফম কাগী থোঙদু ইন্দুনা চঙগে হেক তৌবদা "কনানো ঐ লৈয়ে" হায়রকই।

খোঞ্জেলদু তাবদা মংলেম্বা শ্বায় লাওনা পাইথোরকই। ইস! হরে হরে লোইরেদনা ঐদি মায়সে থমফম লৈত্রে খল্লি। মাগী কা তান্না লাকই, মশা পুম্বা চেনলাক-চেনফোইনবগুম শ্বর হোল্লি, মিহুন্দু কয়াম চাউবগে হায়ববু ফুরিৎ লিৎতবা মথবাক্তু ফাওবগুম তৌই। ফমুংদা হিপথৈ। মহাক্না হিপথরিবদু খুয়া-লুখুম তুংইন্না হিপথবা নত্তে মরাক্তা ফৈনা হায়থবনি। লুহোংবা থা ফাদ্রিবা মৌদু ঙসিদি মখুৎ তংগনি হায়দুনা ঙস্তানা ইরুজদুনা চাকখুম চঙনবা হোৎনবনি।

মংলেম্বনা খল্লি হৌজিক্কীদুবু ইমাগী খোঞ্জেল নত্তে, মানি মৌগী মখোলনি। ঐবু করম্নো, ঐখোয় তোম্বা লৈরমগদ্রা... ঐবু করিনি হায়না খনখিনি। ইনেদুবু... শিরম্মদি... ফ...নি...দা ...। মসিনসু মাগী ৱাখল লোইশিন্দ্রি মবুক মনুংদা লোল্লি। মহাক হেক লাকপদগী ঐখোয়গী ইমুংসি পুমনৌ নৌখ্রবনি পোৎ খুদিংমক ইহনতা হল্লি, ঐনা নহানমখৈ চারম্বা পুখমকাদো অহনবা ওনখ্রে। মাগী উল্লক্লিবরা নত্রগা ইমানা লৈরিবরা, সিবু হংলুবা য়ারিবরা? মংলেম্বা হুমাং কাংই।

তশেংবনি ইমুং অসি মখেল য়াম্না লাংনৈ, য়াম্না হরাওনৈ মী পুন্নমক অসি অনৌবা ৱাখল হাপ্পগুম মকা য়াম্না লাংনৈ, থম্মোই য়াম্না শেংননা উই, শেংদ্রিবনা কনা, খঙদে থম্মোই অমদি য়াম্না খোইজেং-লিংজেন্না উই।

তরং তরং হুমদোরকপদা ঙায়রিবা অয়ুক্কী মেঙলবা মঙালদুদা মংলেম্বা নাইতোম নীংশিংলকই।

মতম অদো য়াওশঙ হুমনি চনবা নুমিৎনি। লম্বী শড়ক পুম্বা আবেরনা পুমঙাং ঙাঙই। ঐখোয় ইমান্নবা ৫/৬ খুৎতা আবের পায়দুনা কোয়চৎ চৎলি

মরূপশিং অদুগী মখোয় মখোয়না নুংশিজবা, পামজবা, খঙনবা লৈবা লৈকাই খুদিং য়ৌদুনা আবের তৈনৈ, অচাপোৎ চামিন্নে, অরোইবদা খাগেমপল্লি য়ৌরকই। হোটেল অমগী থাদুনা লৈরিবা ফান্দা মখোয় লৈশাবী মঙা ফমলম্মী, ঐনা হায়রুই

"ভাই অসিদা লৈরিবসি তৈরুসি লাও।"

মখোয়না "য়াওরিবরা" হংলকই?

চিলাং-খলাং ওইনা হায়দোকখি "হোই য়াওরি।"

ঐখোয় লোইনমক মরি মরি চঙলকই। নুমিৎতুদা ফাওখি অসিদা লৈরেদনা ঐগীদি, তশেংনমক ঐনা তৈনিংবদি মরিশুবদা ফমলিব'সে। ঙসাইমখৈ মখোয় মখোয়না পামজবনি, নুংশিনবনি হায়দুনা তৈরকলিবশিং অদু অমত্তা পামজদে, ফজদে। চন্দ্রকুমারগীদুনা ঙৌদি ঙৌই হায়ববু চমফুৎ, থোইবগীদুনা রাশি লৈ হায় লৈসু লৈতে অদুগা সোমোগীদুনা মশকপুদি থীদে অদুওইরবসু শম্ভু য়াম্না থুংমল্লি পামজদে, মরিশুবদা ফমলিবসি করিদী ৱাৎলি। ঐখোয়না মরি-মরি চঙশিনখিবদুদা মখোয়শিংদু শড়ক মনাক্তা লৈবা য়ুম অমদা চেনশিনখি। সোমোনা লাওই।

"চেনগনু চেনগনু, লাক-ও বোরা কাংহৌসু চামিন্নসি অমুক অমুকতং তৈরমগে থোরক-ও।"

লৈশাবীশিংদুগী মরক্তগী অমনা থোঙনাওদা মমায়দু খিত্তং লীৎথোরক্লগা

"মে, নখোয়বু কনানি হায়দুনা তৈহনগদৌরিবনো, চৎলো চৎলো।"

লৈনিংবগী হায়রুরবদি রসগুলা লিক্লিকাদু লোইনা লৈনিংলবনি অদুবু ঙসাইমখৈ ঐসু মখোয় মখোয়গী নুংশিজবীশিংদুদা তৈখিবনিনা ঐগীদসু অমুক লোইনা তৈরক্কে হায়রক্কদৌরি, খুৎ তরুক শুনা নাল্লুবগী দরকার লৈতে য়ারকতবসিনদুম হেন্না ফরে। মাগী মমায় অসিদি ঐ ইতোমতা তৈনিংই।

"ভাই কান্নদে লাকও চাকতুম য়াম্না লামশিল্লক্লে।" হায়রগা থোকলকই। ঐনা থোকলক্লবা অদুদদি মখোয়সু লোইনা থোরক্লে। ঐনা মমাঙ ইথা থারম্বদু মতুং অমুক ইথং থংহৌই, মরিশুবীদুবু উবরা য়েংই।

নোংঙাল্লগা ঙস্তানা ঐ মখোয়না ফম্বা হোটেলদুদা লাকই। মফমদু অ ভাং অহল শুনা লাকই, লৈশাবী অনীখকসু চঙলক্লই। "ইনে বোরাগা কাংহৌগা পীয়ু।" হায়রৈ।

ই! ঙরাংগীদুরা —? মহাক্তি য়াওদে। মখোয় অনীসিবু ঙরাং য়াওবরা, লাকশিনবা ঙমদে। ইনেনা হৌগৎলক্তুনা ফান্দা ফমলীবা অহলদুগী চা গ্লাসতু পীরগা লৈশাবী অনীদুগী বোরা কাংহৌ অমুক তম্মী। ইনে'সে য়াম্না মিৎশিং-নাশিংই, মশা পায় তয়াং তয়াংনা থবক তৌরিবদু মপানলোমদগীবু ওইরবসু মনুংদগীবু ওইরবসু মীনা ব্বা অমা হায়রকপদা মমিৎনককা য়েংবিরুদ্রবসু পাউখুম খুমদোরকপদা হেক্তা চান্নে। লৈকাইগী লৈশাবীশিংগী ব্বা লোইনা খঙলমগদবা মাল্লি। ঐবু মাগী মরমদা খিস্তুং হংলসিরা, অদুবু করমহায়ননোনে ঐনা হৌদোক্কদৌরিবসিবু, ঙরাংগী মরীশুবী নুপীদু হায়রুবদি ঐবু অঙাওবরা হায়না সোয়দনা খনখিবা তারে। অসুম্না ঙাইহাক কোইয়েং য়েংদুনা লৈরিঙৈদা লৈশাবী অহুম কোক লাকই। মহাকসু য়াওরকই।

"ইনে বোরাগা কাংহৌগা পীয়ু।"

ঙরাংদি ঐখোয় ময়াম উবদা পাখৎতুনা চেনখিবদু ঙসিদি করিসু নাচুংদনা মখোয়নদুম ইনাক্তা চঙশিলক্লে। ফুরিৎখাওদা আবের পীক থন্না য়াওরি নীম পেকেৎ কায়দ্রি খুৎতনি শঙবা হৌদ্রিবা, হরাওনা হৌগৎলগা মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়রুই।

"আবের খিত্ত তৈগে।"

মমান্নবী অমনা নোকচান্ননা হায়রকই "হাইমা মথন্তনা অঙাওবা মাল্লিকো।"

থাজরুদবা পাউখুম তাবদা চিং লাওই। মখোয় কাংহৌ বোরা পুরগা চৎখি। ইনেদা য়েংই, মহাক তাবরা তাদবরা খঙদে নোনথদুনা মরোই শোইদুনা লৈ। ঐহাক অদুমক থোরক্লে। শড়ক মচিন্দুদা ঙাইহাক লেপ্পী মমিংতদি খঙখ্রগে নত্রবদি য়াম্না ককঙাওনরে। কনাদা হংসিগে থন্না অকোয়বদু কোয়য়েং য়েংই। হৌজিক লাকলম্বদুবু করি ফি শেৎলি করি মচু ইল্লি খঙহৌদে, কদোমদা চঙখিবনো হায়বা ফাওবা হেক উহৌদেদা, কমদৌননোনে ঐনা থিগদবসিবো ইনেদদি চঙলরোই। অঙাং অমা কৌশিল্লগা হংই।

"নখোয় লৈকাইগী করি নুমিত্তা থাবল চোংগনি?"

"ঐখোয়গীদি নহান মৈ থাবা নুমিৎতা চোংইনা।"

অস! তানিংখিদ্রেদা সত্য! খোন খজিক্তুং কনখি।

"অমুক চোংলরোইদরা হায়বনে।"

"খঙদে" হায়রম্লগা অঙাংদু চেনখ্রে।

য়াওশঙ লোইখ্রে, ইনেগী হোটেলদুদা ঐহাক তৎতনা লাক্লি, ঙসিসু চা থক্লি। ইথা থাজদনা মহাক অদো ইরেন্না লাক্রে, মতোমতনি। ইনেগী মনাক তান্না চঙশিনখিদুনা মানা পুরকপা খুজাইদু থম্লগা। "ইনে চা মঙা পীয়ু।"

য়াওশঙ মনুংদদি ইরাঙ-লাঙদুনা ইখঙবু খঙহৌদে ঙসিদি কয়াদা ময়েক শেংলবা ইনাক অসিদা মতোমতনি চঙলক্লিবসে হান্নদগী লিশিং লিশিং হেঞ্জিল্লি য়েংনা য়েংনা মহাক্তো অদুমমক চৎখ্রে, করিসু হায়বা ঙমহৌদে, হায়গদৌরিবনা করি ইনেগী মমাঙদুদা। উপায় লৈতে ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা ইনেদা হেক্তা হায়রে।

"ইনে, হৌজিক্কী নুপীদু করি মমিং কৌবগে?"

"চা লৌখিবদুরা, খঙদে ঐখোয়দি চাউবা চাউবা হায়না কৌই, স্কুলদদি করিনো... লৈ... মা... নিংথিলৈমা হায়বরা করিনো'মা কৌবনি।"

মতিক চপ চায় নিংথিলৈমা কৌবা মশকতুগা। ঐ ৱাকোই শূদ্রে।

"ইনে, মা'দো ঐ য়াম্না নুংশি অমুক্তা হায়বিয়ুবা।"

ইনেনা তয়াং তয়াংনা

"হায় মথক্তা মচে অনী লৈরিবনি অদুগুম্বগী ইরাংককা লৈবজাৎ নত্তে।"

"অদু ওইরবসু ইনে হায়দ হায়বিয়ু।"

"হোয় হোয় হায়বিগে হায়বিগে।"

ঐহাক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে। নোংঙানবগা ইনেগীদা চৎলি।

"ইনে হায়বিরবরা?"

'ইবুংঙো লাক্কেনে।

ফুরিৎ-খোঙগ্রাও থৌবগুম ঐহাক ইনেগীদা নিত্তিগী লাক্কুনা হংই। অদুবু ইনেদি করিসু য়াঙসিল্লমদে লাক্তেনে, নঙহৌদে, কাওইদা নচিংবা কয়ানি। মথংগী নুমিৎতুদি ইকাইদুনা চৎত্রে, খরা লৈরগা চৎলি।

"ইবুংঙো মী য়াম্মনখিদুনা হায়হৌদে।"

ঐ ৱারৌই, ইনেসে মতমবু করিসু ওইনা লৌদমালে। বি. এ. পরিক্ষা নকশিলক্লে। ঐহাক লাইরিক্তা মায় ওনশিল্লকই। পরিক্ষা লোইরগা নোংমা ইনেদা হংই।

"ইনে ইহায়মক হায়বিদ্রবরা?"

"এ- হায়রে হায়রে, মাদি থবককা তৌদ্রিমখৈ লুহোংলোই হায়নে।"

"ইনে থবক তৌরগা য়ারবরা?"

"য়ারে য়ারে।"

ঐদি থাজরুই মানা হায়বা। ঐহাক কম্না হোৎনদুনা থবক অমা তৌরে মাগীদমক্তা তৌরবনি। ঐ থবক তৌরে হায়বসে ইনেদা খঙহল্লুই অদুবু ইনেনা বোরা থাদবগী মৈশা মরক্তা খোইশাওননা

"নঙ নত্তেনে মানিনে।"

আশা কায়খি, কয়াম কুইনা ঙাইখিগদৌরিবা!

হন্দক মরকসি ইমানা য়াম্না তৌইনা লুহোংবগী ৱা পল্লকই। ঐনা থৌনা ফনা হায়দোকখি - "ঐগী খঙনজবী লৈ, ঐনা য়ারে হায়রবা কান্দা হায়রক্লে হৌজিক্তি ঐ ঙমখিরোই।"

ইমুংসিদা লুহোংবা অমা থোক্তবা ইয়া য়াদবদৌনা বাবাগা ইমাগনা কোয়চেল চেন্দুনা হোৎনৈ। নোংমা থংনবা কাদা বাবানা ইমাদা হায়খিবা তায়।

"করিনো নঙনা ময়াম্বা লৈনা লৈনা মনাও হায়রিবসিবো?"

"হো মাগীদি লৈজে, মা হায়রক্লে হৌজিক ঙমখিরোই হায়য়ে।"

লুহোংবা নুমিৎতুদা ঐ মাবু খঙখি নিংথিলৈমনি।

মপান্দা গাড়ী লাকপগী মখোল তায় মংলেম্বা হৌগৎতুনা য়েংই, তোম্বনি। রৌ অমা মঙক্তা থৌরি কিদুনা পুশিল্লকই। মংলেম্বা মপুক্লিংদা ফাওই হুম!

কৈথেলকা কারুরিমালে ইকাইবকা অমত্তা খঙনদ্রমালে অঙাংশিংসে, য়েংনিংখিদ্রেদা - মহাক খোইশাওনৈ।

মমানা চাকখুম্মাংদা এঙ্গাং শেম্মী মৌনা হংলকই

"ইমা ঙাসিবু তোইনা থোংগদরা মতুম থোংগদরা?"

চাকশঙদা ঙাদু থনম্লগা খোঙকাপ খরা কানথোক্লুরবা তোম্বনা তনহন হঞ্জিলক্লুনা হায়রকই

"হে! ঐখোয় তামোদি অতোইবা থোংবা পামদবনি মতুম থোংঙু তাউরগা।"

হায়নরিবদু মংলেম্বা মকাদগী তায়, মপুক্লিংদা নোকই, হুম তৌশিন্নরনু দরকার লৈতে। মহাক্না মনাওবু য়াম্না ৱারৌবা লৈ মরমদি মহৌশা মখোয় অনী কা অমত্তদা লৈমিন্নরম্বদু সোমদা মথন্ত ইনথোরক্কে। য়াহৌ ঙন্তা ঙন্তা হৌমিন্নদুনা থবক-ইনখাং শুমিন্নরম্বদুসু পাক-ককা হৌগৎলক্কে, হৌগৎলগনা চীন তেংনবা ঈশিংদি কায়না অমুক হং-খোৎ তৌই, চেনশিন্দুনা মনা লৈদৌনি, ঐ ফাওবা ইথন্ত অদুমক তৌজে, মসিনি মংলেম্বদা ওমলিবসি।

মাঙ্গোলগী দারী মচিন্দুদা মমা মচা ফম্মিন্দুনা লৈ। মংলেম্বনা মমাদা হংই। "করিগীনো নখোয়না তোম্ববু অসুক থুনা লুহোংবিরিবসিবো?"

"হেরা নঙ মামসে মচানুপী ঙাক্তা অহুম পোকই। অহন্দু হাকুম চেনখিবজাৎনি য়ান্নদদুনা ইম্থোকই হায়য়ে। থা ৩/৪ লৈরগা য়াইমদু অমুক চেনখ্রে হায় অদুদা নঙ মামনা মচে লৌখৎত্রিঙৈদা মনাও হোংবা ঙমলোই হায়দুনা হোংদ্রবদা মী পুন্নমক্না লক্করে নোক্করে হায় মচাবু অসুন্না পোক্লবদি তরামুক পোকপীগে হায়না, অদুদদি নঙ মামনা শাওদুনা থা অমগী মনুংদা মচানুপী লুহোংগনি হায়দুনা বড় তনথি থিদুনা হোংলক্লিবসিনি।"

"অদুগা ঐখোয় তোম্বদনা করম্না তারিবা?"

"মঙোন্দা তাবা নত্তেনে নঙোন্দা তাবনিনে।"

মমা তুমিন লৈখি মখা তারকখিদ্রে। মংলেম্বা মমিৎতু মমাদা য়েংই। য়েংঙু হেন্না তানিংলবা মতাং অসিদনা তুমিন লৈশিনখ্রিবসে, মসিগী নুপী অসিদিনে ... অসিদিনে..... মপান্দি থোকঙমদনা মখোয়দৌদু ব্রি ব্রি শাওগৎলি কলপ্না হায়রকই

“মখোয়গী লুহোংবদু ঐখোয়গী ইমুংসিদা করম্না তারক্লিবনো হায়বা?”

“নপাগা নঙ মামগসে কা অমত্তদনে থবক তৌমিন্নরিবসে শক-মায় ঙাক্নদবা য়ারিবরা।”

মমা হৌগৎখি। মংলেম্বসু শাওনিংনা মকাদা চঙলকই। মকোকতু খোৎপদা মশমদু খরা ফোইদৎচখি। মফি শেৎচিল্লি খোঙঙুপ নানথোক্কে য়েংলুবদা ব্রস লৈরমদে কন্না লাওখি “তোম্বা।”

কুইদে তোম্বা চেনশিল্লকই।

“তামো ঐবু কৌবিবরা?”

“খোঙঙুপ কাপকা ব্রসকদি?”

“ঐগীদা লৈরমগনি পুজরক্কে।”

তোম্বা মমায় লৈথোক্লুরগা করি খল্লুরবনো তনলৈ অমুক লৈশিল্লক্লগা তপ্না “খোঙঙুপ্তু পীবিরকও।”

তোম্বা মতু ইপোন পোন্না মমাঙদা লেপ্তুনা লৈ। মংলেম্বনা মমিৎতু খানা য়েংদুনা নঙনে নঙনে থাদুনা তোক্কনিকো ফোঙদোকই। উপশিল্লুরবা খোঙঙুপ্তু অমুক লৌথোকপা তাখি। শাওবা ফাওবা মনিং হেক তৌজবা ঙমদে মতাগুম ফমুংদা অমুক লোংনা হায়থে।

নাকনগী থোঙদু তপ্না হাংদোরক্লগা খোঙঙুপ্তু থম্মী। মংলেম্বা খঙই, তোম্বা নত্তে, মা ওইরবদি খোঙ ময়াসি তান্না পুশিল্লক্কনি। মহাক কাউদে নহান নোংমসু মিংশেল থিবা মাগী কাদা চঙশিল্লুই মৌ লৈরম্বনি হরে হরে মনাওনুপীগী কাদা মতৈ চঙলে হায়না পাওথোকখ্রবদি লোইরেদকো, ঙসিনা অমুক ইরুজরিঙৈদা... মংলেম্বা হুমাং হেঙ্গৎলকই।

মমানা মচাগী নাক্তা চঙলক্লগা তপ্না হায়রকই “ইবুংঙো, নঙবু লুহোংগদবা কয়াম ঋাৎলিবগে?”

মংলেম্বা মমাবু য়েংই। মমাগী শকফম উবদা পাউখোং ফোঙবগুম ভাব লাক্লি। হৌজিক্তা খঙফাও ফাওরক্লি। মমাদা থিনা চৈখিবনি লুহোংলোই। হিপলম্বদগী হৌগৎলক্তুনা ফম্মী মমাদা ওনশিল্লি, মিকুপ খরা অসিদা পুক্লিংগী

ৱাফম পুন্নমক ময়েক শেংবগুম তৌখ্রে। মথম্মোইদা ফাওই মখোয় লোইনমক্না ঐগী য়াকা ঙাইদুনা লৈরম্মি। ঐদি ইশাগী য়েংদুনা বাবানা হায়বদা ইনখিদে। তোম্বদি মশাগী খল্লুদনা বাবানা হায়বা ইন্দুনা বাবাগী মায় ঙাকলমলি। ঙসি ফাওবা বাবাগা ইমাগনা ঐবুতা খল্লম্মি, ঐনা হায়খিবা ৱাদা ঙসি ফাওবা চৎথরমলি। মংলেম্বা তৌফম খঙদ্রে হান্না লৈরম্বা ৱাখল পুন্নমক মাঙখিদুনা মমাবু নুংশিনা য়েংদুনা লৈ। মপিদুম হৌরক্কে তৌই। মমাবু নুংঙাইহন্নবা খজিক্তং নোক্লগা "ঐ ইমাগা বাবাগনা হায়বদু ইয়া য়াইদা।"

ইথা থাজরুদবা মচানুপাগী পাউখুম তাবদা মমাসু হরাওরে। মচাবু য়েংলগা নুংঙাইনা "অদুদি ইমানা হন্দক নীংলিবা নুপী অসে মশকসু ফজে মরমচৎসু ফৈ মসি হোংলসি। মমিংদু মাদরমালা কৌই।"

মংলেম্বা শ্বাই লাওই ইমাইপেমা ইমানা পোকপদগী অসিগুম্বা মিংসিদি অমুক্তসু তাখিদ্রি মচিন্দা থোক্লকই। "য়ারে য়ারে মাদরমালারা বান্দরমালারা করি মালানো, মালা য়াওরবসু য়ারে য়াওদ্রবসু য়ারে।"

মমা থোকখ্রে। মংলেম্বা মথন্ত ঙায়হৌরে, খল্লি মফি শেৎচিল্লুরবনিনা অস্বাই ফাওবদং থোক্লুরগে অদুগা তোম্বগী ঙাদু চারগে।

---

# ফুরিৎ ফুরিৎ

বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্কী মনুংচন্না লৈবা নাচৌ হায়স্কুলগী লম্পাকনি। স্কুলগী হাফ থাবা মতমনি। নুপামচা নুপীমচা কয়ানা মখেল লাংনা শান্নরি, চেনবা চোংবা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শান্নবা, কয়া অমনা পোৎফম ফম্বীদগী অচাপোৎ লৈদুনা চারি। পুংকক চাউবী নুপীমচা খরদি স্কুলগী উখোংদা ঙাদুনা মখাথাবা কয়ানা শান্নরিবদু য়েংলি। করিগুম্বা মতমদসু শান্নরিবা কাঙবুনা চুম্মি লাল্লি খৎনরকপদা মখোয়না অচুম-অরান ৱায়েল পী।

কাং কাং কাং স্কুলগী চৌকিদারনা মালগাড়ীগী স্পোক্তগী শেম্বা য়োৎকী য়াল্লিবা অকোয়বদুদা য়ৈরকপগী মখোল তাবদা মহৈরোই পুন্নমক শান্নরম্বা তোক্তুনা মাগী মাগী ক্লাস তন্নরকই। অচৌবসু ঙসাইমখৈ নুংশা মরক্তা চেন্দুনা শান্নরুবদগী মমায়-মমিৎ পুমঙাং ঙাংবমখৈ ক্লাসতা চঙলকই। চেন্দুনা শান্নরুবগী নুংশাশ্বর চাউনা হোনবসু লেপ্তে। চিরাইদগী হুমাং মরি মরি চেন্থরি। ক্লাস থ্রিগী কাদুদা চঙলক্তুনা মাগী ফমফম বেঞ্চদুদা হেক ফমবদা খঙনিং নীংশিংলকই ওজা বোরাচাউবা, থংনবা মমান্নবদা হংই।

“তোনজু হৌজিক করি সবজেক্ট থোকই?”

“মণিপুরী।”

অচৌবা খল্লি, সোয়দ্রে ওজা বোরাচাউবা লাক্লনি। শান্নবগী ৱারুবা শৌরম্বা হুমাং মথক্তা হজ্জিনখিবগুম তৌই পুংইং ইংথখি। অচৌবা খঙশোন শোন্থখি। তোনজুদা য়েংলক্লগা হায়রকই।

“ভাই ঐ ছুটি লৌথ্রগে।”

“কৈদৌরগে ভাই?”

"ঐ ইশা ঙমদ্রে। ওজা হেডমাষ্টরদা নঙ অমুক্তা হায়বিরুচো ঐ ইশা য়াম ঙমদ্রে, ছুটি লৌরগে হায়না।"

"ভাই নঙ হৌজিক্তা অদুক য়াম্না কল্লগা.....।"

তোনজুনা হায়রকপা তাবদা অচৌবা ঙাইহাক তুমিন লৈ অদুবু পম্থবা ঙমলকত্রে অমুক হায়রকই।

"চৎলো ভাই ওজা বোরাচাউবা লাকপনা হাল্লনি।"

"ঐখোয় অনী চৎলগা হায়মিন্নরুসি লাকও।"

"ঐ চৎলোই।"

"কৈদৌরগে ভাই?"

"ঐ ওফিস চঙবা তল্লি। নহানসু ঈশিং থকপা চৎপদা ওজাশিংনা ঐগী ফুরিৎসে কুদাম মখুনসু চান্নদ্রে, ওজা মেনকানা ঐগী ফুরিৎসে করি মচুনো হায়রগা ময়াম নোকই। নঙ খরা হায়বিরুচো ঐ চঙবা তল্লি।"

ফুরিৎকী ব্রা পল্লকপদা তোনজুসু নীংশিংলকই নহান ওজা বোরাচাউবনা মখুবাক্তা চৈ মঙা ফুখিবনি। মদুগী ফুরিৎতু অমুক হন্না লিৎলক্লবদি চৈ তরা ফুগনি হায়খি। অচৌবা কপখিবনি, মহাক লৈথবা ঙমদ্রে অমুক হায়রকই।

"ভাই নঙনা হায়বিদ্রবদি ঐ ছুটি হূরানখ্রগে।"

হায়দুনা চেনগে তৌই।

তোনজুনা "ঙাইখো ভাই, ছুটি হূরাল্লবদি ওজা হেড মাষ্টরনা অমুক হেন্না ফুরনি। ঐ হায়রুরগে অদো করি হায়না হায়য়ুগে?"

"ভাই নঙনা হায়নিংবা অমা হেক্তা হায়রুরো।"

তোনজু হেডমাষ্টরগী মনাক্তা ছুটিগী হায়বা চৎখি। মহাক্না চৎখিবগা লোয়ননা অচৌবা মাগী ফমফমদগী থোরক্লে, ক্লাসকী থোঙ মনাক্কুদা লেপতুনা তোজুবু ঙাইদুনা লৈ। মখোঙ নামদি ক্লাসতগী থোরক্লবনি। মমিৎতু তথক তথক শাদানবগী মাঙদা লৈরবা শানা চেনগদবগী খোঙফম য়েংবগুম মিৎনহা মচা অদুনা তোনজুগী মহুক্তা ওজা বোরাচাউবা ওইনা ফাওদোরক্কদরা হায়না পাখৎপা, অকিবা তুজুংবা শুনা তিল্লবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লেপ্লি। অঙৌবা মচুদগী শুবদসু

ঙৌখৎত্রবা উফুল মচু তারক্লবা মদুগী মথক্তা অচা-অথক, হৈতুপ-হৈরা চ::গী মপাক মপাক চুদুনা লৈরিবা অদুগা মাঙলোমদা কুদাম তৎলবা মচীদুনা মমায়গী হুমাং তৈথোকখিবগী মমিনা নুরানা লৈমায়দা হকথেংননা তক্লরুবগী মমিগুম তারবা ফুরিৎ অদুনা মশাদা থোংলিবা অচৌবনি। ফুরিৎতুগী মথক্তা মচু মান্নদ্রবা লংনা শাংনা ফোৎতুনা তাইরবা মপুক হাপ্লবা লাইরিক খাওদুনা ঙকশমদগী নাকন্দা খাওন ওন্থদুনা য়াল্লি। ছুটি লৌবা চৎখিবা মরুপ্পু ঙাইবদা চহি তরা মপুং ফাদ্রিবা মায়থোং ওইরবসু ব্রজনা শোক্লবা শ্রীযুৎ ইবুংঙো চরাইরোংবা মহারাজগী সনা মায়থোংদগী হেন্না শোকচিল্লমগদবা মাল্লি। ওজা বোরাচাউবা লাকত্রিঙৈদা চেনখ্রসিরা খল্লি। মিহুন চেঙ্গুম-চেঙ্গান্নরিঙৈদা তোনজু লাক্লে। মহাক লাকপা উবদা অচৌবদি অদুমক থোরক্লে। তোনজুনা হায়।

"ভাই য়ারবনি ঐনা নঙ নশা ঙমদ্রে নখোয় ইমানসু ছুটি লৌরকউ হায় হায়দুনা অনীমক হায়বদা অদুম য়ারক্লে।"

হায়রিবসি অচৌবদি স্কুলগী লম্পাক য়ৌখ্রে তোনজুনা হায়দুনা লৈহৌবনি।

অচৌবা ময়ুম য়ৌরকই থোঙ্গাল হেক লানশিনখিবদা হান্না ৱারম্বা ৱাখল পুন্নমক লোইশিনখিদুনা নোংঙানবদগী করি অমত্তা তারকত্রিবা পুক্কী অরাম্বা ফাওরকই। শুমাংদগী চেনশিলক্তুনা কৌরকই "ইমা চাক লোইরব্রা?

নোংঙানবদগী মমাসু পাৎতা চৎলুবনি হলক্লগা স্কুল চৎখিবা মচাবু পীজনবগীদমক চাক থোংলম্বনি। মচাবু উবদা হংলকই

"নঙ হলক্লবরা, হৌজিকপো কয়াম থেঙখ্রবগেনে?"

মমা মচা অনীমক অমনা অমগী হংনবগী পাউখুম অমত্তা পীনদে। মাগী মাগী ৱাখলতমক ফোঙদোক্লে। মমানা চাক থোংলম্বা উবদা অচৌবা মপুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওই। চাকখুম্মাংদুদা লেপতুনা কদায় য়ৌরবগে হায়বগী ৱাখলদা য়েংদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা মমাদা হায়রকই।

"ইমা ঐগী ফুরিৎ করি নুমিৎতা লৈগদৌরিবনো?"

মমা, মচানা হায়রিবদু তাবরা তাদবরা খঙদে চরু মৈ য়াঙদুনা থোংলিবা চাকতু লোইনবা কন্না হোৎনরি।

মথংগী নুমিৎনি, অচৌবগী মমা য়েনখাদগী ইন হঙ্গেন পুথোরক্তুনা ইমুংদগী তুঙ্গোল লৌথোক্লুরগা পুনশিন্দুনা পুননবা কন্না হোৎনরি। মনঙ্গন্দনা চহি ফাদ্রিবা অঙাংদু পোরী। মচেৎ মচেৎ কিন্থরবা দারী মথক্তুদা বোড়া অমগী মথক্তা অচৌবা ফমলি। পাবা পাদবদি খঙদে মমাঙদা লাইরিক ফাকতোক্তুনা লৈরি। হায়রকই

"ইমা ঐগী ফুরিৎ ঙসি লৈরুসিকো।"

মমা তায় অদুবু পাউখুম পীরক্তে, হঙ্গেন্দু নাম্থোকপা মপা অমদা কন্না পুন্নবা হোৎনরি। মচানুপানা মখা তারকই।

"ওজানা মসিগী ফুরিৎসি লিৎলগা স্কুল কারক্কনু হায়, ফুসু য়াম্না ফুই। ইমা ঐ স্কুল কারোইকো, ঙসি লৈরুসি।"

মমা চৎখ্রে। অচৌবা অমুকসু লাওহৌই।

"ইমা ঙসি ঐগী ফুরিৎ লৈরুসিকো।"

মমানা চৎখিবা য়েংদুনা লৈহৌই। দারী মথকতুদা অদুমক ফমদুনা লৈরি। লাইরিক পাবসু তৌদে তুমিন্না ফম্লি, ফম্না কুইনা ফমদুনা লৈ অদুদগী করি খল্লুরবনো খঙদে মানা লিৎলম্বা ফুরিৎতু লৌথোক্তুনা থম্মি অদুগা ইমুংদা চেনশিনদুনা শাবন থিরৈ, কোয়থি থি মফম খুদিং য়েংই, কাম্ভ-লুখা, য়েনখা-লুখা পূন্নমক থুংলে, চেংহি চফুদু ফাওবা থাঙ্গৎলুরে। ফিশু শাবনবু ওইরবসু হকচাং শাবনবু ওইরবসু মচেৎ অমত্তা ফংদ্রে। মপান থোরক্তুনা বোড়া মথক্তগী ফুরিৎতু লৌখৎলগা ঙাইহাক লেপতুনা লৈ অদুদগী পুখ্রীরোমদা চৎখ্রে অদুগা ঈশিংদা চুপ চুপ লুপতুনা শুদোক্লে। ফুরিৎতু ফৌরম্লগা লেংজুম শুপলপ, পাম্বোম নৌবা, শদোন ৱাংলপ শ্বর চিংখৎপা মানবা শাবান্দো চোং চোংদুনা মনিং তেকথোক্তুনা খুললোমদা শান্নবা চেনখ্রে।

নুমিৎনা কোক্তোন্দগী লৈথরক্লবা মতমদা অচৌবা ময়ুম চঙলকই। মমা হলক্লমদ্রি। ইমুং চঙদুনা অমুক অনীরকসু কৌরুরে। মপান্দা থোরক্তুনা মমাবু ঙাই। ঙসাই অয়ুক্তগী থাবা বোড়াদু লেঙদনা লৈরি। মবুক হাপ্লবা খাও অদুসু মফম হোংদনা লৈ। অচৌবা তপ্না চঙলক্তুনা খাওদু ইমুংদা পুশিল্লে বোড়াদুসু লৌখৎলে। দারী মচিন্দুদা লেপতুনা মমাবু ঙাইদুনা লৈখ্রে।

ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা মমা মহৌশাগুম হল্লকই ইন হঙ্গেন য়াওই, তুঙ্গোন য়াল্লি। মখুৎ য়েৎনা খাও অমসু পায় মদু ঙসিগী চরানি। অচৌবা মমাবু হেক উবদা চেনথোরক্কুনা ওক্লে মমিৎতু মমাদা য়েংখৎলদুনা হায়রকই।

"ইমা চাক চাদ্রিঙৈদা ফুরিৎ হান্না লৈরুরসিরা?" মখা তারকই "ফুরিৎতু ঐনা শুদোক্লবনি।"

মমানা "সে অমুক্তা পায়য়ুসে।" খাওদু পী মখোয় চঙমিন্নরকই।

মমানা চাক থোংগদবগী হোৎনবদু উবদা অচৌবনা

"ইমা ফুরিৎ লৈবা চৎলরোইদরা?"

"ইবুংঙো পৈশা শুদ্রিনে, ঙসি নিনি-হুমনি লৈরগা লৈশি।"

মমানা মচাবু য়েংলগা মখা শমথরকই, "ইচাগী ফুরিৎ লৈগনিদা, শুকসোই সোইদনা লৈগনি ইমাগা পূন্না খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা চৎমিন্নরগা নঙনা অপাম্বা খনগদৌরিবনি।"

অচৌবা ফুরিৎ লৈররোই খল্লুবদা মথৱাই নুংঙাইরমদবদু মানা অপাম্বা খনগনি নীংলুবদা খরমখৈ শাফে অদুগা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল পল্লকপদা নুংঙাইবসু ফাওই।

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল — মমানা নোংমা পুবীখিবনি। বস তোংদুনা চৎলি। অচৌবা কাউদ্রি। পেৎ পেৎ লাওরবা ফমফম, ফজরবা থোংনাও, লম্পাক্লুম ঈশৈ খোংই। অঙাং অহল, নুপা নুপী মীয়াম অমা পূন্না চৎমিন্নে। পিং-পোং পিং-পোং বসকী অহানবা হোর্ন খোংলকপা মখোল তাবদা কয়াদা নুংঙাইখিবা, খোংলিবা ঈশৈদগী মদুনা হেন্না নুংঙাইখি। মখোঙ অনীদু মখা শোকপা ঙমদনা ফমলম্বদু মখাদা চোংথৈ। দ্রাইভরগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রুই "অমুক্কা খোংঙো অমুক্কা খোংঙো।" মহাক্কা খল্লি ঐনা গাড়ী থৌরবদি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা খোংদুনা থৌগনি। কৈশাম্পাৎ জঙ্কশনদা বস খামলে। পাক্লবা শড়ক, মীনা মরি-মরি, রিক্সো, সাইকল গাড়ী কয়ানা খুরক হাঙদে। লমলোং মরি ফাংবগী ময়ায়দা লেপ্তুনা সাইন তৌরিবা নুপাদুনা মখুৎ মশা হায়দুনা লম্বী তাক্লি। অচৌবা মমাগী ফিজি পায়দুনা পাকখ্রবা থোংদু লাল্লি, ঙাইহাক খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী ৱাখলদা লুপতুনা লৈ। মহাক কাওদ্রি মপুক্লীংদা খল্লি শামু লৈহৌবদু হন্দক্তি য়াম্না মুন্না য়েংলক্লে।

মমানা হায়রকই, “নঙবো ঙসি স্কুল কাদ্রবরা?”

“ইমা ওজানা য়াম্না ফূই ফুরিৎ অহনবা লৈরগা কারগেবা।”

হঞ্জিন হঞ্জিন তারবনি ওজানা ফূই ওজানা ফূই। লাইরিক হৈজদ্রবী নুপীদু লাইরিক হৈবা ওজাশিংবু ৱারৌজে থম্মোই শোক্না চৈ।

“মপাদৌবই ফুরিবনি হায়বরা মখোয়গী মথৌদি লাইরিক তম্বিবনি ফুরিৎ পান্নবা নত্তে হায়য়ু।”

ঙসি নুমিদাং অসি অচৌবা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাই মরমদি মাগী ফুরিৎ হয়েং লৈরুগনি। মমাগা মাগা চৎকনি অঙাংসু পুগনি। বস তোংগনি। হয়েংগী খল্লুবদা নুমিদাংদু শারবা কালেন মৈশানা লৈক্রক চৎহল্লবী মালেম লৈমায়বু বরিশাগী নোংনা মাঙহনখিবগুম অচৌবগী থম্মোই অৱাবা কোকই তপ্না তপ্না মমিৎ উইশিনখরে।

নোংঙাল্লগা মমা মচা চাক চারগা বস তোংদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা হায়গৎলকই। হাকুমগুম কুমশিদি অচৌবা হোর্ন মখোলদা অদুক য়াম্না পূক্লিং চঙলুদ্রে। মমাগী মনাক্তা ইরেন্না ফমদুনা লৈ। গাড়ী খামলে মী পূন্নমক কূমথনরে। মমা মচাসু কূমথরে।

“ইমা কদোমদা চৎকনি?”

“ইবুংঙো মোরে দুকানলোমদা চৎশি” অসি হায়দুনা পাউনা বজাররোমদা লাক্লে।

“ইমা ফুরিৎ য়াম্না য়ান্দুনা লৈরে।”

মমা মচা দুকান অমদা চঙলে। ফুরিৎ অঙৌবা অমত্তা লৈগে হায়দুনা পুথোকহল্লে, অমা খন্দুনা অচৌবা লিৎশিনহন্দুনা য়েংলে, চপ চায় খুদাং চোনবীনি। মখুৎতু খুদাং চোনবনরা করিনো ফলপ থাদৈ। মমানা মচানুপাবু য়েংজে, তপলপ্না হংলকই

“অদু অদুম লিৎলগেরা?”

“হুম, চেরংদা হাল্লগা পুখিসি।”

মমানা দুকান্দারদুগা মমল ঙাঙনদুনা পৈশা পীথোক পীশিন তৌদুনা লৈ। অচৌবা ফুরিৎ য়োম্বা চেরংদু মখুৎ অনী চঙনা মথবক্তা কোন্দুনা থম্মী। মমাবু ৱা অমা হায়গে হায়বগী ইঙ্গিৎ পী। মমানা নোঙ্গরক্তুনা করিনো হংই। অচৌবনা মমাগী মনাকোং ময়াদা লোন্না

"অবোকখোয়দা চাক্টৌবা চৎপদা মসিগী ফুরিৎসি লিৎকেকো।"

মমা মচা দুকান্দগী থোরক্লে সিড়িদা কুমথরক্তুনা ঙাইহাক লেপ্পী, খা-ৱাং য়েংই, কদোমদা চৎশিগে খনবগী মওং মাপ্পি। অচৌবনা হায়রকই।

"ইমা ননাওগীসু অমা লৈবীসিরা?"

"মাগীদি কোন্না লৈশিদা।" মমা মচা ৱারী শাই।

নুংথিলগী পুং অমা অনীগী মনুংনি। মফম খূদিংমক মীনা কৃক কৃক ইন্নে। মমা মচাসু পাউনা বজারদগী মমায় অৱাং ওন্দুনা থাঙ্গাল বজার তম্না লাকই। ৱান ৱে ট্রাফিক লৈ। ইঞ্জিন পানবা গাড়ী খূদিংমক অৱাং পাংনা থৌবিয়ু অৱাংলোমদগী থৌজিনবিরক্নু, স্কুটরশিং মনিংগী মায়কৈদা, টু হুইল্লর পার্কিং থাবা মপাদা থম্বিয়ু, কারগীনা ফোর হুইল্লর মপাদা থাবিয়ু হায়বনচিংবা লাওর লাওরদুনা ট্রাফিক্কী জিপতু ৱান ৱে মায়োক্নুনা থাঙ্গাল বজাররোমদগী পাউনা বজাররোমদা মমায় মখা ওন্দুনা থৌজিল্লক্লি। শো-কেস মনুংদা ৱাং-চাউরবা নুপা অমনা মখুৎ তিংথোক্তুনা লেপ্লিবদু অচৌবা য়েংদুনা লৈরম্বনি। পাখঙদুনা লিৎলিবা ফুরিৎতু মহাক্কীগুম লংনা ফজে। মাইক মখোল তাবদা অচৌবা য়েংথোরকই, লাউরিবা মাইক্তু ময়ামগা মান্নদে ইতোপ তোপ্পী। মখোয়গী লম্পাক্তা হেক হেক খোংবদুগা মশক মচু খেন্নে, ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ; লৈথোরকপদা মমা লৈরমদ্রে, অকোয়বদু য়েংই, উদে পাখৎনা চেনখৎলকই। মমায় অৱাং ওন্দুনা মমাবু থিরকই। করম্বা কালগী করম্বা তাঞ্জানো ট্রাফিক্কী জিপতুগা মাগা মায়োক্নুরে। অচৌবা লৈমায়থক্তা হায়থখরে, খঙহৌদে লৈরম্বা মীয়াম চেনশীন্নখি। অরাঙবা মখোল তাবদুদা অচৌবগী মমাসু মমায় লৈথোরকই। মচানা শড়ক মথক্তা হিপলিবদু উবদা "ইমাগী ইবুংঙো" হায়না চেনশিল্লকই মচাবু কোনখৎলি। ঙাইহাক্কংগী মনুংদা মফমদু মীনা পল্লোন তরেৎ কোয়। মনাক নকপা অঙাংদুবু উহৌবা মীওইশিংনা লাওরকই "অঙাংদু সাইডতি চুম্মি, সাইডতি চুম্মি।" পীক্লিবা অঙাংদুগী

মতৌ উবদা লৈরমলিবা মীপুম খূদিংমক্কী থম্মোইদা নুংঙাইতবা ফাওই। মশাদু ঈ চেম্থরক্রে। মমানা মচাবু হন্না হন্না কৌই, নঙন্দনা অপীকপনা তুমলি। মীয়াম মরক্তগী হায়নরকই "হোস্পিটলদা পুরো, হোস্পিটলদা পুরো।" অচৌবা য়াম্না তপ্না হায়রকই

"ইমা ঐগী ফুরিৎতি?"

মমা লৈদুনা য়েংই, শড়ক মথক্তা তাদুনা লৈরিবা চেরংদু উই, হৌগৎলক্তুনা লৌশীল্লগা মচাগী মথবাক্তা থম্মি। অচৌবা তুমিন লৈ। পিরাংনা থুম্মৎলবা মমিৎ অনীদু য়েংখৎলদুনা মমানা অকোয়বদুদা লাওরকই, "নখোয় কনানো অমত্তদি ইচাগী ফিভম অসে ময়েক শেংঙুবা।" মশা ককথৎপিরবা উচেক্কুম মথানুংদা মচাবু কোল্লগা মমা হৌগৎলকই। মপাদা লৈরম্বা হোটেলগী শো-কেস মনুংদা অথুম্বগী নাপল তৌদুনা লৈরিবা লদুগী পিরামিডনা মখোয়বু য়েংবগুম তৌরি। মপাদু লাম্থোরকই।

---

# ক্বাক ক্বাক করি ক্বাকনো

ঐনা য়াম্না পামখিবা অমদি নঙনা ফংহনখিদ্রবনি। মতম কয়া চঙনা পূক্নিং অসে চপ য়ুংনো নীংখিবা আশা অমদি নঙনা মাঙহনখিবনি। ঐ নঙবু য়াম্না ৱরৌখিবনি, ৱারৌখি নতুং ইনবা ঙমখিদবগী তৌবনি—

অদুবুনে মুরি, হা চেক্লা নশক্লা নমিং কৌজবা, ঐ হৌজিকসু নঙবু খল্লি, নঙবুতা নীংশিংদুনতা লৈরি, নঙবু ঙাইরি।

ঐনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা লৈজখিবনি, মখোয়বু ফংননবা হোৎনবদা থা কয়ানি তূমফম চাফম খঙখিদবা, মদুগীদমক ঐহাক মতম কয়ানি ফুমবংনখিবা। অহিং মিকপ থোকপদা মখোয়গী ৱাখলনা তূমথবা ঙমখিদে। য়াওশঙ মতম ওইরকপদুনা ঐনা ঐগী অপাম্বদু ফংনবগী অচৌবা তাঞ্জা অমদি ফংখি। ইমাদা হংখি "ইমা য়াওশঙ কয়াম ৱাৎলিবগে?" ইমানা হায়, "খিত্ত ঙায়রে।" খরা লৈরগা অমুক হংই, "ইমা য়াওশঙ কয়াম ৱাৎলিবগে"? "খিত্ত ঙায়রে।" "ইমা খিত্ত হায়ববু কয়াম কুইবনো?"

ইমানা "তরানি হেন্না ৱাৎলিদা পানখৎলকপদা ঙায়রি।" নোং হেক ঙানবগা হংই "ইমা য়াওশঙ কয়ানিদা ঙায়রে?"

ইমানা খুমলকই "মাপন্নি ৱাৎলি।"

অয়ুক স্কুল চৎলুরবনি; তোম্বীখোয়, মেম্মখোয়, দিপক্কসু য়াম্না কুইনা শান্নরুরবনি। অয়ুক চৌবী ৱানখ্রবনি, চাকলেনসু চাখ্রবনি, নুংথিলগী চরাসু ৱানখ্রবনি। নুমিদাংগী লোইরগা চাক মরিরক চাদুনা তূম্লগে হায়দুনা ফমুংদা চঙলমদাইদা ইমাদা হংই

"ইমা য়াওশঙ নুমিৎ কয়ানিদা ঙায়রে?"

"নুমিৎ মাপন্নি।"

অসুক য়াম্না লোইখ্রবসিবু করিগীনো শুকলেঙ লেঙদ্রিবসিবো। নোং হেক ঙানবগা ফমুংদগী হংই।

ইমানা নিপান্নি ৱাৎলি হায়রকই। ও! অমখক্তমক ৭, ৬, ৫, য়াম্না ৱাৎলি।

য়াওশঙ ওইরে। মৈ থাবা নুমিৎতু ঐহাক না-কথেংবা চৎলি, পীরকপসু য়াওই পীরকতবসু য়াওই অদুবু ঐ নীংহন্নখিদে, ফনা থেঙলবা ফাওবা য়ুম অমদগী য়ুম অমদা ঐ শেল নিবা কোইচৎ চৎলি। য়ুম অমদা চঙদুনা হায়রুই "না-কথেং লাকই পৈশা পীয়ু" ইমুং মনুংদগী অহল অমনা লাউরকই "অসুক থেংলবকানসিদা নমাগী পৈশা তোল্লিবরা হৈ।" ঐ শ্বাই লাওই দারীদগী চোংথৈ। বাবাগী মাঙদকা অসুন্না চৈবা ওইরমলবদি ঐ অদুম তুম্মে। ঐ মখা চৎথরুদ্রে, য়ুমদা অদুমক হলক্লে।

মঙ্গোলদা ইমানা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ইমাগী মশক উবদা নুপীদুনা চৈরকপদু খঙনিং নীংশিংলকই. ইরাল লৈবগুম পূক্নিংদা ফাওই। ঐ ইমাবু য়াম্না নুংশি। ইমানা ঐবু করিমত্তা তৌদনা য়াম্না নুংশিনা লাকও লাকও হায়দুনা ঐবু কোন্দুনা পুশিনবিরম্মী। ঐ কপনিংলকই, হনুবীদুগী খুৎচৈদু।

ঐনা হৌগৎলকপদা নুমিৎ ফনা থেঙলমলে, ময়াম পূন্নমক লাঙনরমলে। ঐখোয় মাঙ্গোলদা অঙাং কয়া লৈরমলে। ঐ পম্থদ্রে হৌদুনা অদুমক চেল্লে ঙরাং চৎখিদবা মায়কৈদা।

ঙরাংগা ঙসিগা পূন্না লুপা অহুমদি শুরে। তশেংবদি লুপা অহুমগা অনা শুগদবনি অরোইবগী য়ুমদুগী লৈশাবীদুনা বোচাউগা ঐগদা পূন্না সিকি অমা পীরকপনি অদুবু বোচাউনা মঙোন্দা য়াওবা পৈশা মরিদুতমক ঐঙোন্দা পীরগা অরেম্বা আনা পৈশা মরিদু মাগী লোইনা ওইখি, হায়রুরগা য়ুমদুগী মপাদু মখোয়দা য়াম্না তোইনা লাকই হায়। ঐ থোইনা মখা তারুদ্রে, লুপা অহুমবু শুরবদি য়ারে অমমমদা লুপা লুপানি, অহুমবু ফংলবদি য়ারে।

নুংথিলদুমক্তদা ঐ নাওবীখোয়দা চৎলগা কৈথেলদগী ঙানুমচা অহুমখক্তা লৈমিন্নরুসি হায়রুই। নাওবীনা হৌজিক্তি অমত্তা য়োল্লমলোই হয়েং য়াওশঙ

লোইরগা লৈরুসি মাগীসু লৈগনি হায়রকই। ঐদি ঙসিমক লৈবা পাম্বনি অদুবু উপায় লৈতে, অতোপ্পা মী অমা হৌরুবসু ঙমলুদ্রে মরমদি নাওবীগা লৈমিন্নবা পাম্মী। মাদি ঙানুমচা লৈবা য়াম্না হে। নহানমুক মাগী মাপল খক লৈবদা মাপলমক হিংই, খরা লৈরগা মরুম কোকপা অদুম হৌরে। নাওবীনা ঙানু মরুম তল হৌবদো, হেক হৌবদগী হৌনা ঐবু কোইচেল চেলহন্দুনা মাইরেল মনাকাদো ঐবু হেকহল্লগা হৌবা লোইরগনা খজিক্তুং পীরকপা, ঐনা হায়রুবদি ঙমদে মরমদি নাওবীসে হায়বদা কয়া য়াগনদে। সিদগীদি ঐগীসু লৈরগনি অদুগা কোকচরবদি নুমিৎ খুদিংগী অমমম হৌদুনা চাগনি অমনা তুংশীনগনি অমদি কোকলোই লাবা ওইহনগনি।

য়াওশঙসিতবু খৌরাংনা ঙাইজরম্বা মসিতবু খন্দুনতা লৈরম্বা ৱাখল পূন্নমক হৌজিক অমুক অমত্তা লৈখিদ্রে, লোইহন্নীংবনা ইশাসি মরেং-মরেং চৎলি শ্বর ফুল্লি। অতোপা মীওইগা লৈনবা ৱাখলগী মরিকা ওইরম্লবদি ঐবু ওম্ভোকপা মখলগী মিংথোল ফংলম্বসু য়াই পুকচেল থুনা হোংমল্লি হায়দুনা। অদুবু ঐহাক মিপাইরুদ্রে ইথন্তনিনা নিংতমজরে। লাকপা ঙাইবগী ৱাখিবদগী লোইবা ঙাইবনা খরদি হেন্না ৱারে।

নুমিৎ কয়ানি মতুং কোইইন ইন্নরবা মতুংদা নোংমা নাওবীগা ঐগা কৈথেল চৎতুনা ঙানু মচা অহুম খক লৈমিন্নরুরে। জয়পুরদা ফিগাও শাদুনা মখোয় অহুমবু পুরকই। য়ুম হেক য়ৌবগা ঐনা মখোয়বু শুমাংদা থাদোকপি, কয়াদা নুংশিখ্রবনো ঐগী ঙানুমচাশিংসে মমিংদুম থোনবিগে খরা চাউবসিনা অরাংবীচৌবী, অরাংবীমচা অদুগা অমসিনা হৱাইমান।

খরনি হৌখি। ঐগী থম্মোই অসে মখোয় অহুম্না পীক থনখ্রে অহাংবা মচেৎ অমত্তা লৈত্রে। মতমসু মখোয় অহুম্না লোইনা লৌশীনখ্রে। ঐহাক শান্নবকা চৎত্রে মখোয়গী মনাক্তা লৈবদা। ঐগী চাক শরুক্তগী মখোয়গী খাকলিবনি।

ঐনা অয়ুক্কী মখোয়বু শেনবীরগা ইমুংদগী চাক থাবিনবা লৌরুরগা থোকলকপদা শুমাং মতোন্দা মখোয়না লৈবদো কদোমদগীনো খঙহৌদে ক্ষাক অমনা ফৎ পাইথরক্তুনা ঙানুমচা অমা লুশমদা লাক্তুনা পুখি। ঐ চেনথোরকই, লাউদুনা তান্নখি অদুবু মিকুপতা মশক উখিদ্রে। ঐ কপনীংই হৌনা তেংথাদুনা কপনীংই মরোল থোকলকতবগী ৱানি, পিসু হৌই চেত্থরক্তবতনী। অহাংবা মালংদা

ঐ মাবু য়েংদুনা লৈহৌই কয়াদা লাকচখ্রবা, নহানসু অমা চেনখ্রবনি ঙসিনা অমুক ইমাংমকসিদা পুখিবা, হৌজিক্তি অমখকতা ঙায়রে।

নঙ, নঙ, ক্বাক নঙনে ঐনা ফাবা ঙমদবগী তৌবনি ফংলমলবদি খুৎ অনীসিনা নতুশিংদু লোইনা ফোইদৎকদবনি অদুগা মনিং লৈকাইগী ক্বাকচাবা বুদ্ধিখোয়দা পীথোকলমগদবনি। নরমচৎতুননিনহে মীনা নঙবু থীনা থীনা চৈবীরিবসে ক্বাকমু ক্বাকমু অথীবী নুংশা শাই খোঙগনু তানিঙদে। নঙ ঐনা হায়বিরোই হায়না হায়দবনি নঙনা তোংলম্বদা পোলাংখোক্কী ফি কয়া অমুক হন্না তুমথোক্লিবনি ইমানা। নঙমুক ফত্তবসে লৈতবজাৎনি। ঙসিনা অমুক ঐগী থম্মোই অসে মকুপ মকুপ থুগাইবিরে। অরাংবী নুংশিখ্রবীদো নঙনা হন হন্দুনা চারমগদবদো খল্লুবদা ঐসে লৈঙমদ্রে।

অদুবুনে অমু! ঙসিদিনে ঐ নঙোন্দা হায়রি, ঐ নঙোন্দা হায়রিবসিনি ইথম্মোই অসে হাংদোক্লুনা উৎলি মখাক অমুক লৈহৌদ্রবনি। অমুক্তা য়েংলখো শাওদুনা নমায় লৈখিনু, কয়া অমা হোংখ্রে, কয়া অমা লোইখ্রে কয়া অমসু হৌরক্লি। য়েংঙু, বাঙ্গলাদেশকী লান লোইখরে ইমাসু লৈখিদরে। ঐ নঙবু নীংশিংলি কাউবা ঙমলোই। নঙদি ওমোরনি হায়বদাই লাকখো, পাইরখো, নরম লমদম অসিদা চাকতারখো য়েংনখিসি নশক-ইশক। মমাংদা লানখিবা কয়া নঙসু থৱায় পানবা জিবনি ঐসু জিবনি ঙাকউ মলোম অমুক থন্নরগুমসি, জিব মশেল ঙাক্লদনা করন্না হিংগদৌরিবনো নঙ-ঐ সংসারসিদা। চহি মতাং অসিদা নশুংলাংগীদমক জিব অমুক লোইবদি তৌররোই অদুবুনে মুরী, লাকনীংবা লাকখো চানীংবা চারখো থারবনি পূন্নমক ননিং তমজররো লাও। নঙদি তাইবঙ শেম্বগী দুতনি। মীওইবগী অৱা-অনা নঙনা মাঙজৌননা খঙদুনা হান্না পাউজেল পীবনি। নঙনবু লাঙলবদি মীওইবগী লৌশিং হাপ্পনি। অদুগনে অরাঙবা, নঙমুক চাবা ফজবসিবু কনাগা চাংদমনিংঙাই লৈবগে। নচিঞ্জাক অমতং উবদা নরোই-ননাও কৌবনি, তমবিরমখোনে তাইবঙ মীওইবদা। নোংঙানলমদাই নঙনা লানবাও শীন্দুনা তাইবঙবু হৌদোকপিবদাই, কনাদা শিন্নরম্মী? অমুবা নঙনা লাকত্রবদা চরোই তেতুসু খোংলরোই লাকখোনে শিনাইদবা। নমান্নবা কয়া লৈহৌরি মফম খুদিং চাক্তাহৌরি চাদা-নাওদা তমহৌরি। হে! ওমোরি চৎখিনু পাইখিনু পেলহনবা

ঙমলোই মখোয়গী মশক্না মহুৎ শীন্দুনা নঙগী নশকপু কাওথোক্কুনা; খেন্নবা লৈথম্মোইসিদা নঙগা মখোয়গা শক-চু অনীমক্তা। ঐহাক ইচা ইশু ৱারক্কে, অহল লমনদা হায়জগে, শামান্নবসু তান্নগে দি. দি. তি., এলদ্রিন পায়দনবা নঙগী নফম শোক্কনবা। লাওনে নঙ ঐ কায়নরগা করি ওইজবা লৈবগে। ঐনা মতম খরা পুংখরতমক নঙবু ৱারৌদুনা চৈখিবদুনা অসুক খোইখা-লিনখা থাবদি হেনমল্লি অমুবা। নঙনা লৈত্রবদি নমান্নবশিংসু লাক্লরোই চোংঙারাবা, কাকয়েন, ঙানুথংগোন মখোয়সু শমায় লৈগে হায়রনি লাক্লোগবা নহাকপু। ঐহাক ৱারৌখিদ্রবনি থাজৌ হৌজিক নঙনা লাকতবগী ৱারৌবতা মঙাইরে; লাকখো, চাকতারখো, হিংমিন্নখিসি মীহৌরোলগী লমদম অসিদা-হে! খুমন কুচুবু ঙমজবা।

---

# বোরসু - শাপসু

ঙরাং নুংথিলগী পুং ৪.৪৫ দগী মী চোন্না ফল্লবা বস অদু অসাম ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট কো-ওপরেসনগী জগাদগী ইম্ফাল য়ৌনবা থৌরক্লি। অথোই অহেন য়াওদ্রবসু মশাগী সিট ৪২ লৈবদু অহাঙবা অমত্তা য়াওদ্রে খজিক্তং কোল্লীবা হায়ববু খ্বাইগী মনিং ইথং থংবদা শাংনা থারিবা মী অহুম ফমলবসু য়াবা মঙা ফমলবসু য়াবা তরুক ইন্নরবসু য়াবা অদুদা মখোয় মী মরি ফমলিবদু মঙাইরে। ফমফম নিফুহেনবা অসিদা তোংলিবা মীওইশিংদি চাউরবা উপমহাদেশ ভারতকী মহুৎ শিনবগা মান্নে, জাৎ-বিজাৎ শুরে। হিন্দু, মুসলমান, সিখ, ইসাই অদুগা মণিপুরগী নাগা, কুকি, কবুই, পাইতে মৈতৈ, তৌবতবু ইম্ফাল থোরকপা বস ওইবনা মৈতৈনদি মপুং ওই। তোংলক্লিবা মীওইশিং অদু অয়াম্বনা নহা, মীয়ায় ওইবনা অয়াম্বনি হনু-হনাদি কয়া য়াওবা উদে খ্বাইদগী অহল ওইরিবা হায়ববু চহি ৬৫ শুরবী তোনজম চাউবীনা ওইরি। ছাত্র ছাত্রী মখোয় ৫/৬ অমসু পুল্লপ য়াওরি। মখোয় গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা বি এ, বি এ সি তমলিবা ঙাক্তনি। ময়ুমদা ছুটি থোক্লকপনি। বস মপোৎ অদুগী মনুঙদা চল্লিবসি লৌমি, শিন্মী, আর্মি, দুকান্দার, কারবারৱালা শুরে। কারবার পিক্লা তৌবা চাওনা তৌবা মীওই কয়াসু য়াওরি। খ্বাইদগী চাওনা তৌবদি বস অসিগী ওইনা কোইয়েৎ য়েৎপা পঞ্জাবী ঝনচানসিংগী তরঙ্ক অনীদা য়াওরিবা হিদাক লুপা লাখ ৫ রোমগী পোৎ অদুনি মথংদা বিহারীনা সিল্ককী ফিরোল সনা লুপাগী, অকে-অমৌগী লুপা লাখ অনীরোমগীদু ওইবা য়াই। অতৈদি মচা-মশু লিশিং মঙা-তরাগী ঙাক্তনি। ছাত্র ছাত্রীশিং অদুগীদি লাইরিক খরা ফি খরা নত্তনা ময়ুম থোকলকপনিনা লম্বীগী চেংজেল লুপা ১০০/২০০ মদুদগী হেন্না থোইদোকপা য়াওদে। মণিপুর বস্থিদগী মমা মচা অমসু য়াওরি মচাদু পিক্লি চহি ৬ লোমদগী পংহেন হেনখিরোই মাগী টিকেত কক্তে। মমা মচাগীদি সুইটকেস ময়ায় ওইবা অমতমক মখোয়গী মমাঙদা

লৈবা উই। শান্নরোই অনীখকসু য়াওরি। মশা মউ ফনা উই মশকসু য়েংবা নুংঙাই বেলেন্স ডাইত খঙনা চারমগদবা মাল্লি। মখোয় অনীমক চিনা দা খুশু শান্নবা চৎলুবনি অমনা গোলদ মেদল অমনা ব্রোঞ্জ লৌরক্লুনা নুংঙাইনা ঈথক ইপোম হৌরিবা থম্মোই পুদুনা ময়ুম লমদম পাংলকলিবনি। গুৱাহাটিগী পলটন বজারগী কো-ওপরেটিব বেঙ্কতা থবক তৌবা মশা নানবা নুপা অমসু য়াওরি। ড্রেসতি শেৎতবা জাত সিফাই অনী অমসু য়াওরি ময়ুম চৎলুবা মাল্লি। মদুগা হেক থংননা মতুংগী সিটতা মপা মচা মখোয় অহুম অমসু ফমলি। মচানুপীদু লৈশাবীনি য়াম্না তনৌ তনৌরি মখোৎ কাবকপগী নিংথিবগী মথক্তা অনা মৈচাক্কী শহুম লৈবনা মোং হাদে ইংনা ফম্মী। মপাগা মবুংগনা পুদুনা গুৱাহাটিগী ডাউন তাউন হোস্পিটালদা লায়েংবো চৎলুবনি। মশাদু খরা চোকথনা উই। মপাগা মবুংগনা য়াম্না লুনা চেকশীন্না সেবা তৌজে। মখোয়গী লৈনরিবা প্রেমদু উবদা অউবদা অইংবা ফাওই। মনুং-মপান তূনা অরূম-অয়াং পোৎশিংগী অদুগী মথক্তা গাড়ীগী বোড়িগী মথক থংবা শরুক্তা- ৱান থাউজন লিটরগী সিন্টেক্স অনী অমগা থৌরিনা চেৎনা কিদুনা এম এন রান নাইন নাইন ফোর সিক্স তু দো মপোৎ পীক থন্না হাপ্লদুনা চঙশিলক্লিবা চীংগী লম্বীদা থেককোই-নাকোই থেককোই-নাকোই মোং হাদনা মকুম মথা শুরবী মশা লুপ্লবী নুজাওম লানথোরকই। বসতা তোংলিবা মীওইশিংগী মাযথোংশিংদু মরম লমদম লৈফম পাংলকপদা লোইনমক হরাওনবা ঙাক্তনি, য়ৌনিংবনা খ্রো খ্রো খোৎলি। ময়ুম হেক য়ৌবগা তৌগদবা পাংথোক্কদবা থবক কয়া কয়ানি। কোম্থোং হেক লানশীনখিবদা শক হেক উবমক্তদা হরাওনদুনা মীশিংনা চেম্থোক্করক্কনি। মচা লৈবা কাঙবুনা খল্লি ইহান হান্না মচাগী শান্নপোৎ হান্না থোক্কে. কনা অমনা ইমাগী ইপাগী মবি-মতাগী, লৈকাইগী অদুদগী মহাক্কী. পুন্নমক য়ৌকুরগা তৌগদবা রাগ অমমমদি লোইনা লাগীনৈ। অদুবু আশানা মাঙদা লৈরবা মীওইশিং অদো থোইদোক্না নুংঙাই ইরাং হৌনদে মায়থোং পুন্নমক মোং ইহা হান্নদে। মিৎয়েংশিং অদু তনৌ তনৌ তহান্ননা ফম্না ফম্না গাড়ী তোংলি। ময়ামদুদগী মখেল খরা লাংবা হায়ববু ছাত্র ছাত্রীশিংদু মঙাইরে, মখোয়দি লাঙই অচাপোৎ লান্নৈ ফমফম ওন্নৈ বারী শায় ঈশৈ শকই। গুৱাহাটিদগী জখ্রাবন্দ, খরখৎতি, মথং মথং লানশিল্লকই। খুদোংথীববা মফম কয়া মিৎ উইশিন উইশিন্দুনা শিব-চঙবগী রাখলদা হেন্দোরক্লবনি। অসামগী শুক্লবা জঙ্গল মনুংদা সড়ক ময়ায়দা চাউরবা শামু অমা ফৈদুনা লম্বী থৎতুনা লৈরম্বা. চাউরবা মশা অদুগী মহুৎশিল্লিবা

মমিৎ অদুনা থাওমৈগী মৈঙালদা য়েংলকখিবা মীৎয়েং অদু সমুদ্র তরেৎতগীসু হেন্না মগুন লৈখি। গাড়ীদা য়াওরকপা হৈ-রা লফোই লতং খুদোল তমজখি লমগী শা অদুদা। কল্লবা লানফমদা থাদোকপিরকখিবনি মায়োক্লদনা। নোংমতসু মকাদা য়ৌরুদ্রিবা ইমা ইবেম্মা কাম্যাখ্যাবু নীংশিংলকখি, নঙগী নচা ননাইশিং অসিদি ওষ্ঠোক্লা ব্যবহার ফজৈদা লৈবাক মচা তাজৈদা থাগৎচনিংই যাত্রিক কয়ানা। ডিমাপুর, পিপিমা, কোহিমা মথং মথং য়ৌশিল্লকই নাপোম অমদগী নাপোম অমদা। মণিপুরগা তাইনবা নাগালেন্দগী অরোইবা চ্যেক তৌফম অদুদা মখোয় পম্থরুদ্রে অহিং ওইরবসু থাদোকপিরক্লে। ড্রাইভরনা লাওরকই 'ঐখোয় য়াম্না ঙন্না য়ুম য়ৌনরনি' মদু তাবদা যাত্রিক পুন্নমক হরাওনৈ। মতম মাঙহন্দনা থৌরকপনা মাও, মণিপুরগী সিমনা য়ৌরকপদা যাত্রিকশিং খজিক্তং শ্বর হন্দোকচৈ। লমদম অসিগী নাপোমসিদা পাম য়ানখিবা নুজা বস মনুং অসিদা য়াওরি। মাও, মোরে, জিরি, তিপাইমুখ থোংনা মরী হায়না পানজবা ইমুং অমত্তগী মীনি। চাকখুম অমত্তদা চামিন্নরিবা অখাঙকল্লবী নুপী অমগী মচা কয়া পূল্লিবা বসনি। যাত্রিকশিং অদো পুং কয়া চুপ্না লাকপগী হৌনবা ফম্না ফম্না হিপ্পী তুম্মী, ফম্না ফম্না মঙ মঙই। সেনাপতি জিলাগী মনুং য়াম্না কন্না চঙশিলক্লি চাওরবা নাপোম অমা হেক হায়দোরকপমক্তদা মখোয় নুপা ৫/৬ লৈরম্মী গাড়ী খাম্মী। পূক্লিং হকচাং চোইথোক্তনা থৌরকপা ইবুংঙো ড্রাইভর তোম্বা মঙাং শ্বাই লাওই তৌরেদনা খল্লি। পুক্সিগী চেংজেল ফংনবগী লানফমদা হুন্দোকঙমদ্রবা থৌ অসিদা কয়ারক হন্না হন্না খুদোংথিবা থেংনথ্রবনি। মীওইশিং অদু মখুৎতা খুৎলাই মতিকচানা পায় নোংমৈ. থাং, য়োৎচৈ; গাড়ীগী মৈঙালদা উবা ফংই। লৈরমলিবশিং অদুনা মখুৎ তিংথোক্তুনা গাড়ী থানবা ইঙ্গিৎ পী, খাম্মী। মখোয়না থাও হায়বা মপা অদুদগী খজিক্তং হেন্দোকলুই হায়দুনা নোংমৈ দাং দাং হেক্তা কাপ্পী, ও ! হৌরেদনা ! গাড়ী খাম্বগা সেকেণ্ড অমা ফাওবা কান্নহন্দনা মী অহুম চোংখৎলকই অদুগা নশা নশাদা য়াওবা পৈশা পীরকউ সনা লুপা অয়াওবা পুন্নমক পুথোরকউ লোৎতুনা থমহৌরগা কোন্না থেংনরবদি নথৱায় মাঙগনি, নোংমৈনা কাপকনি কিহল্লি। যাত্রিকশিংদু মখাদা কূমথৌ হায়। ময়ামদু কিবনদি থক থক নিক্লে অদুবু হেক হায়বগা হৌগৎনরক্তুনা কুমথনবদি অমত্তা তৌদে। মমাংগী সিট পরেংদা ফম্বা নুপা অনীদু মখাদা পুথখি। লৈহৌরিবা মীপুম খুদিংমক্লা খল্লি মখোয় অনীবু হাৎতোকপিগদৌরবরা ? ড্রাইভর কৌদুন মনিংগী দেংগীগী শো হাংদোকহল্লি।

নুপা অনীদুগী সুইটকেস হাংদোক্তুনা য়েংহল্লি মখোয়না অপাম্বা য়েংই লোইরগা শড়ক্তা উপ্রাক্তা হিপথহল্লি। মথং অমুক কৌথে, মথং মথং লাকচবা য়াদ্রবা নুপাশিংদো জেলগী বন্দিগুম কুমথরকই। মিকুপ অমত্তসু মীৎমাংদগী মাঙহল্লকত্রবা, মচাতবু খঞ্জদুনা অহীং কয়া য়ারেক্লবা, মচনতবু শেন্নজবদা চাবা থকপা নাচুংদনা মশা ময়েং তারক্লবা মবুংনা, শোল্লবী অনাবী নুপীমচাদুবু নোংমৈগী মতোন্দা হুন্দোকলল্লগা নোংমৈগী মমাংদা মপা মচা অনীমকসু কুমথরক্লে। মখোয় খুদিংমক মশা মশাগী য়াওরক্লিবা পোৎ-চৈ হাংদোক্লবা মতুংদা হিপথহল্লি। মমায় হায়গৎপা য়াদে, হকচাং লেংবা য়াদে। কাকৈথেলদগী মনিতোম্বনা মরেংজুম খিত্তং লেঙলুবগী অনীরক খোঙপাক্লা নেৎথখি। মখোয়না পোৎচৈ থিরিবদু অঙানবা তোর্চ লাইটনা কাপ্পী, নোংমৈ মতোন্না হন হন্দুনা থি, লৈরিবা পূন্নমক্তু মখুৎনা মনিংতম্না ফাক-শেৎলি। মখোয় খরা অমুক গাড়ী মনুং চঙলকই। নুপীশিং অদু কিবনা থক থক নীকই, মফি হায়দোকহল্লি মরিক মকোল থৎলি, কপ্পা-লাওনবা মখোল থোকলকই, কনানো অমনা খোম্থাং কায়না কৌরকই সরত, মোরাম্বা। পরেং শানা লৈমায়দা হিপলিবা নুপাশিং অদুগী মরক্তগী অমনা লাওরকই "ঐখোয়বু পাঙ্গল অমুক্তদি পুনশীন্নসিবা" থম্মোই কায়বা খোনফমনি অদুবু করিসু পুনশীনবা ঙমখিদে পাঙ্গল থোক্তুবা লানফম ওইখি।

মখোয় চৎখ্রে পুনিংবা অপাম্বা লৌনিংবা পূন্নমক লৌরগা ময়োম খুদিংমকপু নৈখায়রম্লগা হুন্দোক্লমলে। মখোয়না চৎলমদায়দা হায়রম্মী "নখোয় পূন্নমক লেঙদনা অদুমক লৈগদবনি অমত্তং হেক হৌগৎলকপদা মথক্তগী কাপথরক্কনি" অসি হায়রম্লগা মখোয়গী গাড়ী ওইরমালে জিপ অমদা তোংদুনা লাইরৌ চীংগী চীঙ্গোন্নুংলোমদা থৌজিনখ্রে। মখোয়না চৎখ্রবা মতুং ফনা কুইনা লৈরবা ফাওবা মরাইবক শীরবা যাত্রিক ময়ামদো কনা অমত্তা মঙক হায়গৎনরক্তে, লোইখ্রবা লানফম অমগীদমক কনা অমত্তনসু অমুক পাঙ্গল শাগৎলকখিদ্রে ঙম্নমক লেঙদনা লৈরি।

কোরৌহনবা! নঙ লাক্লবরা? নঙনা অহিংচুপ্পা করি তৌখিবা খঙদনা নোংপোক মায়কৈ শীনথুংনা মহৌশাগুম ঙাঙ্গাননা খোঙদৌইরক্লি। নহাক য়াওদ্রিঙৈদা থৌদোক খুদিংমক লোইশিনখ্রে। নুংশিৎ-নুংশা ফাওবা চপ লেপ্তুনা নহাক্তবু ঙাইখিবনি। মনিং থুংদ্রবা যাত্রিকশিং অদো ৱাকৎচৈ। মহাক্কী শামিন

ফংবদা তপ্পা মমিৎ পাঙলকই। উপ্রাক্পা হিপ্তুনা লৈরম্বা নুপাশিংদো কোরৌগী মশেকপু মিৎচিনা লৈনা কাংখৎতুনা য়েংলকই। খরা হায়গৎ খরা হায়গৎ মায়থোং লৈখা পক্লম্বা পুরানা হায়গৎতুনা লেপখৎনরক্নে। মথং মথং গাড়ীদা কাখৎনরকই অদুবু গাড়ী অদো থৌবা য়াদ্রে টয়ার পোকখায়রে। গাড়ী কাখৎলুবা কাঙবুদু অমুক কুমথনরক্নে। নুপীশিংস্ কুমথরে। কোরৌসু ফনা শাফোংলক্নে শক্তা মায়গা উন্নরে।

অকোয়বদা লৈরিবা চীংশাংশিং মবাল লৈতে হায়বগুম তুমিন-তুমিন্না লেপলি। অথাপ্পদা নোংপোক থংবা মায়কৈদা ওইনাম খুলনা তাম্না নিংথম উল্লেন খাংনা যাত্রিকশিংবু য়েংলমলি। মনাক্তা ইকাই থিবী নুজানা ফিজিনা মাইথোং খুম্বগুম থিংবা খুল্লেন খুন্নৌস্ খজিক উনা লেপলমলি। মরোল য়াওনদ্রবসু যাত্রিকশিংদু মহৌশাগা অৱা পোলোইনা ৱারী শাই। পুন্নমক মহাম তাই নাওপুরীবী বস অদুগীদমক্তদি। গাড়ী থারিবা মফম অদুদা ময়ামদু কোইচৎ চৎতুনা লম তরামুক অকোয়বা অদুৱাইদা যাত্রিকশিংদু মচি-মচি ইচাই চাইনা তুমপক তুমপক লৈরি। ড্রাইভরগা সেকেণ্ড ড্রাইভরগনা টয়াবদু শিন্নবা কন্না হোৎনরি অদুবু মরাইবক থীরবা কাঙবু অদু তরাই তরাইনা চৎপা য়ারোইদৌরি মরমদি লুটরশিং অদুনা কাপখায়রম্লিবসি টয়ার অমত্তা ওইরমদ্রে অনী ওইরমলে। স্পিয়ার টয়ারদি অমখক্তনি গাড়ীদা য়াওরক্লিবা, করম তৌগনি ? উপায় লৈতে। ৱাজরবী বস অদো তাঞ্জা য়েংখিবা তারি। তৌনিংঙাই লৈতে তোংলক্নীবা কাঙবুদু হঙ্গৎ-হন্দা কোইচৎ চৎতুনা লৈ। অনকপগী মীশিংস্ হৌগৎনবা য়াওবক্নে। দুকানশিং থোঙ হাংবা য়াঙরে। যাহৌরকপা মীগা লাক্লিবা কাঙবুগা ৱারী-ৱাতাই শান্নবসু য়াওনরে তাঞ্জাসিমক্তদা নুপা অহুমখক লাকই। শড়ক্তা লৈরিবা ময়ামদু উবদা মখোয়সু হংলৈ করি তৌরবগে ? যাত্রিকশিংদুনা নোংঙালমদাইগী ৱারীদু লী, তাবদা মখোয় মথৱায় নুংঙাইতে অকোয়বদু কোইচৎ চৎতুনা মেংই ৱারী শান্নবা য়াওরে। মথৱায় নুংঙাইত্রবা যাত্রিকশিং অদুগী ৱারী তাবদা নুংঙাইতবা ফোঙদোকই পেন্দবা উৎলি। করি মতেং পাঙ্ভগে হংজে। বসকী কাংবুদু অৱাবা পেন্দবনা খোইশাওনদুনা লৈরম্বদু মখোয় অহুমগী ৱাঙাং-শঙাং মীনুংশি উবদা খরমখৈ পেঙ্খোকচৈ। নাকল অনীমক পুক্লিং তিংনা ৱারী শাই। লাক্লিবা মখোয় অহুমদু তান্নৈ করি তৌসিগে করি মতেং পাংবা য়াই খন্নৈ অদুদগী মখোয় অহুমগী মরক্তগী অমনা মাগী মরুপ টাটা লোইবা অমা লৈ মাগীদা চৎলগা এক্সত্রা টয়ার লৈবরা হংলুগে হায়। মদু তাবদা যাত্রিকশিং

অদু শ্বর খিত্তং হন্দোকই। নুপাদু চৎখি। যাত্রিকশিং অদুনা মহাক্কী মীনুংশি অমসুং থৌজাল অদুবু থাগৎলদুনা মহাক্কা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা লৈহৌই। ঙাইহাক লৈরগা নুপাদু টয়ার অমা মখুৎ অনী চঙদুনা ওন ওন্দুনা পুরক্লে অদুগা "মসি হাপ্লো" ঙসি নিনি হুমনি লৈরগা মখোয়না লাকপদা পুরকপা য়াগনি হায়রে। মনাক্তা লৈরিবা দুকান্দ অমদা মখুৎ থিল্লদুনা মসিদা থনম্লবসু য়াগনি হায়রে। ড্রাইভর, হেন্দিমেন অমদি ময়ামসু য়াওনা টয়ারদু শিন্দোক শিনজিন তৌই অসুম্না তৌরিঙৈ মরক অসিদা লৈহৌবা অনীদুগী মরক্তগী অমনা ময়াম য়াম্না ৱানরমলগনি হোটেলসু হাংলে চা গ্লাস অমমমতা থকখিসি।

যাত্রিকশিংনা য়ারে য়ারে থকত্রবসু য়ারে পীবিরিবা মতেংসিনা পেঞ্জরে হায়জে অদুবু মহাক্লা-য়াদে থকতবা য়ারোই সিবু করিনো অৱাবা তাবদা মতেং পাংনদবা য়াবরা, লাকও চা থকমিন্নসি হায়। মহাক চৎপা হৌই।

অসি হায়দুনা মহাক্লা লূচিংদুনা ময়ামদো হোটেল চঙমিন্নখি। গাড়ীদা লৈহৌবা খরা অহল মীয়ায় ওইরবী নুপীদুনা শোক্লী - "অত্য! নুংশিদা মীওইবা হায়বসে উবা ফংবা মপান্দদি শব- মায় খোঙ-খুং করিসু খেন্নবা লৈতে অদুবু উবা ফংদবা নুংগী থাখলদি কয়াদা খেন্নরিবা।"

টয়াব শিনবা লোইরে। ময়াম কৌনদুনা গাড়ীদা লোইনা কাখৎলে। মতেং পাংবিরিবা ইচিন-ইনাওশিংদুগা অমগা অমগা মিং হংনৈ মখুৎ শোকনৈ কোন্নে নুংশিনা বিদায় তৌনৈ। গাড়ী থারক্লে। অহল ওইরবী ইমাদুনা মপুক্লিঙ পেন্না খোঙনাওদগী মকোক লিংথোক্লগা আশীর্ব্বাদ তৌরকই "নুংঙাইরো য়াইফবো নখোয়গী মতেংনা ঐখোয় নুংঙাইজরে, মহা চণ্ডালশিং অদুদি কুমশি লাইচৎতা য়াওখ্রননুকো।"

অহলদুগী বরসু শাপসু পুনবা ৱাঙাং অদো কনা অমগী মথক্তা নত্তে মখোয়গী মথক্তনি হায়বসে মথৱাই পানবা জিবা অমত্তনসু খণ্ডখিদ্রবনি অদুবু গাড়ীনা থৌখ্রগা ঙসাইমখৈ লুমশিন্দুনা লৈরম্বদগী ইহাং হাংদুনা শড়ক মথক্তুদা নোংঙালমদায়গী থৌদোক য়াওবা মথৱায় পান্দ্রবা তোর্চ লাইটুনা মখোয় অহুমদা ওনশিনদুনা শাক্ষি ওইদুনা লেপলম্মী।

---

# মমল

পাকা মাগী জিপতু থৌদুনা ময়ুমদগী তপ্না তপ্না থৌরকই অহানবা গোলাই চিথেক লমলোং অহুম ফাংবা অদুরাই ফাওবা থৌরক্লগা ষ্টার্ততি মুথংতনা অৱাংথংবরোমদা চঙখিবা লৈরকলোমদুদা লেপ্তুনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ।

শড়ক তারবা মতমদা মতৌলৈবী খাউ অমা য়াল্লদুনা চৎলম্মী। পাকা তপ্না য়েংওইননা থৌজিল্লক্তুনা মতৌলৈবীগী মনাক্তা জিপতু নক্লা থৌরে। মতৌলৈবী খংগুম-লাকুম চপ লেপ্লী। থায়নগী লেফ হেন্দেদ জিপনি, থৌরিবা মীগা চৎলিবা মীগদু লেংগ-লেংগ থেংনদে হায়বদা খাকই, নক্লে। পাকানা মমায়দু লৈথোরক্লগা নোকফেৎ তৌরদুনা হংলকই

"কদায়দনো, কৈথেন্দরা?"

"হোই মাম্মা।"

"কাখৎলকও থিনবিরমলগেদনা।"

"য়ানি মাম্মা।"

"লাকও ঐসু কৈথেন্দনি শামু মখোঙ ফাওবদি পূল্লিদনা চৎমিন্নখ্রসি কাখৎলকওনে।"

মতৌলৈবী তপ্না কাখৎলকই।

পাকা মশক-মতৌ কুচু-কুমেন ৱাত্তে। ইনাক খুনবদা লৈকাইসিদা মশীং থারিবনি। খ্বাইরবন্দ বজার অসিদা মাগী দুকান য়াম্মী, ঙন্নমক শান্দোক্লগা অমদি মশানা ফমদুনা সনাগী কারবার তৌই। সনাগী অশাবা, লৈবা, য়োনবা, কায়বা অমসুং লেপ্পদা পাকাগী সনাদি পকানি হায়নরিবনি। ব্যবহার-চোলোম, মীতেক-মীরৌ, মীগী পুক্লিং খঙবদা বজার পুরিবনি। নহা অহল খাক্তনা পূম্নমক্লা মাবু

মাম্মা মাম্মা মিঙ্গৌনৈ। হনুরবা শিরমদাই য়ৌরবা নুপা অমনসু মাম্মা, চহি তরাদা শুরিবা অঙাংশিংসু মাম্মা, বজারগী ময়াংশিংনসু মরোল ইখোই খোইনা মাম্মা কৌই। মাম্মা মাম্মা ময়ামগী মাম্মনি। মাম্মা হায়বসি মাগীসু লৈতেং অমা ওইরবনি অদুবু করিগুম্বা মতমদা লৈতেং অসি পামলক্তবসু য়াওই। মশাদু ফৈজোম পূময়াৎ শেৎলি, মরাইবক্তু চন্দোন থিনখিবগী হুমাং চারবা চন্দোন খরা মরীক মরীক লৈরি। চাকচা-হৈজান্নবা অমা চৎলুবা মাল্লি। ক্বা মতপ অমা শায়বনা মায়থোংদু মকা য়াম্না লাম্না উই। মঙকশমদা পাউদর অনৌবা চাইরকপগী খুদম লৈরি, মদুদগী মনমলা নত্রগা এসেন্সকী মনমলা জিপ মনুংদু রজনিগন্ধগী নুংশিরবা মনমনা থল্লি। চহিদি ফন্না লৈশীল্লক্লবনি অদুবু লুহোংবগী বড় মমান্নবা ওইবা য়াগদৌবগুম তৌরি। পাকা তপ্না হৌরকই।

"কৈথেন্দদি কৈদৌবনো?"

"ফিশিং অসে থাদোক্লুগে তৌবনি।"

"করি ফিনোনে, নঙনা শাবরা?"

"হোই মাম্মা খুদৈগা ফি মতেক্কনি।"

"মতাই ওইমল্লি খরা চঙশিল্লকউদনা।"

মতৌলৈবী মশাদু লেঙদি লেঙই চঙদি চঙশিলক্তে, খাউদুনা মখোয় অনীগী মরক্তা থম্মী। পাকা মমিৎতু মতৌলৈবীদা য়েংলগা মখা তারকই।

"অঙাং কয়ানো নঙগী লৈরিবসিবো?"

"অমখক্তনি মাম্মা।"

"ও! য়ামদেদনা, করি তমলি?"

"ক্লাস নাইন তমলি, নোংমৈ, নোংমৈ মেত্রিক থাগদৌরিবনি।"

মতৌলৈবী ব্বাখল অমা খল্লুবগুম মখা শমথরকই

"থাং-তাসু তমলি, মানা ফাষ্ট তারি হায়।"

পাকা খ্বাইরবন্দা বজার নাকোয়রম্লগা শিংজমৈ মায়কৈরোমদা থৌরকই।

"মাম্মা কদোমদনো থৌরিবসিবো?"

"থাও খজিক্ত হাপখিগে তৌবনি।"

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা পাকানা

"মতৌলৈবী পুন্সি হায়বসে শিগদবা ঙাক্তনি হিংলিঙৈদা খরসু নুংঙাইথোকপা ফৈদা ৱাদুনা ঙাক্তা লৈবসে ফত্তে।"

মতৌলৈবী তাবদমক তাই করিসু খুমদে।

"ইনাওদুনা লৈখিদবদো ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইতে অদুবু শিখিবগীদি শিখ্রে হিংহৌরিবগীসু খরা খনবা ফৈ, অনুতাপ্পা চাক্তুনা ৱানা হিংবসু ফত্তে হায়বা পোকঙমদনা পোকপনি খরসু নুংঙাইথোকপা ফৈদা।"

"মাম্মা ঐ য়াম্না নুংঙাইজরিদা ...।"

"চহি তরেৎ-নিপালমুকসি নশাদা সনা মচেৎ অমত্তা পক্তনা লৈরকপসিবু করম্না নুংঙাই হায়গদৌরিবনো অতৈদদি খঙদে ঐঙোন্দদি য়াম্না নুংঙাইতে। মতৌলৈবী ঐ নঙবু য়াম্না খল্লি। নঙনা লৈকাইসিদা লুহোংলকখিবদো ঐসু য়াওরিবনি। হৌজিক্তি নশক-নচুকা ওনখ্রে, কান্নদে মতৌ, নঙ নশা য়াম্না নহা ওইরি হয়েং ঐগী দুকান্দা লাকউ মীনা বঞ্চান থম্বগী হন্দোক্তবা লৈ, খুজি য়াম্না লৈ অপাম্বা খল্লু লাও।"

পাকানা ঙাংথরক্লিবদু মতৌলৈবী তাদি তায় অদুবু থোইনা পুক্লিং চঙলুদে মবমদি মাগী মমিৎ অনীদু কোইয়েং য়েংদুনা থাও হানফম থিরি মদোমলোমদা পুক্লিং চঙলি। হায়রকই

"মাম্মা অসিবু থাও হানফম নত্রা?"

"মাম্মাকা কৌনুদা ময়ামগী মাম্মা ওইরবসু ঐ নঙনা মাম্মা কৌবা পামদে তাদা হায়গেরা তামো হায়গেরা নঙনা হায়নিংবা অমা হায়য়ু।"

মতৌলৈবী তন্না

"থাও হানফমনি, মাম্মা হেনদোকখিদৌরে।"

"মসিদি থাও য়াম্না শেংদে অশেংবা মফম অমা লৈ মদুদগী হাপ্পুসি।"

ৱারী শানা শানা গাড়ীনা য়াঙনা থৌবনা ককরা হেন্দোরকই, কাঞ্চিপুর তমলকই। খ্বাইরবন্দ কৈথেল তামলক্লবা তাঞ্জা অসিদা মতৌলৈবী চহি তরুক্কী মমাংগী ৱা নীংশিংলকপগুম তৌই। পাকানা মাগী মী হন্না হন্না থারকখি "ঐনা

হায়বা য়াও নকোক সনা য়োম্বীগে নোংমতা দুকান্দা কোয়থোরকউ ৱারী শান্নসি।" মতৌলৈবী ৱাখলগী ময়েক শেংলকপগুম তৌই খোন ৱাংলপ হায়রকই

"মাম্মা গাড়ী খামবিরো ঐ লৈজহৌরগে ফিয়োনবী অমত্তা উন্নহৌররোই।"

"শাউখিনু কৈদৌরগে নুংশা থীনু থেঙলসু থেঙনা নয়ুমদা থিনবিনি।"

"মাম্মা ঐ থিনবিবা পামদেয়ে মী উন্নহৌররোইদরা চিংনরে।"

গাড়ী অদুমক থৌরি। "মাম্মা ঐ লৈহৌরগে" মতৌলৈবী ফিগী খাউদু পায়দুনা চোংথহৌগে তৌই পাকানা মখুৎ তাপ পায়দুনা

"ঙাইখো কৈদৌরগে থাও অশেংবা হাপনিংদুনা তৌবনি।"

তপ্না অমুক মখা তারকই

"মতৌলৈবী নঙসে অঙাংমচা মানখ্রেদা ঐ নঙোন্দা করিসু তৌরোইনে।"

ওইল ডিপো অমা লৈরম্বদুদা থৌজিল্লকই। পাকা চে ককপা চঙখি। মতৌলৈবী গাড়ীদা ফমদুনা লৈহৌই। ৱাখল খল্লি করি তৌসিগে, মশাগী বাখল অমা চায়থোক্তনা য়াম্না কনশিন্নবা হোৎনৈ। পাকা পাক থোকলক্তে।

মখোয়না থাও হান্দুনা থোরকপদদি নুমিৎ তানিং-তামাং তৌরে খুটি পোষ্টকী থাওমৈ থানগৎনরক্লে। ঙসাই লাকপদদি গাড়ীদু য়াঙনা থৌই অদুবু হন্দক হায়গৎলকপা অসিদদি য়াম্না ঈংনা তপ্না থৌরকই। মতৌলৈবী য়াম্না নীংঙমদনা শাউনিংনা লৈ, খল্লি মখোয় কনাসু লৈরম্মরোই অদুবু ৱাহৈ অমত্তা কাংথোরক্তনা তপ্না থৌরিবদু খাঙদুনা লৈ। খরা থৌরক্লগা পাকা গাড়ী খাম্মী। চুরুট উপু অমত্তা লৈরকখিগে হায়রম্লগা ফন চোংথখি। তশেংবমক্তি পাকা মাগী চুরুট কেসতা চুরুট পীক থন্না য়াওরি। মহাক য়াওবা অসিনা করিনো থবক খরদি তৌনিংই, গাড়ীদা ফমিন্নবদা নত্তনা অহেনবা খরা চৎথনিংবগী ইহুল লৈ। থোরক্লগা গাড়ী মনাক্তা লাক্তুনা মৈখেৎ চম্মী। গাড়ী থৌরক্লে মৈখুনা শাংনা শাংনা কামথোরকই, য়াম্না লৈবাকমচা তাবগী মওংদা ওনশিল্লক্লগা হংলকই

"চুরুট মনমসে হৈনদবরা?"

মতৌলৈবী শাউনিংবনা মশাদু ফুনগৎলি হায়রক্লিবদু করিসু খুমদে।

"শাউববু ওনথোক্লা পকচখ্রেনে ঐদি ঙসিত খঙঙি নরুবা মীদি মসিগী মমল সোয়দনা লৌরমগনিদো।"

"মাম্মা ৰাচোই ঙাঙবিনুবা চহিসু ফনা নৈশিল্লপোৎনি।"

"চুম্মি ঐনা নঙোন্দগী চহি য়াম্না হল্লি অদুবু ৰাখলদি য়াম্না নহা ওইরি। মতৌ ঐ নঙগা লেঙ্গা ওইরি।"

সন্ধ্যা ওইরে। পাকা গাড়ীদু খ্বাইরবন্দলোমদা হায়গৎলকত্রে মরৈকাইরোমদা অদুম থৌজিলক্লে।

"মাম্মা কৈথেললোমদা চৎলরোইদরা?"

"থেঙলে মী উন্নররোই হায়বদায়নে। ঙসিদি চৎলুরনু নয়ুমদা ওইনা থিনজিনবিরগে।"

করি হায়গদগে খঙদনা মতৌলৈবী মহাকপু য়েংই পাকাসু মমায়দু লৈথোরক্তুনা মাবু য়েংলগা ফুরিৎখাউদগী চামা চৎপীগী নোট মপুল অমা পুথোরক্তুনা খাউ মথক্তুদা থমলগা

"সে ঙসিগীদি সিনা লেল্লুরো।"

গাড়ীদু মতৌলৈবীগী থোঙ্গাল ফাওবা থৌজিলক্তুনা থাররে। মহাক কুমথরে। পাকানা মাবু থৰায় চঙনা মুন্না য়েংদুনা লৈ।

"শংলবদি হয়েং দুকান্দ ঙাইহাক্তা লাকউ।"

মতৌলৈবী ভাশিন্নদে খাউ মথক্তা লৈরিবা নোট মপুলদু মখুৎনা ফাওবা শোকলমদনা খাওদু লৌবদা নাম্থহলল্লগা হন্না য়েংলমদনা ময়ুম চঙখ্রে।

নোংঙাল্লগা ঙন্তানা পাকা দুকান্দা লাকই। দুকান্দ অসিদসু য়ুম অমা ওইবগী চপ চানা শুনা লৈ। মাগী নুপী মশীং য়াম্মী লুহোংদুনা লৌবদি অহন্দনি মখা তাবা অতৈদি দুকান অসিদা হান্না য়ৌরগা কোন্না ময়ুম চঙখিবা ঙাক্তনি। হৌজিক হৌজিক অয়ুক্কী নুমিদাংগী নুপী জুরা অমনা সেবা তৌদুনা লৈরিবনি। ইতোন তোম্বী সখিতোম্বী লৌরকখিবগী ৰারিসু লৈরিবনি। শখিতোম্বী ঈশৈ শকপিনি অদুঙৈ কাংগী নিংঙোল পালিদা ঐজ্ঞা শোক্রাচাউবগী মাগুবতা বাশক শকপদা পাকানা মরেপ থূম্বমখৈ শেল থাখি। নুমিদাং অদুমক্তদা শখিতোম্বী দুকান্দ অসিদা অদুমক য়ৌরকখি।

ঙসিসু পাকা হেক লাকপগা কাসিংদু শিৎ শেংদোকহল্লি। ফমুংগী নাকন্দা থমলিবা ফুলগ্লাসতা হাপলিবা চাগী নৈশিংদু লৌথোকহল্লগা অতেকপা অশেংবা লৈ লৈহন্দুনা হাপচিলহল্লি। ঙসিদি মহাক গাডীদা কাদুনা সেরফালা পায়রুদ্রে মাগী থমলিবা মীবু অদুমমক তৌহল্লি। সটর মনাক অদুদা চৌক্রি অমদা ফমদুনা অচৎ-অওকশিং য়েংলি। নুমিৎ ফনা লৈসিনখরে মতৌলৈবী য়ৌরক্তে। মহাক লাক্তুবদা পাকা ঙক্না থোক্তে অদুবু মাগা উন্নদবদি য়াদে।

নুমিদাং য়ৌরে পাকা শো লোনশীল্লমল্লগা থোরক্লে। দুকান্দা লেকপা নুপামচাদুদা "হোরেন ঐনা করিগুম্বা লাক্লবদি কৌবদা তানবা মখাদা তূম্মু" হায়রল্লগা ময়ুমদা লাক্লে। ময়ুম য়ৌরক্লগা মহাক অতৈ কাদা চঙলুদ্রে মকাদা চঙলক্তুনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা ফমুংদা হিপ্পী। মতৌলৈবীগী ৱাখল খল্লি মাবু নীংশিংই। ঙরাং পুং খরা মাগা পূল্লুবদগী হান্নগা ইমান মান্নদে মশাপূম্বা লৈতাফম খঙদবগুম তৌই। মখুৎ পায়দুনা ফারুবদা হকচাংগী অমোনবা ফাওহৌরবনি। অহিং ফনা থেঙখ্রে নোংয়াই য়ৈগদবা পুং খরতা ঙায়রল্লনি। পূন্নমক উন-ৱাইমুক চিকখ্রে। মাগী নুপীশিংগী কা ঙন্নমক পর্দা হাইথদুনা মৈ মমখ্রে, ইংনা চিক্না পূন্নমক তূমখুল তান্নখ্রে। পাকা ফমুংদা লোংখাক লোংনা লৈ তূম্বা য়াদে ৱাখল খল্লি। চিক্লবা তাংলৌ অসিদা মেংনা কোন শাবগী মখোল অমা তপ্পা তপ্পা মাগী নাকোংদা চঙলক্লি। পাকা হৌগৎতুনা ফম্মী। হৌজিক ফাওবা মতৌলৈবী তূমদ্রি হায়রি।

পাকা মোন মনাক্তগী তোর্চলাইটতু পায়রগা থোক্লই। লম্বী অচৌবরোমদা চৎতনা লম্বী মচা ফাওনফমলোমদা ফাওদুনা মতৌলৈবীগী ময়ুম য়ৌরকই। তাঞ্জা য়েংদুনা মতৌলৈবীনা ফি শাবা লোইশিন্দুনা ইমুং চঙবদা মাগা লোয়ননা চঙহৌরম্মী। মতৌলৈবীনা মাবু হেক উবদা লাওগে তৌবদা মচিন মেনবনা হানখি খোঞ্জেল থোকপা ঙমখিদে "ঐনা নচাগী থাং চাদুনা শিবা, নঙনা বদনাম, নচানা জেলদা সিবু কৰি ফবগে। ঙসিদি নঙগা ঐগা লুহোংবা নুমিৎনি ইঙকতগী লিক অসি হুকতোক্তুনা নঙোন্দা শিরবনি" হায়খি।

চৎলমদায়দা পাকানা হায়রম্মী "নোংঙানগদৌরে তূম্মো ঐসু ঙাইহাক্তা তূমহৌরুখিগে" হায়রল্লগা ঙসাই মানা লাকখিবা লম্বীদুমক্তদা হল্লকই। গোং গোং গোবিন্দগী মঙ্গলার্তি তৌরকই, নোংঙানদৌরে ঙাইহাকতংদি তূমহৌখিগে

খন্দুনা পরপ-পরপ কা মনুং চঙলকই। য়েংশিনখিবদা উই ঙসাই মমাংদা লৈহৌবগুম মাগী নুপীশিংগী কা ইংনা চিক্লা মোং-হাদনা অদুমক লৈরি। পাকা ফমুং চঙলে হিপথরক্লে মশাদু তূমনিংবনা পঙথবা হৌরক্লে মমিৎ উইশিল্লক্লে। ইলেকট্রিক বল্ব মচা অমা ঙাললিবদুগী মঙান্দা মী লাকপগী শহুম ফংই। পাকা উইরুম উইরুম হংলকই

"কনানো?"

"ঐ-নে।"

"ঐ হায়বদি —"

"শখিতোম্বী।"

"কদায়দা চৎলুরিবা?"

"ঈশৈ শকউরিবনে।"

চৎলমদায়দা মানা মতৌলৈবীদা হায়রম্বগুম শখিতোম্বীনা হায়রকই "নোংঙানগদৌরে তূম্মো তূম্মো ঐসু ঙাইহাক্ত তূমহৌখিগে।" মকাদা চঙখিদুনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা ফমুং চঙখ্রে। কাদ্ অমুক মৈ মমথখরে হান্নগা চপ মান্নখ্রে। পাকা মমিৎ শিংগৎলকই।

# মুর্ত্তিকা

এস. পি. ধনঞ্জয়গী য়ুমনি, মখোল কয়াগী য়ুমনি। নোংঙানবদগী মীওই কয়ানা শিৎ-শেংদুনা, তৈদুনা লূন-নান্নবগী থবক তৌই। শুমাং মাঙ্গোল শিনথুংনো লংত্রিক লংই। নাকনদা খুৎশেম চঙলবা হৈ, লৈ কয়ানা গমলা মথক্তা পরেং শানা ফুগাইনা শাৎকায়দুনা লৈরি। ধনঞ্জয়গী মচানুপী অহল সনালেম্বী স্কুল কাবা থোকলকই। মানা থোকলকপদা মমাঙ শঙ্গোয়গী মচিদুদা নুপী অমা য়াম্না চেকশিন্না ফমদুনা লৈবা উই, হংলকই

"করি থবক্কী ওইবিরবনো?"

অহলদুনা তপ্না

"ইবেম্মা থানা বাবু অমুক্তা উন্নজগে তৌবনি।"

"ঐখোয় পাবুংদি চৎথোকখ্রে!"

"করম কান্দা হল্লক্কনি?"

"খঙদে!"

সনালেম্বী স্কুল চৎখ্রে।

নুমিৎনা কোকতোন্দা চপ য়ুংনা থোক্লি, লাংবন থাগী লৌচি কোয়বা ঙমদবা নুংশানা মালেমদা ফুথরি। সনালেম্বী স্কুল কুমলকই মানা চঙলকপদা উই ঙসাই চৎলমদায়দা ফমহৌবা নুপী অদু। হৌজিক ফাওবা শঙ্গোয় মচিদুদা ফমদুনা অদুমক লৈরমলি।

নুপীদু কুচু মুই, ময়াং কংই। অয়ুক ঙন্তা ইরুজরগা বৃন্দাদেবী মখোঙগী লৈপাক্কা মরাইবক্তা মুর্ত্তিকা নমদুনা লাকপনি। মদু কুইরকপগী হুমাংনা চাশিল্লকপনা মশাদু অৱাবা পুবা মাল্লি। মালেমগী মশক পুরবা মুর্ত্তিকাদুগী মঙালনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবসু মাল্লি। সনালেম্বীনা মনাক্তা চঙলক্লগা হায়রকই

"ইমা ঙসাই অয়ুক্তগীরা?"

"মান্নি ইবেম্মা।"

"হৌজিক ফাওবা ....।"

"ইবেম্মা নঙ পাবুংদু উন্নদ্রিনে।"

"চাকতি চারক্লবরা?"

"চারকত্রি।"

"ইমা চাক লৈয়ে, চাক চারু লাও।"

"ইবেম্মা য়ারনি।"

"ইমা খরা চারো, ঙসাই অয়ুক্তগী লামম্মনি চারু লাও।"

"ইমা চাক লামদে নঙ পাবুংদু উন্ননীংমন্দুনা ঙাইরিবনি।"

"ঐসু স্কুল কুমলকপগী চাগদৌরিবনি লাকও খরা চারো।"

মতুং খরনি লৈরগা নোংমা অমুক সনালেম্বীনা স্কুল কুমলকপদা শঙ্গোয় মচিদুদা অহলদু অমুক ফমদুনা লৈরম্মী। সনালেম্বীনা হংলকই।

"ইমা পাবুং উন্নরবরা?"

"ইবেম্মা ফনা ঙন্না থোকলকপনি, ঐনা হেক য়ৌবগা গাড়ী অদুমমক থৌদোকখ্রে, ইমানা খরা থেংখ্রমালেনে।"

অহন্দু পোত্থা পোত্থা শমথরকই

"সিদা লৈরম্বা ইবুংঙোদুনা হায়রিবা চাক চাবা হল্লকখিনি হায়।"

"ইমাদি চারক্লবরা?"

"ইমাগীদি য়ারে।"

"ইমা য়াম্না থেংলে খরা চারু লাও।"

"ইবেম্মা ইমা চাররোই য়ারে।"

"য়াদে, নহানদৌনা চামিন্নসি লাকও ঐসু চাগদৌরিবনি।"

ঙসিসু মখোয় অনী চাক চামিন্নরি। সনালেম্বীনা টেবল মথক্তা চারি অদুগা অহন্দুনা মনাক অদুরাইদা লৈমায়থক্তা ফমদুনা চারি।

"পাবুংদি করিগী উন্নগদৌরিবনো?"

"ইমাগী ইচানুপা অতোনবদো কোলেজ তমলি। মী ফাবদা মমান্নবগী ময়ুমদগী মহাকসু য়াওনা ফাবীখ্রে অদুগীনি, মীনা হায়রিবা নঙ পাবুং উন্নৌ হায়নে।"

য়াম্না তোইনা লাকলম্বদগী অহন্দু লাকখিদ্রে, চহি ওনখ্রে কুইরে মখোয় অনী উন্নখিদবা। সনালেম্বী কোলেজ কারে। ঙসিদি মখোয়গী কোলেজগী পিকনিক মোইরাংদা চৎলি সেন্দ্রা য়েংলুই, হল্লকপদা নিংথৌখোং কৈথেল য়ৌরকপদা গাড়ী খাম্মী। ময়াম বসতগী ফন-ফন চোংথনখি কৈথেল কাবা, সনালেম্বীসু মমান্নবী ৪/৫ গা লোয়ননা কুমথরকই। কৈথেল মনুং চঙলকই। কৈথেলগী শঙ পরিং মতুং ইন্না চপ য়ুংনা চঙলকই। কদোমদগীনো খঙহৌদে বর্ত্তি য়োনবী লুকমায়দুগী মমাঙমক্তুদা পোপ তারুরে, চপ লেপ্পী, খঙহৌদনা থোকখি

"ইমা!"

ফমলম্বী নুপীদু ইঙক ঙক্লা য়েংখৎলকই শকফমদু উবদা মকা লাম্না হি-হি নোক্লদুনা হংলকই।

"ইবেম্মা কদোমদগীনো নহাক্তি?"

"ইমা ঐখোয় পিকনিক লাকপা অদুদা সুম কৈথেল চঙলক্লিবনি।"

নুপীদুনা মাগী ফমফমদগী হৌগৎলক্লগা য়াম্না হরাওনা

"কুইরেদা ইচা উদবা।"

"ইমাদি লাকসু লাক্তনা।"

অহন্দুনা সনালেম্বীগী মনাক্তা চঙশিলক্লগা

"নঙদি য়াম্না চাউরমলে, খোঙগ্রাও-ও করি-ও।"

মশমদুদা তপ্না নানবিরদুনা

"নশমশিদি অদুম শাংহল্লু ককথৎলুনুকো। ইমা নঙগী অচাপোৎ লৈগে লাও করি চানিংই?"

অসি হায়দুনা চুজাক কবোক য়োনবীদুগী মায়কৈরোমদা লাক্লম্মী। বসগী হোর্ন খোংলকই। মখোনদু তাবদা ছাত্রীশিংদু হৌদুনা চেনখ্রে সনালেম্বীসু য়াওখ্রে। অহন্দু লেপতুনা য়েংদুনা লৈহৌই। সনালেম্বীনা মমায় লৈথোরক্লগা লাওরম্মী "ইমা নোংমা লাকউ" মমাসু খুমখি "লাক্কে লাক্কে" মখোয় চেনখ্রে।

নিংথৌখোং ইমাসু খল্লি নোংমদি চৎলুগে অদুবু ঙমহৌদে নোংমা অমদুগীদমক নুমিৎ কয়া হৌখি চৎতনা মথং মথং হৌজিনখি।

ঙসিদি করি খল্লুরবনো খঙদে নিংথৌখোংগী ইমাদু নিতিগীদগী হেন্না ঙন্না হৌই, চিংহি-চনাই লুথোক্লুনা ইরুজথোকই অদুগা কৈথেল থোকলকই। অদুবু অহন্দু লুকমায় পান্দুনা ফমবদি ফমদ্রে। লফোই লফাং অমা নৈরগা সনালেম্বীগী মনাক্তা বস তোংদুনা লাকই। বসকী লাঙলবা মখোলনা নমহৎপা ঙমদ্রবা মহাক্কী ৱাখলনি।

অয়ুক্তু ফনা ঙল্লি অদুবু ধনঞ্জয় বাবুগী শুমাং অদুদি মীনা চোন্না তিল্লমলে। থবকশুবা মী, সিফাই ময়াম, উন্নবা লাকপা মীওই কয়ানা ভন লেংদুনা লৈরে। চেক্লা লৈরোং হক্লবা বৃন্দাদেবীগী মখোঙদুনা চহি ১১/১২ রোম শুরবী নুপীমচা অমনা অঙাংবা স্কার্ত অমা শেৎলদুনা ধুপ কৎতুনা খুরম্মী। ঙাইহাক্কী মনুংদা ধুপগী নুংশিবা মনমনা মফমদু শিন থুংই। শঙ্গোয় মচিদা ফমলিবা ইমাগী মনাক অদুদসু মপুং ফানা য়ৌরকই। কয়াদা নুংশিখ্রবা মনমনো, কয়াদা ফজখ্রবা য়ুম্বান, কয়াদা নীংথিজখ্রবা নুপীমচানো। ঙাইবগী ফম্বদা চোকথরম্লবা মশাদু পাঙ্গল নৌহৌননা হঙ্গৎলকই, ওন্থোক্লা নুংশিবগী মশক অমনা ঙাইহাক শান্তি ফংহল্লি। স্কুল মতম য়ৌরমালে নুপীমচাদো স্কুলগী পোযাক শেৎলদুনা সাইকল মচা অমা তোংলদুনা চৎখ্রে। মতমদু কদায় য়ৌরবগে খঙদে। শুমাংদুসু মী ইতাক তাকশিল্লক্লে। ঙরাংদগী মীফা-মীপুনগী থবক্তা চাবা থকপা চঙদনা লৈরকপা অহন্দু মকোক ঙাওরকই মমিৎ তন্দন পাইরকই। ঈশিং য়াউম অমগী মতেং উদ্রবা মতমদুদা নুংশিরবা মেঙলবা শুর অমনা হংলকই "ইমা ঙসাই অয়ুক্তগীরা?"

"কনা ঙাইরিবনো" হেন্দিমেন নুপামচাদুনা লাওরকই। নিংথৌখোং ইমাদু খঙপ্রেক খঙই য়েংথোরকই ইস! কনাসু লৈরমদ্রেদনা। বসতগী কুমথরে, হেক কুমথবগা ফনেক ফি ফিবম তানা শেৎচিন ইন্সিল্লি অদুগা উন্ননীংবগী ময়াই অমা য়াওনা য়াম্না থুনা ধনঞ্জয় বাবুগী ময়ুম তান্না লাকই। হান্ননা য়াম্না তোইনা লাকলম্লবা মফমনি থোইদোক্লা কোইরুবা লৈত্রে। শুমাংদু মহৌশাগুম মী লৈরম্মী। গাড়ী অনী অহুমসু লৈ। অহন্দু শুমাং লানশিনখিদুনা জুরি য়ৌবদা ধনঞ্জয় য়াম্না থুনা ইমুংদগী থোকলকই, সিড়ি পরেংশিংদু চেনকুম কুমথরক্লগা গাড়ীদা কাখৎতুনা

চৎখ্রে, লৈরম্বা মীওইশিং অদুসু গাড়ীশিংদুদা তোংদুনা ইন্নখ্রে। নিংথৌখোংগী ইমাদু তৌরিবশিংদু খজিক্তুং মতায় ওইনা লৈশিন্দুনা লৈরগা ঙাই। ঙাইহাক্কী মতুংদা মফমদু ইতাক তাকই, তপ্না চঙশিন্দুনা কৌই।

"ইবেম্মা, ইবেম্মা।"

কনাসু থোকলকতে, ফনা কুইনা লেপ্লবা মতুংদা হন্দোরক্তুনা শঙ্গোয় মচিদুদা চঙশিন্দুনা ফমলে। যুমদু মোরামট তৌখিবগী শক্তম মাল্লি লংত্রিক লংনা মকে শেম্লি অদুগা গমলাদা ফুগাইনা শাৎচবা লৈরাংশিং অদুবুদি থওইবিদবগুম থাপ্না ইংখোল মতোন্দা হোংদোকপিখ্রে। শুমাং মাঙ্গোল চেক-মোক লাওদে। অহন্দু শঙ্গোয় মচিদুদা মশা লোয়না থাদোকপিখ্রবা শুমাংদা হৌরিবা উপাম্বীশিংদুগুম উপায় লৈত মথন্ত লৈরি। ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা পাখঙমচা অমা থোকলকই। ইমানা হৌগৎলক্তুনা হংলকই

"ইবুংঙো ইবেম্মবু লৈবরা?"

"ইমাদি লৈতে।"

"ইমা নত্তে লৈশাবীদো।"

"ইচেরা, ইচেদি লুহোংখ্রে।"

নিংথৌখোংগী ইমাদু ইস হায়দুনা ফমথৈ। ঐনা খরা থেংখ্রমালেদো খল্লি। নুংবংনরিঙৈদা পাখঙমচাদুসু কোম্হোংলোমদা থোকখ্রে। অহন্দু মথন্ত অমুক ঙায়হৌরে কোয়য়েং য়েংই কনাসু উদে উপাই লৈতে মমাংঙৈদগী ফমজরক্লবা শঙ্গোয় মচিদুদা হঞ্জিন্দুনা অমুক ফম্বা তাই। ফনা কুইরে ফমলিবা, ঙসিদি মহাকপু কনাননো কৌশিনবিগদৌরিবা, কনা অমত্তনসু হংলদে কনা অমত্তনসু হায়রদে। অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগীনি মতমসে আ য়ৌখ্রবনি। নিংথৌখোং ইমাদো মপুক মনুংদা শোক্লি "নুংশিবী নঙবু কদায়দনোনে ...?"

হৌখিবা ইঙাগী পুর্ণিমা স্নান যাত্রা নুমিৎতা গোপীনাঠ মন্দিরগী তোমাল পাম্বী মরক্তা মমা মচা থেংনখি অদুবু করিসু হায়নবা নংহৌদে। সনালেম্বী মমা মপাগা পুন্না লাই খুরম্বা লাকলম্বনি। লাই খুরম্বা লোইদুনা থোকলকপগা ইমানা চঙখিবগা মান্নখিবনি মমিত্তমক য়েংনখি মচিনতমক নোক্লখি করিসু হায়বা নঙহৌদে। মপাগী গাড়ী ঙাইদুনা লৈরবদা সনালেম্বী মমায় লৈশিল্লক্তুনা নমহায়

নমহায় হায়জরম্মী — "ইমা নোংমতা লাকউ, নোংমতা লাকউ।" নিংথৌখোংগী ইমাদু মপুক্লিং নৌরকই, চৎলগে খল্লকই তাঞ্জাসিমক্তদা ঙসাই থোকখিবা পাখঙমচাদু চঙলকই। ইমানা হৌগৎলক্তুনা হংই

"ইবুংঙো নচেনা ওংখিবা মফমদুবু কদাৱায়দনো?"

"বিজয় গোবিন্দদনি।"

নুপাদু চঙখিগে তৌই। ইমানা তান্নরক্লগা

"নচেগী লৈফমদো চে মচেৎ অমদা ইরগা অমুক্তা পীবিয়ুবা।"

মহাক চঙখি অদুগা ঙাইহাক লৈরগা চে মচেৎ অমা পুথোরক্তুনা পীরগা মসিদা লোইনা ইরবনি হায়। নিংথৌখোং ইমাদু মখা তানা হংথদ্রে, পাবসু থোকতবা ময়েকতুদা ঙাইহাক য়েংলগা খাও মনুংদা হাপচিনখ্রে।

নোংঙাল্লগা নিংথৌখোংগী ইমাদো কোইথি থিদুনা বিজয় গোবিন্দগী লম্পাক্তা য়ৌরকই। মী খরা লৈরম্বদুদা চঙশিন্দুনা চেজেৎ অদু পীরগা হংই। নুপা অমনা চেজেৎতু পারগা মখুৎ থিন্দুনা "তু আদগী অশংবা মচু তৈবা গেট অসিদা চঙবিয়ু।" ইমানা তপ্না চঙলকই। ফনেক্তু খরা চোম্থহল্লি। য়ুম অসিসু অচৌবা ইমুং ওইরমাক্লে মী ওম্ণোক্লা য়াম্না লৈখ্রেদা খল্লি। হংই

"ইবেম্মাবু লৈবরা? ইবেম্মবু অমুক্তা উন্নজগে।"

লৈরমলিবা মীশিং অদুগী মরক্তগী অমনা সোমদা ফমবীয়ু তাকলকই। অহন্দু চঙশিন্দুনা ফমলে। মফম অসিদসু কুইনা ঙাই। লৈরমলিবা মীওইশিংদু অমমম অনীনী চৎখিবনা ইমাদু মথন্তা ঙায়হৌরে। মদু ফাওবা মহাক ঙাইরি, ফমলি। মগুণ লৈবা নুপা অমনা পর্দা হায়দোক্তুনা চেপথদুনা য়েংলক্লগা

"অনাবা য়েংগদবরা চঙবিরকও।"

"ইবুংঙো অনাবা নৎচদে, ইবেম্মা অমুক্তা উন্নজগে।"

ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা সনালেম্বী থোক্লকই, ইমাগী মশক হেক উবদা হরাওনা চেনশিল্লক্তুনা

"ইমা, অসিদা লাক্কনি হায়বদি য়াম্না থাজদে।"

মমাগী মশা পায়দুনা হংই

"কয়াম কুইরে য়ৌরকপা?"

"ফনা কুইরে।"

"লাকও ইমুংদা চঙসি ঐগী কাদা ফমসি" হায়দুনা মখোয় অনী চঙমিন্নরক্লে।

মমানা মাগী খাওদগী বর্ত্তিগা লং মতুম অমগা অদুগা চেনা য়োম্বা ময়োম মচা অমগা পুথোরক্তুনা পীরকই। সনালেম্বীনা হংই

"করিনো সিদি?"

"য়েংঙোই ইমা বৃন্দাবন চৎলুই বৃন্দাবন্দগী পুরকপনি"

হায়দুনা চন্দোন অঙৌবা মচেৎ অমগা অমুবা মচেৎ অমগা উৎলম্মী অদুগা

"লং মতুমসিনা লং অহিংবগীনি, ইমানা নাইবনি, সে বর্ত্তিসিগা নঙগী শরুকনি।"

"অমুবা চন্দোন অসিদি ইমাগী পুজখো।"

"ইবেম্মা ইমানা ইচাগীদমক পুরকপনি!"

"মসিদি ঐঙোন্দা কৈদৌননি।"

"থমজিল্লু, হয়েং ইমা লৈত্রগা থিল্লু।"

"ইমা লৈত্রে হায়বদি ঐদি করন্না খঙগদৌরিবা?"

"খঙগনি খঙগনি সোয়দনা খঙগনি।"

মমা মচা ৱারী শাই।

"ফরে থনম্মো অদুবু ইমাদি মসি য়োল্লগা চাবনি বর্ত্তিগা লং মতুম অসিগী মমলদি কয়ানো?"

মমানা মমিৎতু মচানুপীদা য়েংলগা।

"ইবেম্মা নঙদি ইমাদগী য়াম্না লাপথোক্লেনা।"

সনালেম্বী তুমিন লৈখ্রে।

ঙসিদি বিজয়গোবিন্দগী আখরা অসি মীনা চোন্না তিল্লে। সনালেম্বী খোয়গী লাল্লুপনি। মশাগী ইমুং মনুংগী মথক্তা অতোপ্পা মীওই ৭০ অমগীসু য়াওনা উৎসব কৎলি। লাইগী লম্পাক অদুদা বস অনী থাদুনা লৈ। মী খুদিংমক থুংলদুনা লৈরে। অহল-লমন হনু-হনা ঙাক্তনি। লাই লুক কৎপা মতম য়ৌরে। বামোন্না অহানবা

লাইথোং হাংদুনা বর্ত্তি ১০৮ হায়গৎলে কাংশি অচৌবা মচা য়েরে, শেনবুং য়েরে। লাক্লিবা কাংবুদু মন্দিলা খিংবসু য়াওই, ঈশে শক্লরকই। লৈরমলিবা, লাক্লিবা মীওই পূন্নমক ইবুংঙো মাগী দর্শণ ফংজবদা কনানা মখুৎ ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা জগোয় শারি কনানা প্রেমগী ধারা শিন্থরি। মী খুদিংমক খুরুখুদক কুন্দুনা খুরমলে। বামোন্না চনামৃত থুংনবা চাইরে। সনালেম্বী য়ুম্বুনি অশিল-অরাংনি। ইমাশিংদুদা হংলকই

"ইমাখোয়দি কদায়ৱায়দগী ওইরবনো?"

"নিংথৌখোংদগীনি।"

"করিগী উৎসব ওইরবনো ঙসি কৎলিবসিবো?"

"ইবেম্মা ঐখোয় বৃন্দাবন চৎলুবনি তীর্থ মাপল খুরমবদা ঙসি বিজয়গোবিন্দ অসিদা লোইশিল্লিবনি।"

"নিংথৌখোংদগী ওইরবদি নিংথৌখোং কৈথেলদা লং অহিংবা য়োনবী নুপীদু খঙবীবরা?"

"খঙই ইচে নুংশিমতুমনি।"

"মাদি য়াওদ্রা?"

"মাদি লৈখিদ্রে।"

"বর্ত্তি য়োনবীদুবো?"

"উম! নিংথৌখোং কৈথেন্দদি বর্ত্তিগা লং অহিংবগা য়োনবসি মা মতোমতনি।"

সনালেম্বী হায়রক্লিবশিংদু তাবা ঙমদে মনাকোং মেনশিন্দুনা খাঙই। লেপ্তুনা লৈবা ঙম্মকত্রে ময়ুমলোমদা চঙলকই। ইমুং চঙলক্লগা মকোক-মরূ তূমথোক্তুনা ইরুজথোক্লে। ফিশেং শেৎলে। উপু হাংদোক্লগা মমানা পীরম্বা চন্দোন্দো লৌথোক্লে, মুন্না য়েংই 'নঙনা খঙগনি হায়রম্বদো ঐ খঙলে' খঙহৌদে মপি পোপ পোপ তাখি। অমুবা চন্দোন্দো লৌখৎলে, নিংথিনা খুবাক ময়ায়দা তপ্না তপ্না তক্লগা মুর্ত্তিকা নমদুনা থিল্লে। মাগুবলোমদগী কাংশি সেনবুংগী নিল্লবা মখোল মরক্তা বামোনগী বর্ত্তি হায়বগী নুংশিরবা শরিক মখোলসু মফমসিদা য়ৌরক্লি। সনালেম্বী মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা লৈখ্রে।

---

# চৎলোই ভালো লৈখিগে কেৎলে

"বিজু, ঐখোয়বু অমুক্তদি চৎলুসি নৎত্রবদি ইন্দোমচানা য়াম্না নুংঙাইররোই।"

বিজুনা অয়ুক্কী স্কুল চৎলুবগী মফি-মরোল হোংদোক হোংদোক্লা মশাদু হুমাং কাংলপ

"ঐবু হল্লকপদা ঙায়রি ঙাইহাক্তদি ঙাইখোবা কৈদৌগে। নঙ ন মুম চৎপগী ৱাখলদা খন্দুনা লৈরমালে।

"অদুগী নত্তেদা, নঙসু চৎফম থোকপনি।"

"অদুবু তলব ফংলগা চৎশি হায়বনি।"

"মদু থেঙমল্লে, ইন্দোমচা মশামক লাক্তুনা হায়রমলেদনা পৈশাসু খরা পীয়ু।"

"ঐদি তলবতি ফংদ্রি।"

"তলব ফংদে হায়দুনা সিবু তোকপা য়াবরা, পূবরা-লঙবরা তৌদবা য়াদবনি"

হায়নরিবা ৱাফমদু থওইরিব্রা থওইদ্রিব্রা বিজুনা মরি ইরৈ লৈনদনা হংলকই

"ঙসিবু করি এঙ্গাং থোংবগে, ঐদি ঙরাং নুমিদাংগা চাদবনে লাম্বনা লোইরে, চারসি।"

নিংথেমজাওনা শান্নবা চৎখিবা মচা অনীবু কৌরকই

"হনবী, জানোকি চাক চারসি লাকও হৈ।"

ঙসিদগী চহি ৯ লোমগী মমাংদা ইংখোল অসি নিংথেমচাময়ুম ওইরম্মী। হৌজিকসু হায়বদি অদুমক হায়নরি অদুবু মদু শেংলিবরা শেংদ্রিবরা হায়বা থোইদোক্লা খিজিন্নরুদে। চন্দ্রহাসসনানা চমুশিজ পান্নদুনা বিজুমালাসনা পোকই। মথন্ত পোকই মথক্তা অমা লৈত্রে মখাদা অমা লাক্তে। চন্দ্রহাসসনানা মাগী একর

৩ লোম চাওবা ইংখোল অদুদা শারম্মী। য়ুম, মমাং শঙ্গোয়, অৱাং শঙ্গোয় তৌবতবু ইংখোল চাওবগা হায়রুৱবদি য়ুম শঙ্গোয় খুদিংমক পিকতক পিকতক তৌই মচানুপা য়াওদে হায়দুনা তৌরিবরা নত্রে হায়রগা মচানুপী য়ামদে হায়দুনা তৌরিবরা মদুমদি খঙদ্রে।

চন্দ্রহাসসনাগা চমুশিজগনা মচানুপীবু নিংথৌগী মচানুপী তম্ফাসনাগুম য়োকলকই কৌবসু মমা মপা অমদি লৈকাইনা তম্ফাসনা তম্ফাসনা কৌই। বিজুমালাসনা হায়বসিদি স্কুলগী মিংনি। বিজুমালাসনা য়াম্না পেৎন-চান্না য়োক্লকই। থবক-ইনখাং কয়া তৌহনদে মদুমক্লা ইমুংগী থবক-থানাদা কয়া হৈথোই শিংথোবদি ওইদ্রে।

বিজুমালানা পুংকক চাওরকপদগী মপাবুং অমদি মমা ইবেম্মদা মচানুপীবু মমৌ ওইনবা হায়রবসি খুরক হাঙখিদ্রবনি শাগৈ-জাৎ অমত্তা চোপ্পা নত্তে অদুবু পরু-ৱায়ন য়েংনদুনা লুহোংবগী ৱা ঙাংনরকদা য়াওং ইনবা পাম্বগী মওং হেক ফোঙদোক্লুবদগী মখা তান্নদে লুহোংদনা হেক্ত তোক্লখি। চহি কয়ানি অসুন্না হৌখিবা। মমানা মচাদা নঙগী খঙন-চান্নবকা লৈজবরা লৈরবদি হায়য়ু হায়বা ফাওবা য়ৌখ্রবনি। নুমিত্তি অসুম মথং মথং হৌজিনখি কৃষ্ণ জন্ম অমগী মথংদা কৃষ্ণ কয়া পোকলকই রাধা কয়া ইল্লকই। মমৈদদি মচানুপী অসিগী বড় অসিবু লৈররোইদ্রা হায়দুনা মমা মপানা মথৱাই য়াম্না ৱাখি।

মতাং অদুমক্তদনি নিংথেমজাওগা ইমুং অসিগা থেংনখিবা। মহাক মচিন-মনাও য়াম্মী। মমা মপা লৈত্রে, ময়াম্বা অহলনা শীন্দুনা মাবু সিফাই লৌরকপদা য়াওননবা কন্না হোৎনখি। মশা-মঙৈনগা চাওদম-শাংদম্বনে ফিৱম-মূর্ত্তিনগা ফজবনে লৈবরা শাবরা ক্লাস আইটকী সার্টিফিকেত অদু উৎপদগীদি মাবু ইরায় লায়না লৌখীবনি। সিফাই হেক খনবগা কুইদে নিংথেমজাও শিল্লোংগী হেপী ভেলিদা অসাম রেজিমেন্ট সেন্টরদা চহি অমগী ট্রেনিং চৎলি। ট্রেনিং মনুংদনি কনাসু তাকলমদনা খোঙলোই কনাসু য়াওদনা মহাক মথন্ত লোন্না চেম্ভোরকখি, পোক্লফম লমদম কুম্বী য়ৌরকখি। মহাক্কী থৌদৌ অদুদা ইমুংগী মী খুদিংমক্কী আশা য়াম্না কায়খি অমুক হন্না চৎখিনবা হায়। ইমুং অদু মাগী ৱাখলদা হিংলক্লবনি। খুল ফাওবা নিংথেমজাওবু চৎখিনবা থেমখি অদুবু থোইনা কান্নখিদে। ময়াম্বা অহলনা শাওদুনা ঙাঙই "নঙদি খুদৈ নানৈবা অমগা ইশিংতুনা লৈয়ু" জগৎকী মী পূন্নমক্লা

মাগী মায়োক্তা লৈখ্রবা মতাং অদুদা মাগী মীচঙদা লেপখিবা হায়ববু মন্দোমচানা "হোয়দা তোক্কে তোকও শনম মীনমসু তাদবা মফমদুদা সিফাই খন্দ্রসু হিংনি" ৱাফমদু নিংথেমজাওদা য়ান্না পাঙ্গল ওইখি মদুমক্তা মানা কনাদসু থাঙ্গৎলরোইদবা ৱা মন্দোমচাদদি ফোঙদোকই "ইন্দোমচা মখোয়গী নিয়ম য়ান্না কল্লি নিয়মদু ঙাক্লবা হোৎনবদা ঐ য়াম্না ৱায়। পুন্সিদা অদুক ৱাবা ঐ থেংনদ্রি।"

হৌজিক্তি মখোয়গী ইংখোল অসি আর. কে ময়ুম্বু ওইরো থৌনাওজমবু ওইরো ইম্ফাল সহর অসিগী মনুংদদি ইতোপ তোপ্পা ইংখোল অমা হায়বদু ওইরবনি। মখোয়গী ইংখোল অসিদা ফংদবা এঙ্গাং-নাপী লৈতে। মতম মতমগী ওইবা মনামশিং কোবী আলু ককাদি ললোনবীনা ইংখোল অসিদা লৌবা চঙলকই। হৈ, লৈ, মনামশিং পূম্নমক শুই। চমপ্রা মতমদা ইংখোল অসিদগী হেকপদা পিকতক তৌবা লিখায় অমদি নুমিৎ খুদিংগী থা অমরোমদি পুথোকপা ঙমগনি। হৈক্রুকাদি চহি অমদা বোরা ৫/৬ তি অদুমক থাদোকই। চোরফোন, হৈনৌ হৈতুপ, হৈরি, নোবাব, সোলোম অমত্তা ৱাৎপা নত্তে। হৈনজোম পাম্বী অমদা লিশীং পানখ্রবনি। দেব কর্ম্ম অমগী কৈথেলদা হৈ মনমনাইবা ফংদ্রবদা ইংখোল অসিদগী ফংনরিবনি। লৈগী মায়কৈদসু শোত্থবা নত্তে। মালিকা, মালোতি, লবঙ্গ, কেতুকি, জাতি কুপ্পী, জাতি পুষ্প, পরিজাৎ, মধুমতি, সনারৈ, অতরগুলাপ কনাগুম্বগী লুহোংবদা কুন্দো ফংনদ্রবদা চৈরাওচীংখোংদগী চীংঙা মখোং অসি তান্না লাক্তুনা ইংখোল অসিদগী হেক্তুনা হুক্লখিবা কয়া য়াওখ্রবনি। লৈকাইগী পাখঙ লৈশাবী মচাশিংনা মখোয়গী ইংখোল অসিবু য়াম্না চঙজনিংই মদুগী মরমসু য়াম্না চাওনা লৈ। নহাশিং অদুনা পামজদুনা, চানিংদুনা হৈ অমা লৈ অমগীদমক "তাঙাং ..." হায়না কৌবদা কুম্বীগী নিংথেমজাওসু ফুং কাজরিবনি। হৈ-ৱা শুনা কৎলগা লাইরেম্বী লাইরেম্বা অমগী মথক্তা শঙ্গোম হৈদুনা কৎপগুম মোইরাংলাইজি পাংবরোমদা লৈরিবা শঙ্গোল অদুদগী পুথোরকপা শঙ্গোম্না লৈকাই অসিগী হৱাইট রিভোলুসনগী শরুক তংখায় অমগী পান্দমদি তাঙাং অসিনা পুরিবনি। নহারোলশিং অসিনসু মপুক্লিংদা খল্লি মদুদি 'ও সিননিদনা মৈতৈ ফুঙ্গা ৱারীদা নিংঙোল মৱাগী ৱারী মফম চাওনা লৈরমলিবসি, ইপুবোক্তা ঐঙোন্দা নিংঙোল মৱা অপংগী ৱারী লীবিরমলগা নিংঙোল মৱা অশিংগী ৱারীদি লীবা নংলমদবগী ৱানী।'

নহারোলদা নত্তনা করিগুম্বা মতমদা লৈকাইগী অহলশিংনসু চা থককম হোটেলদা নৎত্রগা লাইরিক তাফম বামোন মাগুবতা ৱারী শানৈ সনাখ্যা চন্দ্রহাসনানা তৌরমলিবা থৌদৌ অসি অচুম্বা মওংনি। মপাঙ্গল শোনবা নুপীবু ৱাদবা সরকারগী থবক তৌহনবা মপাঙ্গল কনবা নুপাবুনা য়ুমগী থবক ইমুং মনুংগী কুপনোম, মসিদনিনে ইংখোল অসিনা অসুক ফজখ্রিবা। ইংখোল অসিনা অসি য়ৌরিবসি অতোপ্পা কনা অমগী মপাঙ্গল য়াওবা নত্তে। মাগীদা হৌবা পাম্বী অমত্তনা বিজুমালাসনাগী ঈশিং খুজোক অমা ফংবা নত্তে পূম্নমক নিংথেমজাওগী খুৎকি মমলনি। মহাক্কী মপাঙ্গলনা ইরাই লাইনা পাঙথোকই। অচৌবা ওফিসারগী ওর্ডরলি মঙাবু ওইরো নৎত্রগা চমপ্রাসি তরাবু ওইরো মবুংঙোগী ইংখোল শেম্বা তারবসু মদুদগী নিংথেমজাওনা মকৃগী ইংখোল অসি হোৎনবনা শরুক খরদি মহেল্লনি।

ঙসি অসিনি লাংবনগী হুমনি পানবা নিংথেমজাওগী ইন্দোমচাগী মমা লৈখিদবা কূমওন ফাবা ফিরোই নুমিৎনি। নুপা নুপী শকপা ইন্দোমচানি দায়ত্ব পূম্নমক মঙোন্দ তাবনি, মদুগীদমক্তনি নুমিৎ কয়ানিগী মমাংদগী বিজু মতৈ-মনাওনা খন্নরক্লিবসি।

হাকুম সোরাৎ নুমিৎতুসু নিংথেমজাও বিজুগা লোয়ননা ময়ুমদা লাকখিবনি। মখোয়গী ময়ুমসি কুম্বী লমখায়দগী কিলোমিটর অনীরোম খোঙনা চঙই। মখোয় অনী তুংথ-মাংথ পরপ পরপ লাকই। শারবা নুংশানি লম্বীদু উফুলনা খুজেং য়ৌই। চৎনা চৎনা নিংথেমজাওনা মপুক্নীংদু ৱারৌরপ ৱারৌরপ বিজুদা চৈগুম ঙাংগুম ঙন্তা লাকতবগী মরাল শীদুনা সোরাৎ মফম য়ৌরকই। মখোয় অনীনা চঙখিবদা ভেক কৎপা লোইরমদৌরে। তোইনদি উন্নবা ফংদবা উন্ননিংবগী খৌরাংবদি লৈবা মীশক অমা লাকপগুম অকোয়বগী মীশিংদুনা মখোয় অনীদা মীৎয়েং থম্মী। মন্দোমচানা তেংথাদুনা কপলম্মী নিংথেমজাওবু হেক উবদগীদি হেন্না খোঞ্জেল ৱাংখৎলকই। বিজুমালা নিংথেমজাওগী মতুং ওইরপ্না লেপ্তুনা লৈ। নিংথেমজাওনা মন্দোমচাবু নুংশিনা কৌরগা হায়

"ইন্দোমচা গাড়ী ফরক তাদুনা খরা থেংদোকখরে ৱারৌনু, সে সিদা পায়শিল্লু।"

মন্দোমচাগী মখুবাক্তা ১০০ চৎপী ১০ খক ঙৌরোক ঙৌনা হাপ্পী। অসুন্না হাপ্পীনবা মন্দোমচাগী কনাসু লৈতে, হেন্না কপথরকই। মতুং তাবদি সোরাৎকী খুরম-খাজংবা থবক-থানা পূম্নমক নিংথেমজাওনা মকোক থারক্লে।

সোরাৎ লোইরে মী খুদীংমক চৎনখ্রে। খুৎমান্নবা খুলনি সোরাৎ ল্লোইখিবগা পুং ফাদে ৱাগী মাগুবতু শীবা পূমলোই লোই, ত্রিপান-নুংপান পূম্নমক থিন্দোক থিনজিন লোইখ্রে। নিংথেমজাও ইমুংদা ফক অহনবা অমগী মথক্তা খোঙ্গাই চন্দুনা ফমদুনা লৈ। ইংখোন্নুংগী মী অয়াম্বা ইমুং কাজাওদুদা ফম্বা য়াও লেপ্পা য়াও ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈ। মহাক লৈবনা ওইরমাল্লে। তাঞ্জাসিদা বিজুমালা চঙলক্লগা হায়রকই

"চৎলসি থেংখিরোইদরা?"

বিজুমালাসনাগী খোঞ্জেল হেক তাবদা লৈরমলিবা মীপুম খুদিংমক্না ওনশিলক্লুনা ইচেমশি, সনাইবেমা, ইন্দোসি কাদি নত্তনা ইচে ঙসিদি লেকখ্রো, ইনাও ঙসিদি চৎখ্রনু, ইনম্মা ঙসিদি চাক চামিন্নরসি হায়দুনা য়ৌ য়ৌ ঙাংশীল্লকই। বিজুমালা কয়া হৈনবা মান্দে তাবদা ইঙক ঙকই, থেঙখ্রে হায়দুনা নিংথেমবু কৌবা লাকপনি। ময়াম্না তৌরমলিবা মতৌদু উবদা মখা তাবা ঙমদে। মমিৎতু নিংথেমদা য়েংই। নিংথেমদি লাই কৎপগী থুমোক্তা লৈরিবা সেমদু অমা লৌরগা চাদুনা লৈরি। বিজুমালা মপান থোরক্লে দারী মচিন্দা লেপ্পী। নুমিৎনা চীংয়াদা লৈথরক্লি, বিজু তনচঙ অমুক চঙলক্লুনা

"নুমিৎসে আ য়ৌখ্রে লাকও কৈদৌরগে গাড়ী ফংহৌররোইয়ে।"

নিংথেমজাওনা তপ্পা

"ঙসিদি লেকসি হায়রগা লেকথোকখ্রসিদনা।"

ঙসাইমখৈ হায়রক্কদরা হায়দুনা চিংন্দুনা লৈরম্বা ৱাফমদু ময়েক শেংলকপদা বিজুমালা শাওনিংবনা লুতোন কায় হায়রকই

"লাকও-সে, অঙাংশিংদুঙাক্তা কমদৌরমগদৌরিবনো?"

"ইচে তম্পাক্তদি শিন্নরম্বনি।"

বিজু হায়রক্লিবদু করিসু তানিংদে অওপা শারদনা কৈদৌবগী শিন্নবিরমলিবনো হায়নিংই অদুবু মপান্দি থোক্তে মরমদি অঙাংদি মপানা য়োকপনি। বিজু মমিৎতু খারপ য়েংলম্নগা মপান অমুক থোকখ্রে, খনবমখৈ খল্লুরগা ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা অমুক চঙলকই শাওনা হায়রকই

"মোইপাবুং লৈহৌখিগে ঐ চৎখ্রো হায়বরা?"

নিংথেমজাওসু করি খল্লুরবনো খঙদে পনথদে নাখে শেংদোরকই

"চৎকে হায়রগা চৎখ্রো ঐদি লৈহৌরগে।"

বিজুমালা মায়থীরবা মী অমগুম ইমুংদগী মাঙ্গোল তম্না থোকলকই শাওনিংবনা মশাপুম্বা মিহুন হৌই, পাঙ্গল থোকঙমদবগী তৌবনি মশা শাগল লাক্তুনা চীংদুনা হেক পুনিংবা য়ৌই। মপান্দা পুরা থোরক্লে শুমাংদা লেপ্লী, চৎশি কদায় চৎনুশি কদায় তৌফম খঙদবা মওংনি। মনাক্তা লৈরম্বা অঙাং অমদা কৌদুনা পাউখোন শীরকই

"নঙ খুরাতোনদো থেঙলে থোরকও হায়য়ু।"

শাজৌবীনা ঙা অমা লৈবাক শোক্লা শোরো শোরো চীংদুনা পুশিলক্লগা লময়াইদুদা থম্মী। মন্দোমচানা মমিৎতু নিংথেমদা য়েংলগা হংলকই

"মসিনা ওক্লদরা ইখোন্নুংসিবো?"

"য়ারনিদা।"

ইমুংদনা ময়াম মখেল লাংলি মপান্দনা বিজু মথন্ত লেপ্লী।

অয়ুক অঙনবদগী নিংথেমজাওনা ফিরোই চৎনবগীদমক মাগী অকনবা পাঙ্গলদু শীজিন্নবা হৌরকই। মহৌশা মহৌশাগুম অয়ুক্তু বিজুমালা ঙাইহাক্তনি হায়রম্লগা স্কুল চৎখি। নিংথেমজাওদি নিতিগীদগী য়াঙবগী মথক্তা হেন্না য়াঙশিন্না থবক তৌই। মশাদু ফুরিৎ লিৎতে, খুদৈঅরাংবগী খুদৈদুগা কুচুদুগা মৈতে পাখঙ অশেংবা মাল্লি। নোংশা শাবান্দুনা খুমন খম্ববু নীংশিংহল্লি। ইরুজবা লোইবগী শেংলবা তুখোঙ মথক্তা অহনবা লুগুন অমা খাওন ওল্লি, কয়াদা মচু তাখ্রবা থম্মোই ফাওবা শেংলমগদবা মাল্লি। মমিৎতু তোয়না তোয়না কোম্ভোংলোমদা বিজুমালা হল্লকপরা য়েংই। বিজু তপ্লি তপ্লি স্কুলদগী হল্লকই। মশাদু ইচোক চোকথনা উই। মাঙ্গোলদা শউনগী শেন্দলদু কাপ থারগা নুংশা। ফৌদুনা লৈবা উই। ইমুংদগী নিংথেমজাওনা হায়রকই

"নঙবু ঙাইহাক্তনি হায়রম্বদাই।"

বিজুমালা হোই-মাই করিমত্তা হায়দনা মাঙ্গোলদা থারিবা ফক্তুদা মখোঙ মখুৎ শৎ তিংথোক্তুনা ফম্মী।

নিংথেমজাওনা লাওরকই

"লোইশিল্লো থেঙলে।"

"মোইপাবুং ঐ চৎলরোই।"

নিংথেমজাওদি মফি শেৎপা হৌখ্রবনি। ইঙক ঙকই খুনা খুমলকই

"তৌনু তৌনু, ইন্দোমচানা য়াম্না নুংঙাইরোই।"

মহাক্তি সর সর লোইশিনখিদুনা ফৈজোম কুঞ্জা শাবা লোইখ্রে। মদু ফাওবা বিজুদি নিংঙাইদনা ফমলি, নিংথেমজাওনা অমুকসু খরা হৌনা হায়রকই

"থেঙলে লোইশিল্লো হায়বনে।"

বিজুমালা চান্ননা হায়রকই

"ঐ চৎলরোই মোইপাবুং ওইনা চৎলো।"

নিংথেমজাও পুময়াৎ লিৎশীনবা লোইখ্রে। শেন্দল লৌদুনা তোংশিল্লি, শাওনিংনা

"নঙ ননুং লেল্লগা কাউগনু ইন্দোমচাগীসু খরা মখল্লু লোইশিল্লো চৎলু।"

বিজুমালা মাঙ্গোলদগী হৌগৎলগা ইমুং চঙলকই। মফি শেৎকদবোই নীংই অদুবু ইনফিদু থম্লগা ফমুংদা হিপথৈ। নিংথেমজাওনা মাবু মুন্না য়েংলগা

"নঙনা তৌরিবসি উৎশিৎত্রিবা হায়বদুরা?"

"উশিৎতবা নত্তে ঐ চৎলরোই মোই পাবুং চৎপীরো হায়রেদনা।"

"নঙ চান্ননরা?"

"চান্নননে, চৎপীখ্রো চৎখ্রো।"

"নঙ শুকচৎ চৎলরোই।"

"চৎলরোই।"

নিংথেমজাও চান্ননা শাওরে।

"ফরে ফরে চৎখ্রগে, ঐ চৎখ্রগেকো। হল্লকওইয়ে।"

মখোয় অনীনা অৱায়-অখুম তৌনরিঙৈদা নুমিৎতি ফনা থেঙজিল্লক্লে। নিংথেমজাও তৌফম খঙদে। মফি-মরোল ইরোই লোইশিন্না ইমুংদুদা শহুম চাওনা

চাওনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈ। চাকখুম্মাংদুদা ৱাই ফজনা তৈথোক্লুনা চৈখল খাজীন্দুনা থমলিবা ঙসাই মানা পুখ্রি কুমদুনা হেকখিবা থম্বাল ১০৮, হৈরিবোব মাল্লবা পুংতোন ৫/৬, ময়া কারবা কফোই খরগা লা লাতোন অমদা লেঙদনা লৈরি। মদু বিজুমালাগী খাওদা হাপ্লবনি। পুন্নমক্তু উরুরগা নিংথেমজাও মপানলোমদা অমুক থোকলকই। ইমুং অমুক চঙ মপান অমুক থোক তৌবদা মতমদি আ য়ৌখ্রে। বিজুদি ফমুংদা অদুমমক হিপ্লি। নিংথেমজাও মাঙ্গোল ময়ায়দুদা চপ লেপ্লুনা লৈ। নুমিৎতি ফনা হায়গৎখ্রে। খোইশাওনরবা মথম্মোইদুনা পাঙ্গল লৈনা হংলকই

"ঐবু চৎলু হায়রিবরা চৎকনু হায়রিবরা?"

বিজুমালা ইরেঙ লেঙদনা মেঙলবা শুরদা খুম্লকই

"মোই পাবুং, চৎলোই ভালো লৈখিগে কেৎলে।"

শান্নবা চৎলুবা মচা অনীদু কোম্থোংলোমদগী তবি তবি ইমুংলোমদা চঙলকই অনীমক্লা অমত্তা ওইনা কৌরকই

"পাবুং।"

---

# ইমুং অমগী ৱারী

"মালু! নহাক য়াম্না নুংঙাইরি হায়না তায় নুংঙাইয়ু নহাক্না নুংঙাইবদা ঐ হরাওই অদুবু ঐদি য়াম্না ৱারে। ঐ নঙোন্দগী মতেং অমখক্তা নিরি মতেং অমত্তা পীয়ু।"

মখাদা থারকই উপায় লৈত্রবা অমা। পাবা লোইবদা খোয়দৌ শাওগৎলি করিনো, কনাগীনো, কদায়দগীনো অমত্তা থাদে.মফম খঙদে, মতেং পামলিবনা করি মতেংনো? পৈশারা, থবকলা, ৱাহৈরা অদুসু ময়েক শেংদে খ্বাইদগী লুরিববু কনাগীনো খঙদবসিনি। উপায় লৈত্রবা মীদি মহানি লৈরিবা। পাক্লবা চেবাং অসিদা ইরক্লিবা অসি মপূং ফাদে সুপ্নতগী ৱাহৈ পরেং অনীখক্তনি।তৌফম খঙদে খোয়দৌ শাউগৎনা হুন্দোকখ্রসিরা খন্না চেদু মনিং মমাং ফৎ ফৎ হাইদুনা য়েংবদা মনিংগী লমায়দা থারম্মী য়াম্না পীক্লা "ধনচন্দ্র।"

মালা ভাব তারকই 'ধনচন্দ্র'। চিঠিদু টেবল মথক্তা থম্মী। ৱাখলকা পুংলেপ লেপখ্রে মুন্না য়েংদুনা লৈ। পানিংঙাই মরোল য়াওদে থুনা লোই। ধনচন্দ্র হায়বা মিং অসে য়াওরকত্রবসু মালু হায়রকপমক্তদা মহাকপুদি চেন্নফম থোক্লবনি। ময়েক য়াওদ্রবা লমায়দু অমুক য়েংই কৌরকই

"মালু !"

কুইদ্রি য়ুমদুদা লাকপা ইকোয় কোয়না ফুঙ্গা মনাক্তা ফমলি ইমুংগী মীশিংগা লোয়ননা। মহাক্না হায় "নখোয় তুম্মুরো ঐখোয় অনী ঙাইহাক লৈহৌখিগে" ইস! তাজরক্লি, উজরক্লি অসুক থৌনা ফবা নুপা, মমা মপা য়াওরিবনি হায়রিবদু। ইঙা ইঙেনগী কন্না থাক-লাওরবা নোংখোং মরক্তুদা অকি-তুজুংবা য়াওদনা ইরন্নাই ওইজরবা পুংফমদুদা তপ্না কৌরকই। মালা, মালাকা কৌরোইদা মীয়ামগী মালা ওইরবসু ঐগীদি মালু কৌগে মালু, মীগা ঐগা পূনবা য়াবা নত্তে।

ফুঙ্গাগী মৈতান্না নোংজুগী অহিংবু শীংনবগুম ময়েক লানা চাক্লি।

কয়াম কুইনা হৌখিবা খঙহৌদে। সরতনা ওফিস কুমলক্তুনা ব্রিফ কেসতু পায়দুনা ষ্টেয়রকেস কাখৎলকপগী কোক কোক লাউবা মখোলদা মালা জ্ঞান তারকই। য়েংথোকখিবদা সরতকা মিৎ চান্নে। চিঠিদু থুপচিল্লগা মোন মখাদা নমশীল্লম্লগা সরতকী মনাক্তা লাকই। মতেং পাংনবা থমলিবা অঙাংদুদা হায়খি "পাবুংগী চা পুরকও"

সরত মফি-মরোল লৌথোকই কোৎ, তাই সোফা মথক্তা পোপ পোপ থাদরকই। নিতিগীদি মালানা মাগী মফি-মরোল হোংদোকপা মতেং হেক হেক পাংই, আলমিরাদা থমজিল্লি। ঙসিদি কদায় য়ৌখ্রবগে খঙদে তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। সরতনা মফি হোংদোকপা লোইরদুনা হংলকই

"কৈদৌরে?"

মালা ভাব অমুক লাকই। সরত বাঠরুমদা মমায়-মমিৎ তাথোকপা চৎখি। মালা মশাদু মিন্থন হৌরিবরা চোংলিবরা নিতিগা মান্নদবা নে-তাদবা ৱাখল অমা ফাওই। চিঠিদু মোন মখাদা লৈবদু ইনুং নুংঙাইতে। মহাক্না উখ্রবদি মশাগী খ্বাইদগী নক্কবা মফমদা লৈবদু কোমল্লবরা খন্দুনা শেগাইখ্রগে খাল্লঁৈদা সরত থোরকপনা হাল্লে। মহাক্না অদুমমক ফমদুনা লৈরম্বদুদা অমুকসু হংলকই।

"কৈদৌরগে?"

মালা তপ্না হৌগৎলক্লগা "করিসু তৌদে" হায়রম্লগা চাকশঙলোমদা চঙখিদুনা চান-থক্লবা লৌথোকপা লাকই। সরত লৈহৌই। মালা চিঠিদু মোন মখাদা লৈহৌবদু ইনুং নুংঙাইতে, খল্লি করিগুম্বা মহাক্না থেংনরম্লবদি খল্লুবদা হুমাং কাংই। ওষ্থোকপা মফম অমদা হেক থম্মুইদা খন্দুনা থবক তৌবা চঙদে অমুক থোরকই। সরততি আরাম চৌক্রিদা মশা তিংথোক্তুনা পোখারম্মী। মহাক লাকপা উবদা "খবরদু খরা পীরকউ" হায়রকই। মালা খবরদু পী অদুগা ফমুংদুদা ফম্মী। মোন্দু য়েংই, লেঙদি লেঙদে পাক লৌথোকপসু ঙমদে মমাঙমক্তদা, মখোয় অনীগী মরক্তা য়াম্না নক্কদি লৈরি। নুপামচাদুনা চা পুথোরকই তাঞ্জাসিমক্তদা মখাদগী কোল্লিং বেল খীংলকই। মালানা খল্লি মসিদগী হৌগৎতুনা মখাদা কুমথখিবদা লৌদদি লৌথোকহৌরগে শেন্নদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা নুপামচাদু চঙলক্লগা

"ইমাইবেম মখাদা মী লাকহৌই।"

মালা য়াম্না থুনা হংলকই

"কনাগীনো ঐগীরা পাবুংগীরা?"

"ইমাইবেমগীনি।"

অয়ুক নুংথিল নুমিদাং সরতপু উন্নবা মী লাকপা হায়বসি গরা-গরি মহৌশানি অদুবু ঙসি মশাগী তান চাখিদ্রবা মতম অসিদা মাবু উন্নবা মী লাকই হায়বসিদি অচৌবা দশানি। চিঠিদুগী মনাক্তা মহাকপু থনম্লগা করম্না চৎকদৌরিবনো, মগুন লৈবা চিঠিনি। ইরোই মচিদা থোইদিং থম্বগুম মাগী দশা ওইখ্রে। সরতনা হায়রকই "মী লাকই হায়রিবসি তারবরা?"

মালা তঞ্জাননা উম হায়রগা হৌগৎলকই। মমিৎতু মোনদা য়েংই শোকপদি ঙমদ্রে। তৌফম খঙদনা পাঙ্গল অমত্তা য়াওদনা সিড়ি থাকশিংদু কূমথবকই।

কুইদে মালা কাখৎলকই, চঙলকপদা শ্বাই লাওই। সরত আরাম চৌক্রি থাদোক্তুনা ফমুংদা হিপতুনা লৈরম্মী। চিঠি ফুমলিবা মোন্দুদা মকোক্তু খাঙই। তূম্বা নত্তে মমিৎ উইশিন্দুনা খাঙবা মাল্লি। মহাক লাকপদা ফক্লাংলোমদা মমায় লৈশীনখি। মানা য়াওনবগী লেঙবদুদা মোন মচিদুদা চিঠিদু ইকা কানা লৈরে। মালা খল্লি সোইদ্রেদনা লাঞ্জাও অমদি থোকপা তারে। নিতিগী মতৌগুম ওফিস কূম্লকপদা চোকথরবা মশাদু নমবি-শেনবিবগী পাঙ্গলদু মাঙখিবগুম তৌই, মদুগী মহুৎতা ফোরেন বোডি অমা লৈরিবদু লৌথোক্লবা কন্না হোৎনৈ। তাঞ্জা সিমক্তদা কোলিং বেল অমুকসু খিঙলকই। মালা খঙপ্রেক খঙই। সরতনা হায়রকই "কনানো অমুক্তা য়েংলুচো।"

মালা নীংজিং-মাংজিন্না লশিং মফোলগুম অমুক ষ্টেয়বকেসতা কূমথরকই।

মানা কাখৎলকপদা সরত মফি-মরোল নৌনা শেৎতুনা লৈরম্মী। ইঙক ঙকই মালানা "মেঘচন্দ্রনি।" হায়রকই

হোই-মাই হায়রমদনা সরত কূমথখি, কুইদে গাড়ী মখোল তাই। মালা থোঙনাউদগী য়েংবদা উই মেঘচন্দ্রনা মমাঙগী সিটতা ফম্লদুনা থৌখ্রে।

মালা মঙম ইশান শান্দে। সরতনা হিপলম্বা মফমদুদা ফমথৈ। চিঠিদু লৌথোক্তুনা য়েংই তপ্না কৌরকই "মালু!"

মহাপাপীসিদে। পুন্সিদা থৱায় হকচাং, ইশাগী লৈজবা পুম্বা নঙোন্দা থমখিবনি অদুগা নঙনা নখোঙনা নৈহৎপা নত্তনা করম্বা মতমদা ঐবু কোনখৎপিখিবগে, খাঙবা কনমনবগী হিংলকপনি নত্রবদি নহান্না ইমিং-ইথা পুম্বা লৈরোল চনখ্রগদবনি।

লৌরোক পাছা হৌরে, ফৌনা নাপু শাদুনা পাম্বীনা ময়াঙ কোন্থরকপা মতমনি। অয়ুক্তগী মালা লৌ খাওবা য়াওরুই। পাঙ্গল থেক্লা শূরুবগী হুমাংনা মশা পূম্বা চোৎলি তৈথোক তৈথোক্লা ময়ুম য়ৌরকই। ফিজিদা চেং আলু য়োমদুনা পুরকই। ধনচন্দ্র লৈরমদে পুং কুনমরি নিশাদা লূপ্তুনা লৈবা মহাক্তি মমা নারি হায়বসি মকোক্তা চঙদে। অনাবদু ঙরাংদগী করিসু চারক্তি। "চাবোক্তবী মালা লৈরিমখৈ য়ুমদা চঙলক্লরোই" হায়দুনা চৎখিবদগী মমানা অরোইবা শ্বর হোনবা ফাওবা থেংনহৌদে। হেমন্ত ঋতুগী নুংশাদা মায়থোং পুম্বা হুমাংনা চোৎলম্বা মালা ময়ুম য়ৌরকপদা পিরাংনা অমুক মহুৎ শিনখি।

মালা চহি কয়াগী মমাঙগী পিদু নৌহৌননা শমথগে তৌরকই।

ঙসিনা অমুক মায়া তৌশিলক্লবা, চুম্মি নঙসে মায়াদারনি। অয়ুক নুমিদাং মায়া তৌদুনতা লৈবনি। কল্লক-খম্বনবনসু নশাদু পিক থন্না য়াওবনি। মীগী নুংঙাইবা উবা ঙমদবনি। নশাদা মীনুংশি হায়বদু মচেৎ অমত্তা পক্তবনি। নঙোন্দা ইকাইবা লৈতে মহা বদমাশ হায়বদুনা নঙোন্দগী করি হেনগদৌরিবনো? নরক হায়বা পরিকোর অদুদগী করম্বা লম্বীদা থোক্তুনা নঙনা সধারনগী পরিংদা লেপ্পা ঙমদৌরিবনো? পুন্সি অসিদগী লৌথোকখ্রবশিংগী মনুংদা নঙ অমনি। মপোক অমগী ৱারীবু মপোক অমদা হংনদ্রবসু য়ারে। নঙ-ঐ য়ানদুনা কায়নখ্রবনি। নঙসু চান্দনিগী মনাক্তা হিপখ্রবনি। ঐসু অমদা লাক্লবনি। অদুগা ঙসিনা ইনৌ নৌনা অমুক ...। নঙতা মাঙজবা নত্তনা ঐবুসু লৈখা তানা চিংথগে হোৎনরি। চহি তরুক নফমদা মাঙখিবগী নামৎ হৌজিক ফাওবা নবুংঙো অসিদা শিঙ্গৎচবা ঙমদ্রি। নঙ হেনমল্লি নরমচৎ চুমদে অদুক নমায় থানা নিংঙাই তৌনু।

মালা মপূক্লিং নুংঙাইতে। মখুৎ অনী চঙদুনা চিঠিদু শেগাইখ্রগে হায়দুনা য়েংই। কৌরকই, "মালু!"

মতেং হায়রকত্রিঙৈদা থুপচিল্লি। খল্লি, মী থাদুনা পীহল্লুরসিরা, কনানো ঐনা থাগদৌরিবসিবু, করি হায়না নেক্কদৌরিবা, পীরুগদৌরিবনা করি?

মালা ঙাওন-শাওল্লি।

পূন্নমক খঙনদুনা য়ুম্বানমিন্নরকলবা অসিদা লোৎলুবগী করিবু কান্নরিবা। মহাক খঙহন-তাহন্দনা শেগায়খিবা অসিনদুম মহাক য়াওদনা লনাই ওইবা ৱারী অমা চোংথোরক্লি, মসিবু ঐনা থোকহল্লগদ্রনে ইপুরোইবগী মথক্তা।

য়ুমগী খ্বাইদগী মথক থংবা শরুক্তা মালা লৈ। অহাঙবা অতিয়াদা মিৎয়েং থম্মী হোংবা নাইবা লৈচিলগী শক্তমবু য়েংলি। নুংশিৎনা কন্না শিৎপনা ইল্লিবা ফিনা মশাদগী নাম্থোক্লবা হোৎনরি। শমলাংশিং পূন্নমক মায়কৈ শলাই খঙদে।

মখাদনা মনিং থুংদ্রবা সরতনা লাওখোংলি মাবু হাৎকদবগী থিরি। থিবা ফংদ্রবদা ইখঙ খঙহৌদনা মৈবুল অমা পায়দুনা চেম্থোরকই। য়ুমদু মৈ চুবা হৌরকই। অঙাওবগী মতৌগুম লাওখোংই মশম-মনা ইফা-ফা মফম খুদিং থাও হৈজীল্লি। কা কা খুদিংমক মৈনা মনিং তন্না মৈরিনা মকা লাম্মকই। মচিন্দা লাউরি "ঐনা থল্লুবা পূন্নমক্কী ৱাংমদনি, শেংলবা চল্লবা ঐবু করম্বা মফমদা থমলিবগে, নহাকথক্কী পূন্নমক খাঙবনি। পেল্লো, নুংঙাইরো হৌজিক্তি ঐহাক খঙলে।" মাগী থম্মোই শোক্লবা মতৌ উবদা কনানসু য়ুমদুদা চঙবা ঙম্নদে পূন্নমক য়েংদুনা লৈ। কনবিনবা য়াওদনা চাক্লিবা য়ুমদু ঙাইহাক্কী মনুংদদি উৎ ওল্লনি। মৈ হৌনা শারবা খাংদা ঙানা ফ্রিং ফ্রিং চোংবগুম য়ুমথক্তা মালানা মৈশা খাঙলি। সরতনা মখুৎদোম্বী শিঙলদুনা খেক্লা খেক্লা লাউরি। "নঙনা পোৎলোইদনা উৎ ওনবদুনি ঐনা পামলিবা" হন্না হন্না লেপ্পা লৈতে। মালা মমিৎতা অশাবা পি চেম্থরকই।

মালা খংপ্রেক খংই; হন্না য়েংথোরকপদা সরতনা মরেংজুমদা পায়বা ওইরম্মী। চিঠি অমা পুথোরক্লগা পী। মালা লৌবা ঙমদে, মহাকপু য়েংদুনা লৈ। ফাঁসিগী অমুবা মায়খুন্না কুপথরকপগুম মশাদু লেঙবা ঙমদে। সরতনা নোকফেৎ তৌরদুনা "নচানুপাদগীনি" অদুগা মখা তারকই "লাকও।"

মখোয় কাদা লাক্লে ৱাখল খম্থনবগী মখা অমুক লৈত্রে। মালা চঙশিনখিদুনা উপু হাংদোক্লগা চিঠিদু লৌথোরক্লগা সরততা পীরে।

নিংথমগী অয়ুক্লি লৈচিল কাবক থায়। সরতকা মালাগা গাড়ী তোংদুনা লাকই। কোদোমপোকপী; কোদোমপোকপী, কুইরে মফম অসে লাকখিদবা চহি তরামঙাগী মমাঙদদি লম্বী হায়জিনফম অসিদা অচৌবা কেলি পাম্বী অমা হৌবনি।

লৈরমদরে। মমাঙউেঙদগী য়াম্না হোংলমলে। য়ুম-কৈ পূন্নমক লৈচিলনা পাবান থাংবনা ময়েক শেংবা ৱাৎলি। ষন খোঙ্গুলতনা চৎফম লৈতবা লম্বীদু নুঙ থারমলে। মালা মুন্না মুন্না য়েংই সোয়খিগনি মতাগুম লম্বী তাকই চেকশীন্না লাকই। উচিন-নাচিন্না থোঙ্গালদু য়ৌরে। গাড়ীদু মপান্দা থারম্লগা মালানা মাঙ থাদুনা সরতকা তুংথ-মাঙথ চঙলকই। য়ুমদু ইমোৎ মোৎলি দারীদুসু অয়াম্বনা কিম্বরে। শুমাংদু নাপীনা মনীং তন্নে, ইংখোলদুগী অবস্থাদু মী লৈতবা মাল্লি। অকোয়বদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী, থৈবোং পাম্বী, উ-ৱা পূন্নমকসু অশিবা শামুগুম তুমিন্না মোং-হাদনা লৈরী। থোইদিং মখায় অমগী মান মনা হাইদে। মালা তপ্না দারী কাখৎলগা থোঙ খজিক্তুং হাংদুনা লৈরিবদুদা চঙননবা শেম শায়, হন্না য়েংথোরক্লগা সরততা কৌরকই "লাকও।" অনীদু ইমুং চঙলক্লে।

মী লাকপগী শহুম ফংবদা ফমুংদা হিপতুনা লৈরম্বা ধনচন্দ্রনা হংলকই

"কনানো?"

মালানা খুম্মী "ঐখোয়নী।"

কাঙখল হাঙদোরকই, ঙাইহাক মখোয়বু য়েংদুনা লৈ। অরাকপসু অরৈবসু ৱা অমত্তা ঙাঙনদে, ফনা কুইনা তুমিন লৈনৈ। অদুদগী ধনচন্দ্রনা তপ্না

"ফিদা অমত্তা লৈত্রবরা অদুৱাইদুবো।"

মালা লেপ্না লেপ্না কোয়য়েং য়েংই। মৈ য়াওদ্রবা ফুঙ্গা মনাক অদুদা শেগায়রবা মোরা অমা লৈরম্বদু লৌরগা সরততা থাই। মাগীদি লৈত্রে লেপতুনা অদুমক লৈ। মালানা হংলকই

"করিনো নহাক্না পামলিবা মতেংবো?"

ধনচন্দ্র পাক খুমলক্তে। হৌগৎপসু তৌদ্রে ঙমদ্রমালে। কাদু পূমচিক চিকই। ইমুংদু কনাগুম্বা অমত্তগীসু শামিন ফংদে। মখোয় অহুম্মকসু মিৎয়েং শান্না অমত্তা য়েংনদে ফমুং, ফমাং অদুৱাইদু নত্তনা মমলিবা অদুৱাইদা অদুমক লোইশিন্নৈ।

"মীগী শেল খজিক্তুং তোল্লি। উপায় লৈমন্দবদগী ...।" মখা তারকখিদ্রে।

কাঙখলদু খজিক্তুং চিংথখি। কাদু অমুক পূমচিক চিকখ্রে। ফনা কুইনা তুমিন লৈনৈ কনানো ঙাঙগদৌরিবসে হায়বগী মতানি।

মালানা "পৈশা কয়ানো?"

মখোল ওল্লপ "লুপা লিশীং অনীদনি।"

অমুকসু হান্নগুমখ্রে; ইচিক চিকখ্রে। মালাসু মখা চৎথরকখিদ্রে ফনা কুইনা তুমিন লৈনরবা মতুংদা সরতনা তপ্না ফুরিৎখাওদগী লিশীং মঙাগী বন্দলদু লৌথোক্লগা মালাদা পী। মালা পৈশাদু লৌরগা ফমুং মনাক্তা লৈরিবা হিদাক-লাংথক থমলিবা টেবলদুদা থমলগা "সে সিদা লৈরে।"

ধনচন্দ্র তুমিন লৈ বাহৈ অমফাওবা হায়রক্তে। ঙাইহাক লৈরগা সরতনা হৌগৎলক্লগা "অদুদি ঐখোয় অমুক য়ৌজখ্রগে।"

ব্যবহার পীরম্মী।

ধনচন্দ্র করি তৌরিবগে উদে, কাংখল মনুংদগী শোন্থাংননা

"বারৌবিগনু।"

সরতনা মাঙ থাদুনা মখোয় অনী অমুক তুংথ-মাংথ থোরক্লে।

---

# থম্বালনু

হন্দক মরক ঐগী ৱাখল অসি অসুক লৈতাদ্রিবসিবু করিগীনো খনফম খঙদে মখা তানা খল্লবসু ঙমদে। করি থোকলক্কদবনো খল্লুবদা মতম পুম্বদা ইশা অসে নিংজীং মাংজীং লৈফম চাফম খঙদে। নোংমগী শুগদবা নোমগদবা পূন্নমক লোয়রগা ফমুং চঙদুনা নুংঙাইনা তূমলগে হায়দুনা তূম্বা ফংলক্ত্রিবা কুইরবনি। চৌক্রিদা খরা তূম, ফকতা খরা উই, মিকপ থোকলকপদা থিঙাও-লইঙাও ফমুং চঙবা নত্তনা কুইরে ঐহাক অতম্নানা ফমুং চঙদুনা নুংঙাইনা তূমখুন তালকত্রিবা। ঙসিসু অমুক ইঙন ঙন্না চা থকপা হৌবদা ঙায়রি খবর ফাওবা মায়োক্নদ্রি ৱাখলসে মঙোনলোমদা চেনশীল্লক্লবা থৌরাং তৌররে। ওজা মধুশুদন লাক্লে অদুগা

"ঙসি হোমদা মিনিষ্টরশিং খরা লাক্তুনা অঙাংশিং উন্নবা লাক্কনি হায়বসি নহাক তারবরা ?"

"ঐদি তাদ্রিনা।"

"ঙরাং অথেংবদা ফংবা পাওনি, হৌজিক ঐখোয় য়ৌনবা তৌসি।"

পম্বদ্রে ঐখোয় অনী লাক্লে। চৈরাওচীংগীনা চীংচেপ, লাংগোল চীংগীনা অহৌবা শাংনা য়ৌখিবা তাইনফম মরক চীংমায় অসিদা মরূওইনা ঐ, ওজা মধুসুদন অমদি সেক্রেটরি তোম্বীগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নরক্লিবসি চহি ১৫ হেল্লবনি। ইহান হানবদদি হৈ-লৈগী ফার্ম ওইনা হৌদোরকখিবনি অদুবু ঙসিদি নন গবমেন্ট ওর্গনাইজেসন ওইনা থবক তৌরক্লিবনি চহি তরা হেল্লে এচ. আই. ভি, ইনফেকসন তৌরবা মীওইশিংগীদমক্তা ফমুং ২৫ লৈবা হোস্পিটল অমা ঐখোয় চৎথরি। অসিগী মথক্তা মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংগী থমফম হোম অমসু তৌরি। ইহান হান্না মসি লিংখৎখিবা মতমদদি শুপনতগী অঙাং অনীখকতনা হৌদোকখিবনি অদুবু ঙসি চহি ৬ মপুং ফাগ্রবা মতুং অসিদদি পূন্না অঙাং ৪১

শুরে। হৌজিকসু লৈজগে লৈজগে হায়বা য়াম্না লৈরি। মণিপুর অসে মমা মপা য়াম্না নৌনা শিবরা নত্রগা কংজাই-খুজাই পানবা ইমুং মশীং হেনবরা খঙদে ওর্ফান মশীং য়াম্না লৈ।

ঐখোয় অনীনা হোমদা চঙখিবদা থম্বালনু অঙাং ময়ামদুগা লোয়ননা ইংখোল শুদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়বু উবদা থাং পায়দুনা মোরোক মখোং শোমদুনা লৈরম্বদু তোক্তুনা হৌগৎলকই। ঐখোয়গী নাক্তা চঙশিল্লকই। মমায়দু হুমাং মরিক মরিক কারিবদু ফিজিনা তৈথোকই। ঐনা ঙাইঙমদনা হংই

"থম্বালনু ঙসি মী খরা হোম য়েংবা লাক্কদৌরি হায়বসি নঙ খঙলবরা?"

"খঙজরে"

"কা-নুং নীংথিনা লোইশিল্লবরা, অঙাংশিংদু লোয়না নঙনা হায়রবা নৎত্রা।"

"অহোই"

ওজা মধুনা হায়রকই

"অঙাংশিংদুগা য়াম্না অগুর্ষ্টেণ্ডিং লৈনবা হোৎনৌকো; হোরেন মীয়াম মমাঙদা চোপকনি।"

ঐসু শমজিল্লি

"নহাকসু হুইশার খরা তৌকো, ঋাহং খরা নঙোন্দা হংলকপা য়াই।"

"ঐদী অশেং অশেংবা তৌরিবশিংসি অদুমক খুমজনি"

"কান্নগদবা ওইরবদি অশেংবা হায়গদবা, কান্নরোইদবা ওইরগনা অরানবা হায়বা তাবা, হোমগী ইম্প্রেসনদি নঙোন্দা লৈরবনি।" হায়রগা ওজা মধূসু ঐঙোন্দা য়েংলক্লগা নোকই, ঐসু নোক্লে।

নুংথিলগী পুং ৪.৩০ তারে অঙাং খুদিংমক মফি-মরোল শেৎলদুনা কম্যুনিতি হোল অদুদা লৈরে থম্বালনুসু গালিচা মথক অদুদা ফমদুনা অঙাংশিংগী মরক্তা ফমলি। ঐখোয়গী ওফিস বেয়াররশিং, বার্ত্তন তৌবা মীওইশিং লোয়না শুনা তিন্দুনা লৈরে। হায়নবা মতমদগী ইথেং থেংথদনা অথোইবা মীওইশিংদু লাক্লে। ৱারী কয়া শান্নরে, য়েংগে হায়বা মফমশিং য়েংহল্লে। অঙাংশিং ইন্টরভিয়ু লৌরে, ইরোই লোইবদা থম্বালনুসু ৱা ঙাংলে। মহাক য়াম্না চন্না থম্মোই শেংনা ঙাংই, মতিক চানা পাওদমই অসুম ঙাংলকপনা "নুংশিরবা ঐগী ইচাশিং অসিনা পুন্সিবু

মমল য়াম্না লৈহল্লে” হায়দুনা মাগী ৱাঙাংদু লোয়শিল্লি। মহাক্কী ৱাঙাং তাবদা লাক্লিবা মীওইশিং অমদি লৈরম্বা মীপুম খুদিংমক য়াম্না পেন্নখি। মন্ত্রিনা শেঙ্গুং য়াম্না পীরম্মী। মদুগীদমক ঐখোয়না মাবু থাগৎলি। মধুশুদনসু থাগৎলি ঐসু হরাওই। তশেংনমক্লি হোম হায়বসিগী মতাংদদি থম্বালনুগী অশেংবা হুমাংমননি।

নোংঙাম্লগা মধু ঐগীদা লাকই ঐসু মাবু উন্ননিংদুনা লৈরম্বনি। ড্রোইং রুমদা চঙদুনা ফম্মিন্নরে হংলকই

“মিনিষ্টরগা নঙগা য়ুমদা হনবা কনানা হাল্লি ?”

“ঐনা চৎপা ফাওবা মহাক লৈহৌরি।”

“ও! অদুনি ঐনা খল্লমলিবসে।”

“হায়বদি।”

“ঐহাক ঙরাং মিনিষ্টরগা পুংখায়মুক ৱারি শান্নে অতৈ মরমদা থোইনা নত্তে থম্বালনুগী মরমদনি মানা হংই।”

“মহাক’সি কনানো?”

ঐনা “হোম অসিবু পুরিবা ইমানি।”

“কদাৱাইদগীনো?”

“মোইরাং খাবমদগীনি।”

“মৌরা লৈশাবীরা?”

“লুখ্রাবীনী।”

মহাক মখা তারকখিদ্রে ঐনা হংই- “হৌজিক করি তৌসি হায়বা।”

“মাগী মনাক্তা চৎশি।”

ঐখোয় অনীনা চৎখিবদা থম্বালনু মহৌশা মহৌশাগুম পাক্লবা ইঙ্খোল অদুদা অঙাং ময়ামগা লৈরম্মী। ঐখোয় অনীনা কোবী ফৈদোমশিং অদু ফাওদুনা মাগী মনাক তান্না চৎপদু মহাক করিসু লেঙদে পাকক্তক্লরবা আলু পাম্বীশিং অদুগী মরক্তা অঙাংশিংদুগা মাগী থবক্তু অদুমক শুদুনা লৈরম্মী মধুনা

“করম করম তৌবা, ঙরাং মিনিষ্টর কয়াম থেঙনা চৎখিবা।”

মধুগী ৱাহং অদুগী পাউখুম পীদনা মহাক্না

"নখোয়বো মিনিষ্টরদগী পৈশা কয়ামুক য়াম্না পাম্বগে?"

ঐখোয় অনীমক তুমিন লৈ

ঙরাং নুংথিল তাল্লক্তা মিনিষ্টর লাক্লম্মী তায়। নহান মানা হোমগী লুপা দান তৌরম্বদু থিনবা লাকপনি। মশাগী কার অঙাংবদুদা তোংলকই হায়। থম্বালনুগী কাদা য়াম্না কুইনা লৈরম্মী মাগী থবক শুবদা মতেং পাংলম্মী হায়না তম্মী। ইংখোল ঈশিং চায়বদা তোটি পাইপতু মানা মুন্দুনা চায়খি হায় ফনা কুইনা চায়খিমালে অরোইবদদি থম্বালনুদা ওনশিনখিমালে। থম্বালনু শাওবনা মৈ হৌখি হায়। হোমগী অঙাংশিংগী মরক্তা মপী-মপা শক্না লৈরগনিসু হায়রি। হন্দক মরকসি য়ম্না তোয়না মফমসিদা লাকই থম্বালনুবু মনাক্তা তৎতনা কৌশিল্লি মাগী অয়াম্বা পুন্সিদু হোম অসিদা লেল্লগনি হায়বগুম তৌরি। ৱাফমসিমক্লি ওজা মধুশুদনগা ঐগনা জ্ঞান তাদ্রিবসিসু। সরকারগী মপী-মপা মহাক্না করিগী অৱাৎপগী চাইগোন্নুং অসিদা লেননিংলিবনো।

নোংমা মধুনা ঐঙোন্দা য়াম্না খঞ্জান্না হায়রকই ঐদি থম্বালনুসে হোম অসিদা কুইনা লৈগদবা মান্দ্রে। ঐসু মানা হায়রক্লিবা ৱাফমদু চুম্মী খল্লি অদুনা য়েৎলুবগী পাঙ্গল য়াওদে মরমদি ঐঙোন্দা ফাওরক্লিবা ৱাখল অসি মঙোন্দসু ফাওরম্বা য়াই। ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা মানা মখা অমুক তারকই-

"ঐখোয়না মিনিষ্টরদা প্রস্তাব থাঙ্গৎলুবা অসিনা অসোয়বা ওইরদরা খঙদে।"

"ঐদি হৌবদগী য়াজদবনি মপানগী মী শম্নগুমসি অদুবু সেক্রেটরিনদি শিরগেমখৈ য়াদেদো। মানা প্রোজেক্ট হেক্তা থাগৎলি হৌজিক্তি নুংঙাইরনি নোংমগী মা ঙাইহাক য়ৌরক্তনদি তোক্লে।"

'ঙরাংসু য়াম্না থেঙবা ফাওবা অঙাং মরক্তা লৈরম্মালে।"

"অদুনিনে ঐনা কিরিবসে" মখা শমথরকই

"অদুদা পংজখ্রবী লুখ্রা অসিনা মাগী মচাশিংদা পীবা নুংশিবা অদুমক হনুবা অসিদা পীরিবসিনিনে।"

"মসিদগী করি থোকলকপা ঐ খনবা ঙমলরোই।"

"মানা মাবু তরারক লৈবা ঙম্বা মরুম্বী ৪/৫ লৈবা নুপানি হায়বসি থম্বালনুনা খঙবা ফৈ।"

"মদু য়ৌনবা নঙ অমুক্তা হায়বিয়ুদনা।"

ঐখোয় অনীনা ৱারি শানা শানা লাকপদা মফমদু য়ৌখিবা খঙহৌদে। ফমুং তরা লৈগদবা হোসপিতাল অমা ফমুং কুন্থা লৈগদবা মটারনটি হোটেল অমগীদমক শাগৎলিবদু য়েংশিনবা NACO দগী মীওই খরা লাক্লি মদুগীদমক অথুবা মিটিং অমগীদমক লাকপনি। অদুবু হায়নরুবা তৌদনা ঐখোয় অনীমক হোমলোমদা হান্ননা লাক্লে।ঐ য়াম্না পাখৎলি নোংমা থম্বালনুদা পামদবা থৌদোক থোকপগী ৱারী তাগদরা হায়বগী চীংনবা য়াম্না ৱাংখৎলকই। থম্বালনুগী ৱাখল খঙদবসিনসু ঐখোয়বু য়াম্না পোথাহনদ্রে। অঙাংশিংদু নুংথিলগী চা থকপা লোইরদুনা মখোয় লোয়নমক লাইরিক তৌরম্লি ফোর্মেল ওইদবা স্কুল অসিগী ওজাসু থম্বালনুনি। ঐখোয় অনীমক হন্দোরক্লে মঙোন্দা অপনবা পীরুদ্রে। মীটিংগীদমক হোস্পিটল লোমদা লাক্লে।

ঐখোয়না মীটিং লোইদুনা থোরকপদা নুমিদাং ওইরে। য়েংশিনখিবদা হান্নগুম অদুমক ইংনা চীক্লা লৈহৌরি হোমগী শঙলেনদু, মখোয়গী চাক চাবগী মতম য়ৌদ্রিমালে অঙাং অমত্তা চোইথোরক্ত্রি।

লম্বীদা থেংনৈ মিনিষ্টরগী কার অঙাংবদু তপ্না তপ্না হোমলোমদা থৌজিনখি। শ্বায় লাওই ঐখোয় অনীমক ভাব তাদে। হৌজিক কনাগীসু মথৌ লৈহৌদ্রবনি বাউণ্ডরি মনুংদুদা, অমম্বদুদা মধুসুদন খঙশাও শাওরকই "ঐখোয় হল্লুখিসি করি মরম লৈবনো হংঙুখিসি, মানাককাদি ঙম্বা য়াপোৎ নত্তে।"

ঐখোয় অনীনা চঙখিবদা হোমগী শুমাং অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী। মাগী শন্ত্রিশিং লাপতক্লা তুমপক তুমপক অমম্বদুদা লেপ্লি। হুরানবা ফাবগুম ঐখোয় অনীবু উবমক্তদা মিনিষ্টরনা হায়রকই ঐহাক টুর চৎলুবনি নখোয় লৈরমখিগদরা হায়দুনা চঙলকপনি, চৎলসি ঐ থিল্লম্লগে হায়দুনা থোক্লক্লে। মধুশুদনবু মাগী থোঙ্গাল তান্না ঐসু ঐগী মাঙ্গোল তন্না থিনবীরমলে।

নুমিদাংগী পুং ৮ তারে চাক শঙলোমদগী পুজারিনা কাংশি য়েরকই নুমিদাংগী চরাগীদমক। কাংশি মখোল তাবদা লাইরিক তৌদুনা লৈরম্বা অঙাং পূম্নমক লাইরিক লোইশিন্দুনা থমজিনখ্রে অদুগা মপান্দা চেম্ছোকতুনা তোটিদা মখুৎ মশা হামদোক্লরে। চাকশঙ অদুদা ময়াম পূম্নমক চাক চানবা লাওনৈ মরক অসিদা

*মিনিষ্টর অচৌবদুসু য়াম্না চীংলেম্না চঙলক্লগা থম্বালনুগী মনাক্তা চঙশিলক্লগা* হায়রকই "ঙসিদি ঐসু অঙাংশিং অসিগা চাক চামিন্নগনি, নঙনা ঐগী চাক চাকলুক অমদি পীবা ঙম্লোইদরা?"

"করিগী ঙমদদগে সার ঐহাক পুথোকহল্লক্কে।"

চাক চাবা লোইদুনা হোমগী শুমাংদুদা অঙাংশিং ঙাইহাক লৈনরি থম্বালনুসু শুমাং ময়ায়মক্তদা হৈনৌ পাম্বী অমা মখোংদু চেক্লা ইকোয় কোয়না চনশিন্দুনা লৈরিবা অদুদা ফমদুনা লৈরি। অঙাংশিং ১/২, ১/২ চঙখিদুনা মথন্ত ঙায়হৌরে। মিনিষ্টরনা তপ্না চঙলক্লগা "থম্বালনু" কৌরকই।

থম্বালনু ইঙক ঙকই মহাক চৎথ্রমাল্লে খল্লুবনি।

"ঐহাক ঙসি অহিংদি মফম অসিদা লেক্লগে।"

"সার নুংঙাইরোই অঙাংশিং অসিদি মথোং চাখিদ্রপোৎনি।"

"মখোয়গীদা নুংঙাইত্রগা নঙগী কাদা হিপ্পা তারেদনা।"

"সার মদুদি তাকপিগনু।"

মিনিষ্টরনা মাগী মনাক্তা ফমথরক্লগা য়াম্না ইংনা

"থম্বালনু ঐ নঙগীদমক্তা লেপ্পবনি নঙনা তৌরিবা থবক খুদিংমক য়াম্না ফবা ঙাক্তনি করিমত্তা কায়দনা মখা অদুম চৎথৌ। ঐগা তান্নরগা পূন্নমক ননিং তৌজৌ। হোম অসিগী থৌরাং অচৌবনি ঐনা থক্লিবসি।"

"সার ঙাকপীগনি, লেঙঙো" হায়রল্লগা মাগী কাদা চঙখ্রে। মতমদু ফনা লৈশীনখ্রে অঙাংশিং চেক-মোক লাওখিদরে পুজারিসু নাখোকখরে চীংয়াগী হোস্পিটলগী মৈসু পিকথখ্রে।

মিনিষ্টর তন-তান তান্নদুনা থম্বালনুগী মতুং ইন্দুনা মাগী কাদা চঙশিল্লি। কাদু কৈসু লৈতে আলমিরা অমগা ফমুং অমগা কাচিন্দা রাটর ফিলটর অমতংগা অতৈদি করিসু লৈতে। থম্বালনুনা লৈথোরক্লগা

"অচৌবনবু অদুক লৈবাক মচা তাদবা।"

"নফমদদি ঐগী ইজ্জৎ পূন্নমক দরকার লৈতে।"

"হোমবু শেমগৎপা পামলিবা নঙনা হোমবু থুগায়বা পামলিবা করিগীনো?"

"লাঙনু মী তাখিনি।"

"নপাঙ্গল কনবা তেল্লি হায়দনা করিগী অদুক ময়াই কারিবনো ফজবা নপাঙ্গলদু অশোনবা নুপীদা শিজীন্নগনু। নুপা নশেন্দা শিজিন্নজৌ।"

মিনিষ্টর থোঙ লোনশীল্লি অদুগা তপ্না তপ্না চঙলকই।

*"হোম অসিগী মপা-মমাগী নমাদা নঙ-ঐ মতৈ-মনাও শেম্বদি নপুল্লিদা খল্লুনু"*

ইন্ন কাওনবগী মখোল তায় "ইমাগী ইবুংঙো" খোম্থাং য়েবগুম তৌই।

কদোমদগীনো খঙহৌদে হোম অসিগী খ্বাইদগী লিরবা চহি ৯ তমক মপুং ফারিবা থোইরেন্না মখুৎতা থাং অমা পায়দুনা নাকনগী থোঙদুদগী চঙলক্তুনা মিনিষ্টরদা থিল্লম্মী। থাং চারবা মহাক লোয়রোই লোয়রোই লৈমায়থক্তা হাইথরকই। মশাদা লৈরম্বা পাঙ্গল মাঙখিবগুম তৌই। পীকখ্রবা নুপা অদুগী মায়োক্তা ৱাং-চাওরবা মপুঙ-মরৈ ফারবা নুপা অদু করিসু তৌবা ঙমখিদ্রে, ঈনা লেপ্তুনা চেম্থরকই।

মিকপ খঙথোক থোকই ইস! করি মঙনো, নুংশা মপী হোল্লি থবাক্কী মিহুন কন্না হৌদুনা লৈরম্মী। তপ্না তপ্না শ্বর হোনথবা হোৎনৈ। হৌগৎলগে হায়দুনা ঘড়ী য়েংবদা নোং ঙান্দ্রি অমুক হিপথৈ শ্বর শাংনা শাংনা হোল্লি; নীংশিংলকই থম্বালনুগী মচাশিং তেম্বা, বোবী, হাওকিপ, অশ্রব, গোলমৈ, অঙম, সনচিং, থোইবা, থোইরেন .... থোই ....।

---

# ঐগী নুপাগী মচা

অয়ুক অঙনবদগী মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরিবদু কনাসু নত্তে মোধুনি। মহাক ৱাখল খনবা মাল্লি; করি ৱাখলনো হায়বদি খঙদে, নুঙাইবগীরা অৱাবগীরা ময়েক শেংবা ঙমদে। চাকশঙদা চাক থোংলিবী মাগী নুপী ইবেমচা হো হো থোলক্তুনা মপুরোইববু য়েংই, ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ অদুগা অমুক চঙখি। ৱাখল মওল মওল খনবা মাল্লি, থবক তৌরিবদু চনিং তানা খন্থবা ঙমদবগুম মশাদু তহা তহানা উই। মচিন্দা করিনো লৌফম খঙদনা মুরুম মুরুম শোল্লি। চাকখুম্মাংদুদা ঙরাং নুমিদাংগী চাক চাকলুক অমসু নিংথিনা লৈরি। চাক থোংলিবদু লৈতানা থোংবা ঙমদে। মপান্দা অমুক থোক্লকই মপুরোইববু য়েংলগা হায়রকই।

"অঙাংদু কদায় কদায়দনো অমুক্তদি থিবিরুচো।"

"কদায়দনো ঐনা থিরুগদৌরিবসিবো, অঙাংনি হায়দুনা শেন্ননি হায়বসু নত্তে, পাখঙ ফারবনি চৎপা ঙমলনি হায়দুনা চৎখ্রবনিদনা। মরাইনা হঞ্জরক্কনি।"

ৱাফমসিমক্তি ইবেমচা তাবদা কয়া পেন্দে।

"অঙাংদু শিরম-নারম্বা থোক্লবসু নঙদি করিসু নাচুংলোইদৌরিনে?"

মোধুনা খোন খরা কল্লপ্পা,

"কনাদনো ঐনা হংলুগদৌরিবসিবো, খবরদা হাপকদরা পুলিসতা তাক্কদরা।"

ইবেমচা শাওনিংখ্রমালে মাসু হৌনা হায়রকই

"থিবদা ফংদ্রগা খবরদা হাপকেরা পুলিসতা তাক্কেরা, থিদি থিদনা করম্না ফংগদৌরিবনো, থিদদি থিখোদনা।"

ফেৎ হায়দোক্তুনা ইমুং চঙখি। ঙাইহাক লৈরগা ইমুংদগী অমুক হায়রকই

"ফরে, নখোয় লোইনা তুমিন তুমিন লৈরোকো ঐ থিরুগে।"

অসি হায়রগা মফি-মরোল হোংদোকপা অতোপ্পা কাদা চৎখি। তাঞ্জাদু য়ৌরকপদদি মপানা মচানুপা অহল ইবোহল কৌরগা

“কনা কনাগীদনো মমান্নবশিংগীদা চত্তুনা নঙ অমুক্তা হংলুচোদনা।”

“পাজি ঐ থবক চৎকদবা অমা লৈ য়াম্না থেঙখ্রে, ইবোসনা য়েংহল্লুচো।”

হন্দক মেত্রিক থাগদৌবগী লাইরিক পারিবা ইবোসনা হায়নরিবদু তায়। লাইরিক তৌফম চৌক্রিদগী ফম্না ফম্না খুমলকই।

“নহান নোংমসু মখোয়গী মপাগী ময়ুমদা চৎলনিকা হায় হায়দুনা অৱাংগী শাফবনা তম্মি।”

হায়নরিবা পূন্নমক্তু ইবেমচাগী মমাঙমক্তদনি। ইমুং অসিগী মী অমা ঙরাংদগী হল্লকত্রি মসিদা কনানসু নাচুংদবগুম তৌই। মসিগীদমক্তনি ইমুং পূম্বনা অৱায়-অখুম তৌনরিবসি। মচানুপা অহন্না ফংই মাগী থবক্তা লুই। মচা য়াইমনা ফংই করেম্নবগুম মীগী পাউনিলখোলতমক ফোংদোকই অদুগা মপানসু থৌ-ৱা ইশা শাদনা করিসু খন্দবগুম উই। মসিদা ৱারিবসি মমা ইবেম্মা ইবেমচাদমক ওইবগুম তৌরি।

য়াম্নমক ৱানরুবদগী ইমুং অসি নুংঙাই য়াইফনা পাল্লরুবনি। মোধুগা ইবেমচাগনা য়ুম পানমিন্নরকপা মতমদা মখোয়গী মচা অহুমমক অসি লৈরবনি। মোধুগী মচানুপা অহল অসিনা পুংকক চাওরবা কান্দা ইবেমচা য়ুম অসিদা লাকখিবনি। মানা লাকখিবা মতমদা মচানুপা অতোম্বসি মমাগী মনঙন্দা পুরকখিবনি। মতমদুদা নুপা নুপী অনীসিনা থম্মোই শেংনা য়ান্নদুনা কিশি অমা চেৎনা কিমিন্নদুনা ৱাশক্কখি মদুদি লৈরম্বা অঙাং অনীবু অপোকপনি খন্না মচা শক্লা নাওকোনগে অদুগা পূরক্লিবা অঙাং অসিসু মপা শক্লা নাওকোনগে, পূন্না নচা-ইচা ইচানিকো লেপ্পখিবনি। মখোয় অনীনা পূন্না হেক মচা য়োকম্লিনরকখিবদগীদি লুখ্রা কপচেৎপী পাখ্রা ওইনজাও হায়বগী শমিন লৈখিদ্রবনি। ইমুং অসি নুংঙাইজনা পাল্লকপনি; তৌবতবু হান্না লৈরম্বা অঙাং অনী অসিনা খঙখিবা হায়ববু লাক্লিবা মমা অসি মখোয়বু পোকপা মমা নত্তে লৈরিবা মনাও অসি লমদগী পুরকপা মনাওনি অসিতনি।

মীওইবনা সমাজ শেমদুনা হিংমিন্নে অদুগা সমাজনা অমুক মীওইববু কায়নহল্লি। মসি মীওইবনা শেমজবা অমসুং থাকচবা লাংনি। মখোয়গী মচানুপা অতোম্বদু য়ুম অসিদা হল্লকপা লৈতে মমা মপাগী মনাক্তা লাক্তে। মপানা তৎতনা ঙাওলি লমহেনবা মচানি মমা মপাবু ৱাহনবা অঙাংনি অদুবু ইবেমচাদি নুমিৎ খুদিংগী শোল্লি "লমহেনবা নঙবু ঐনা ঙাইরি।" মচাগী ৱাখন্দা চাগনি থক্কনি খঙদে। চাদ থক্তবনা মশাদু নোংমা নোংমগী শোঞ্জিল্লকই। মহাক্কী নুপীবু উবদা মোধুনা হায়

"নঙদি নঙনা পোকপা নচাদমক নুংশিবরা, য়েংঙু অঙাং অনী অসিনা নঙবু নীংজরিবা, সেবা তৌজরিবসে নঙনদি করিসু খনবিদেনে।"

ইবেমচা তুমিন লৈ শোনবদি নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লকপনা চান্ননা ফমুংদা লৈরে। মচাশিংনসু হায় "ইমা নহাক নুংঙাইতবা তৌরনু নঙগী অপাম্বদু হায়য়ু" মদুদসু ইবেমচা ৱা ঙাঙদে তুমিন্না অদুমক মরৈ। মহাক্না য়াম্না ৱারৌবা অমা লৈখ্রে মদুদি হায়বা ইন্দবা লমহেনবা ওইখিবা মচা অদো লমহেন্দফখিদবনিনে, মদু কনানসু খঙদে মমাগী পীক্লবা থম্মোই অদুতননি খঙলিবা।

মচানুপা অহল ইবোহলনা গভর্মেন্টতগী লোন অমা ফংননবা হোৎনবদা ইংখোল পাট্টা চঙই। মশাগী মিংদা ইংখোল লৈবা তাখি। মদুগীদমক নামা পান্ননবা হোৎনরকখি। ইংখোল অসি য়েন্নরকপগী মতাংদনি খন্নরকখিবা, মচানুপা অনীনা অতোম্বগী শরুক য়াওদ্রবসু য়াই হায়রম্মী। মদুমক মোধুনা থবক ওইনা পাঙথোকখি। মদুতবু অঙাং ওইবগী তনৌবা খোঞ্জেল থাদোক্তুনা নুপা ওইবগী খোঞ্জেলদা চঙলক্লিবা মচানুপা অতোম্বনা ইকাই নুংশি য়ান্নখি অদুগা ইবেমচাদি পাঙ্গল অমত্তা থোকখিদে। মসিগী ৱাহৌদগী নুংঙাইরমখ্রবা ইমুং অসি ঈশিংগা থাওগা হেক তাদুনা চক্রি থাংলকপনি। ঙসিদি খাইবোক তাখ্রে। মচা অমনা মফম খঙদনা চৎখ্রে মচা অনীনা সিদা ময়ুমদা লৈহৌরে, ওইখ্রিবা ফিবম অসিদা ইবেমচানা মোধুবু ৱারৌবা খরদি লৈ; মানা মপুং ফানা ৱায়েন্দে। মহাক মশানদি কৈদৌরুনি মফম অমা থাদোক্লগা মফম অমদা লাক্লবনি। নুপী হায়বসিদি নুপাগা য়ান্নরিবমখে মনাক্তা লৈবা য়াবনি য়ান্নদ্রবদি লৈফম লৈতে। মসিনি ইবেমচানা অনাবা হেঞ্জিল্লিবা। হৌজিক্তি মহাক চান্ননা অনাবা হায়বদু ওইখ্রে, ফমুংদগী হৌগৎত্রে; অয়ুক নুমিদাংগী চাক-ঈশিং ফাওবা মচা অনীনা হোৎনখ্রে। ডাক্তর কৌদুনা য়েংহল্লি, মাইবা পাঞ্জি

তান্নৈ। মখোয় লোইনমক্কা কোইচেন চেন্দুনা হোৎনৈ অদুবু ইবেমচাগী অনাবদি ইফ ফগৎলক্তে। নোংমা মচানুপা অহলনা থবক চৎথোক্লুরগা তহা তহানা মমাগী মনাক্তা চঙলক্লগা হায়রৈ।

"ইমা মোচাগী লৈফম খঙলে মহাক শঞ্জেনবম খুনৌরোমদা মাগী ময়ুমদা চঙদুনা লৈখ্রমালে।"

মপা মখোয়না ঙাঙনরিবদু তায়, ইংথনা হায়রকই

"ফরে ফরে মাগী ময়ুমদবু চঙজখ্রবদি, নঙবু মাগা উন্নবরা?"

"উন্নদে পাজি, ঐ ঙসাই ধর্ম্মশালাদা উবনি অসাম চেনবা বসতগী মহাক কূমথরকই। ঐনা কৌবদা তাদ্রে। গাড়ীগী দ্রাইভরদুদা হংবদা মাগী মতেং পাংবা ওইনা খরা খরা য়াওই হায়।"

মদুনা অরোয়বা ওইশিনখি মখা তান্নরকখিদ্রে; ইবেমচাদি মনা থাঙ্গৎতুনা ঙাইরি। মাগী নুপাগী ৱাঙাং তায় মচানুপা অতোম্ববু শৌগৎলি অদুবু ইবেমচাদি পেন্দে অচুম্বা থবক তৌবনা মহাক ইঙই অদুগা অচুম্ববু শৌগৎলিবা মহাকপুদি য়ানিংদে। পাখ্রা লুখ্রা ওইরিঙৈগী ৱাশক অদুবু হৌজিক অমুক মদুগীদমক মুকদ্দমা তৌনখিগদ্রা? অশোকপ্দা থুম চাই কাঙ্খল হায়দোক্তে। মচানুপা অতোম্ববু অমুক্তা কৌবিরুচো অঙাংদো মপূক্লিং য়াম্না নুংশিখরে হায়। কনানা চৎলগা মোচাবু কৌরুগদৌরিবা - মসিনি লুরিববু।

ইবেমচা মতম কয়া চঙনা ৱাখল খল্লকপা নহানমখৈ লৈতাফম খঙদনা মওল মওল লৈরকপা ঙসিতা চনিং তাবা ফাওরি। মহাক লেপ্লে। মসিমক্কা পূক্লিং হকচাংবু তশেং তশেংনা নুংঙাইহনবদি নত্তে। পেন্দবগী মলোম, ঙাঙথোক্লিংদবগী ৱাফম, ওইজ-ওইথক্কী লাংদা তৌনখ্রিবা পূন্নমক মমাঙমক্তদনি। ইবেমচা ঙন্নমক পূক্লিংগী কাচিন অমদা থুপ্তুনা থমখ্রে। মশাদু খরা হঙ্গৎলে, খ্বাংচেৎ শেৎতুনা হৌগৎলি। কুচুদু নহানমখৈ ইমুং মনুংদা লৈরুবগী তাইরপ ঈ থাংদে। ইমুংগী থবক-ইনখাং অমা'নী তৌই মপুরোইবনা হায়রকই

"ঙমদ্রবদি তৌরুখিনুদা।"

নুংশিনা হায়রকপা ৱাঙাঙনি মহাক তাবরা তাদব্রা অদুমমক তৌথৈ; ঙাইহাক লৈরগা মচানুপা অহলনা

"ইমা ঐ কৈথেল ফাওবদং চৎলুগে, ইমাগী চাবা য়াবা ঙা অমতং য়েংলুগে।"
মচাগী ৱাঙাঙ অদুদসু মহাক করিসু খুমদ্রে।

নুংথিল মতুং নুমিদাংৱাইরমগীদি মাঙওই মতমনি। অশাবা নুংশাগী মৈশা লোইশিনখিদুনা অইংবা মালংনা য়াকায়বা হৌরক্লে, ঙাইহাক লৈরগদি কোরৌহনবসু লেকথরক্তুনা নোংচুপ চীংশাং মরুমদা কেনখ্রনি। ইবেমচা মফি শেৎতুনা থোরক্লগা মোধুদা হায়রকই

"ঐ চৎখ্রগে।"

মোধু পূমঙক ঙকই, খঙহৌদনা য়ুহা-হারক্তুনা ফজখ্রবা সহরবু মিকুপ্তা মাঙতাকহন্দুনা অতেক-অকায়না থলহনবগুম মাগী ৱাখল মপূং ফারক্তে। থাজরুদবা থৌদোক্লা মশাদা কুপলরবদা তিংঙক মায়ঙক্লা য়েংদুনা লৈ। ইবেমচাদি পাউখুম ঙাইদুনা মায়োক্লরমদ্রে, তপ্না থোকখ্রে।

ইবেমচা লাকই, তোপ য়ারল কোঞ্জিল মায়কৈ পাংলকই শঞ্জেনবম খুন্নৌ য়ৌনবা। নুমিদাং ইচিক হুনখ্রে অহিং তাংলৌ নৈশীনখ্রবনি লম্বী শড়ক্তা তুমিং ফাওবা পাইখিদ্রে পূন্নমক পূমচিক চিকখ্রে। ইবেমচা মথন্তা ল্লাকই। মফমসি য়ৌরক্লবা হোৎনবদা মহাক করিগুম্বা পান্থে অমত্তা শীজিন্নরকখিদ্রে। পূন্নমক মম্মি; উতোল ৱাতোলসু মম্মি, নোংমাইজিং চীংশাংসু মম্মি, ইবেমচাসু মুশিল মুই। খ্বাংচেৎ মচি অনীনা অমম্বদুনা মুনা মুনা তাম্থা হাইরি। ইবেমচা খেৱা থোংবু লাল্লকই। শিথরক্লবা নিন্দুংগী থাবল মঙালনা য়ৈবদা য়াঙ্গংলবী ইরিল তুরেল ইথক ইপোম হৌদ্রবসু লুপা মহিগুম চেম্থরি। পুন্সিগী খাকচরকপা অমসুং লৈজরিবা পাঙ্গল শীজিন্নদুনা শোল্লবা খোঙথাংনা তিনশিৎ রোডপু লানথোক্লই, য়ারল পাৎসু থনম্লে।

চহি কয়াগী মতুংদা ইবেমচা শঞ্জেনফম য়ুমফম য়ৌরকই। য়ুম অদো ফক্লাং অমত্তা য়াওদ্রে মপু পান্দ্রবগুম অতাকনৈ। খ্বাইগী মথক থংবা শরূক খরদা মচৌ মচা নাইনা চিফেৎ চিফেৎ মচি খরদি য়াম্থরি। থোঙ থোঙনাও অমত্তা উদ্রে, শাগৎলকপা হৌবগী ফৈরেল তিংবদু মঙাইরে। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা অঙাংশিংনা মনিংতম্না শান্নজরমগদবা মফম মাল্লি। য়ুমগী ময়ায় থংবা শরূক খরদু থাবল মঙালনা য়ৈবদা ইঙৌ ঙৌনা লৈরি। ইবেমচা তনিক তনিক শোন্না

শোন্না দারী কাখৎতুনা চঙলকই। মুশিরবা থাবল মঙালদুদা উরক্লে খুয়া লুখুম ষাংবা মান্নদ্রবা কাংথোল অমদা মচানুপানা মখুৎনা মোনখাংনরদুনা শুপচিন্দুনা তৃম্লিবদু। খঙহৌদনা মচিন্দা থোক্লকই

"ইমাগী ইবুংঙো!"

মচানুপা মমিৎ পাঙথোরকই, মমাঙদা লেপলিবদু উবদা খঙহৌদনা থোকখি "ইমা!"

মমানা চঙশিল্লক্তুনা মচাগী নাক্তা তপ্না ফমথরক্লম্মী। মচানা মমাবু উবদা জ্ঞান তানা কৌরকই

"ইমা।"

মমানা মখুৎ তিংথোরক্তুনা মচাবু শোক্লম্মী, তপ্না নানজরম্মী। মচানুপাসু হৌগৎতুনা ফমলে। শিথরক্লবা থাবল মঙালদুদা মমা মচা অনীমক অমনা অমবু মিৎয়েং থূম্না থূম্না য়েংনরম্মী। মদুদগী মচানুপানা মকোক্তু তপ্না মমাগী তম্পাক্তা লৈথরক্তুনা হিপথরক্লম্মী, নাওথি শাই। মমানা মখুৎ অনী চঙদুনা মচাবু শেন্নজৈ। কৌব্রু-লাইজি পাংবরোমদা মচেৎ তারবা থাজনা মমা মচাগী কুম্মৈবু লোন্না য়েংবগুম পৈথদুনা থোক্লমলে।

---

# অমুক্তগদি কায়নখিসি

আগ্রা য়ুনিভর্সিটিগী চাউরবা কনফরেন্স হোলনি। মী চোন্না তিল্লে। পারি মাগী নুপীগা লোইননা য়েৎকা ওইগা ফমলি। মথম্মোই মনুংদা খোইরাংবা অমা কন্না ফাওই। কনা অমগা ঙাংনরুবা, ফুনরুবা, তান্নরুবা নত্তনা মথন্ত ফন্না ফন্না মিঙ্গন চাউবগুম তৌই। মহাকপু লাক্লিগদরনে তৎতনা খল্লি। থোঙদা চঙলকপা মী খুদিংমক অমত্তসু য়েংদনা নানথোকহনখিদ্রবনি, চৌক্রি খুদিংমক অমমমতা ওইনা মিৎয়েং থমখ্রবনি। মফম পূন্নমক মহাকপু য়াওবরা য়েংবদা মিৎলি নারবনি। মমিৎতু ঙাইহাক্তা পোখাদে অদুবু মপানথোংদদি য়াম্না চীংলেম্বা শাদুনা মাগী নুপীগী য়েৎতা ফমলি। জেনিফর লাক্কনি হায়বসি পারি থাজে মরমদি মহাক্না চিঠি ইরকখিবনি মদুদি হন্দক্তি য়ুনিভর্সিটি অসিগী মপোক কুমওন অসি য়াম্না চাওনা পাঙথোক্কনি। মপোক কুমওনগী ফংসন অসিদা মহাক লাক্কনি মাবুসু লাকউ। তশেংবদি পারিদি মফম অসিদা য়ৌরকপা হায়বসি থোইদোকপা নত্তে। মমাং চহিদসু মহাক মফম অসিদা লাকখিবনি; মহাক মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী স্কুল ওফ হিয়ুমেনিটিজগী দিননি। অদুবু হন্দক্কী কনফরেন্স অসিগী লাকপগা নহালমখৈগী লাকপগদি মান্নদে থম্মোইগী নীংঙাই অমা হৌরকপগুম তৌই। মহাকতো লাকত্রবসু পিদদি তাখ্ররোই খন্দুনা লাকশিন্দুনা লৈ, অদুবু উদি উনিংখ্রেদা আমেরিকা নিংঙোল অদো। মহাকপু উনিংবগী ময়াইদুমক্না মীফম অসি য়াওবনি। মাগী নুপীনা করম্বা সুরনো ইংনা ৱাংবা সুরদা হায়রকই

'নঙগী নুপীদু লাকত্রবরা?" মখা তাথরকই।

"মনিংদা ফোরেনর খরদি ফমলিনে।"

পারি ইথৌ থৌওইদবা শাদুনা।

"নত্তেদা" হেন্না লেমশিন্নরা লৈ।

নুমিৎ হুমনি চুপ্পা চখগদবা থৌরাং অদু হৌগদৌরে। ভারতকী প্রেসিদেন্টনা মীফম অসি হৌদোক্কনি। হেনথোইরবা মহাকসু য়ৌরক্নে। মহাক য়ুনিভর্সিটি অসিদগী হৌখিবনি। মহাক্না চঙলকপদা লৈরমলিবা মীয়াম পুম্নমক হৌগৎতুনা মহাকপু সম্মান উৎলি, ফংসনদু হৌনবা শেম শাবা লোইরে, মী পুম্নমক ব্না মচেৎ অমত্তা ঙাওনদনা লৈ, হৌনবী মতুংইন্না মৈ চুখৎতুনা মীফম অদু থব্নায় হাপখ্রে। অদুবু পারিদি য়াম্লবা মীয়াম অদু মগুণ ইয়াও য়াওদবগুম মমল ইরৈ লৈতে, ইহাম হাম্মী। মীচা-কোটি কয়াগী মহুৎ শিল্লিবা চাওরবা ভারতকী প্রেসিদেন্ট মিচিনা হন্না য়েংনিংলুদে, নুংশুক নুংজান্নবা লৈ।

ওদিটোরিয়মগী ব্নাংলবা থোঙদু তপ্পা হাংদোরকই। মী চঙলকপগী শামিন ফংবদা পারি মিচিনা লৈখি। জেনিফর চঙলকই, মাগী নুপা ওইরমালে চঙমিন্নরক্লিবদু অহাংবা চৌক্রি য়েংদুনা মখোয় অনী ফমখি।

পারি ঙসাইমখৈ য়াম্না লেংওন-শাওন্না ফমলম্বদু হৌজিক্তা মশক উরবা কান্দদা নে তাবা ফাওরকই। খোয়শাওনরম্বা থম্মোই মথন্ত লোইশিনজখি। মহাক শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা মপুং ফানা লৈতারকই, ফংসনদু হৌজিক্তা মথব্নাই হাপলক্লি, মঙাল ফাওরক্লি। মাগী নুপীদা ওনশিন্দুনা করিনোমা হায় মরোলদি খঙদে।

মপুং ফারবা কনফরেন্স অদুদা মীওই কয়ানা ব্না ঙাংই ব্না ঙাংনবা কয়া অমা হান্নবা অয়াবা লৌই, পারিদি নো হায়খ্রবনি। ময়ায় চলক্লবা অদুব্নাইদা জেনিফর থোকলকই। হৌজিক ফাওবা মহাক্তি পারিবু উদ্রি। পারিনসু খল্লি হৌজিক ফাওবা মানা ঐবু উদ্রি, উরবদি হেক উবগা হৌনা কৌরকপনি খঙদে চেনশিনলক্কুনা খুৎ পায়রবনি খঙদে, খঙদে করিনো খরদি মপান থোক্লক্কনি তুমিন্না লৈগদবা নত্তে, ঐদবু মপান থোকপা ঙমদবনি মরমদি ঐ মৈতৈ নুপী কি।

জেনিফরনা মাইক্রোফোন অদু পায়রগা চহি ৩৮ শুরক্লবা মীৎ নহা অনীদুনা ভবোক পুম্নমকপু লৈনা য়েংলদুনা অমেরিকানশিংগী শায়না ঙাংবা মানবা মরোলদুদা হায়রকই "ঐনা লাইরিকতগীসু ফংদবা পৈশানসু লৈবা ফংদবা পোৎশক অমা য়ুনিভর্সিটি কেম্পস অসিদগী ফংখি, মদু পুন্সিগী অচৌবা মমল অমনি লৌই।" মাগী ব্নাঙাং তাবদা ময়াম পুম্নমক খুবাক খুই, ফংলিবা পোৎশক অদু খঙঙগা খুরিবরা নৎত্রগা খঙদনা খুরিবরা ভাব তাদে। কা হেন্না খুই, হোলদু নীল্লি। পারিগী নুপীসু খুই জেনিফরগী নুপাসু খুই, পারিদি খুদে।

জেনিফর দাইজদগী কুমথরক্লে পারিগী মনাক তান্না চঙলকই নুংশিনা মখুৎ তিংথোরকই মায়থোংদু মকা লান্না নোকই। পারিসু হৌগৎলক্তুনা মখুৎ শোক্লে। মতম কয়াগী মতুংদা পিক্লবা মিৎ নহা মরিদু নৌহৌননা পুল্লকই।

নুংথিল মতুং ওইশিলক্লে, কনফরেন্স অদু চপ চানা মপুং ফাই। মতম কয়া কয়াগী মমাংদা ওইনখিবা মরুপ-মপাং খঙন-চান্নখিবা মীশক কয়া থাজদনা উন্নবদা কয়াগী মতিক নুংঙাইনবা, অহল ওইরবা খরদি নুংঙাইবগী পি শিন্থবসু য়াওদবা নত্তে। মীফম অদু লোইশিনগদবা খরা ৱাৎলিঙেদা জেনিফরনা মাগী চৌক্রিদগী হৌগৎলক্তুনা পারিগী মনাক তান্না লাক্লগা তাজমহলগী লম্পাক্তা চৎলুশি হায়ররে। পারিসু হোয় হায়দুনা থোকমিন্নরক্লে। হোলগী ভেরেন্দদুদা মখোয় মরি লাকমিন্নে, অমনা অমবু শকতাক্লে। মদুগী মতুংদা মখোয় মরিমক তাজমহলগী মায়কৈরোমদা পাংলক্লে।

মখোয় মরিমক তাজমহলগী লম্পাক্তা থুংলরে। মহৌশাগুম ঙসিসু মী তিনখৎপা হৌরে। লম্পাক অসিমক্তদা চহি ১৪ গী মমাংদা থোকখিবা থৌদোকশিং পারিগা জেনিফরগদা হৌনরুবা নাইদনা থম্মোই অনীদা লাকই। ঙসিগী অসিগুম্না তাজমহলবু য়েংবদি মপান থোকঙমদনা নুংগী মৈচাক হৌই। মতমদু য়ুনিভর্সিটি অসিদা রিসার্স ৱার্ক অমমমগী লৈমিন্নরিঙৈ মতমদা মহল অসিগী মশাইকোনগী নুংশি ইতিহাসতা মখোয় অনীগী ৱারীসু য়াওগ্নবনি। তাজমহলগী লম্পাক অসিদা কয়ামুক য়াম্না পুনমিন্নখিবগে হায়ববু মহল অসিগী শেমজিন শাজিনবা ফাওবা মখোয় অনী য়াওগ্নবনি হায়বা য়াই।

পারিনা খল্লি. হন্দক উন্নবা অসিনা মতুংদা অমুক উন্নগনি হায়বগী আশাসু পংলৈ লৈতে অদুগা থম্মোইদা কিশি অমা লৈবগুম তৌরিবসি থোক্তুনা পুক্লিংগী অয়াংবা অমদি ওইহনবা পাম্মী। মহাক্কা ঐহাক্তনা শেম্মিন্নখিবা মখুৎ ইখুৎনা সহি তৌখ্রবা চৎনখিদ্রবা মেরিয়েজ ফোর্ম, মরি লৈনবা চে-চাং ঙম্নমক অসি মঙোন্দা পীথোকখ্রগে, শীজিন্নদনা ঐঙোন্দা লৈবসে কান্নদনা লাইমন চাওই। কোর্টকী মনুংগী ফুরিৎখাওদা য়াওরি অদুবু তাঞ্জা অমা ইফং ফংদে। ঐগী নুপী খঙহন্দনা মাগী নুপাগী মতুংদা চেজেৎ অসিমতংদি মশাদা পীনিংলি। তশেংবদি ঐগী নুপীগী মমাংদা পীরবসু করিসু কায়বদি নত্তে; মসি মহাক খঙদবা নত্তে। মহাক্লা নোংমা থেংনখিনি। ঐসু লোৎখিদে। ৱারী পুম্বা মঙোন্দা লীখি, শেংনা

হায়খি "ঐগী অহানবা নুংশিবনি তৌইগুম্বসুং অরোইবদি ওইখিদ্রে।" ঐগী নুপীনা চেদু শেগায়গে তৌখিবদা ঐনা মশাগী সহি য়াওবা চেজেৎতু মশাদা হনবিখিগে হায়বদগী লৈখিবনি। য়াম্লনা লৌমিন্নখিবা ব্বারেপ অমবু পাংথোকপা ঙমদবগী খোয়শাওনবদু চেজেৎ অদু শেগায়দুনা তাইনররোই হায়দুনা অসুক কুইবা মতমসে লেপ্লকপনি, মসি শেগায়বগী পাঙ্গল ঐহাক শীজিন্ননীংদে মহাক্কা লোইশিনজখ্রসনু।

ঙসিদি অমুক কুইরবগী তুংদা দিল্লিগী ইন্দিরা গান্ধি ইন্টরনেসনেল এয়র পোর্টতা নহাগী পুল্সি লোইখিদুনা য়ুম্বুরেম্বী য়ুম্বুরেম্বা অমমম ওইনা পুল্সিগী মপুং ওইরবা ব্বাখল অমমম পুনদুনা অমুক হন্না মায়োক্নদুনা পারিগা জেনিফরগা লেপমিন্নররে। মমাংঙৈদদি মফমসিমক্তদনি নিংঙমদবা, নুংঙাইতবা, ওইনবতনা শরুক ওইদুনা লেপমিন্নখিবা, চৎকদবা লম্বীগী অমনা অমবু ঙাইনবতনা অরোইবা ওইনখিবা শকফমশিং অদু ঙসিদি ঙাইনবা লৈত্রে, ওইনবা য়াওদ্রে। মচু ওল্লবা ব্বাখলনি, পুংচম চম্লবা থম্মোইগুম খঙদ-হৈত মীশককুম অমনা অমগী মাঙদা ব্বাকৎ য়াওদনা লৈনৈ।

অরোইবা মতম য়ৌশিল্লক্লে। পারি মতৈ-মনাও, জেনিফর মতৈ-মনাও অমনা অমদগী বিদায় লৌনগদৌরি, পীনগদৌরি। লৌনগদৌরিবা পীনগদৌরিবা তাঞ্জা অদু লাক্লে। ব্বা হায়নবগী মতম লৈত্রে। জেনিফর মতৈ-মনাও অমেরিকা তন্না পাইখিগদবা সেকুরিতি চ্যেক্কীদমক মখোঙ থাংজিনখ্রে উন্নবগী মতম লোয়রে। পূমলোই লোইরবা মিকুপ্তুদা খঙহৌদনা পারিনা চেনশিনলক্লগা জেনিফরগী মমাংদা লেপ্লরগা হায়রকই, কপ্তুনা হায়বা নত্তে, নুংশিবা উৎতুনা হায়বা নত্তে, থম্মোইগী পাউদমনি।

"জেনি, অমুক্তগদি কায়নখিসি।"

জেনিফরনা মখুৎ অনী পুথোরক্তুনা পারিগী মখুৎপু পুন্না পায়রগা নোকমি নোকমি "হোয়" হায়বগী অয়াবা পীরম্লগা তপ্পা তপ্পা থাদোক্লরে।

মখোয় চৎখ্রে। পারি মতৈ মনাওসু মণিপুর তন্না পাইগদবা দোমেষ্টিক ফিলদলোমগীদা লাক্লে।

শংবানরবা অতিয়াদা নোংপোক নোংচুপকী প্লেন্না মায়কৈ মায়কৈ ওন্না পাইনখি।

---

# চৎখ্রে মহাক্তি

সনাজাওবা মংগুম্বা য়াওরুবগী ইরুজথোক্লে, মফি হোংদোক্লগা আরাম চৌক্রিদা ফমদুনা নুংশা য়াইরি। খোইরি খোইরি তৌবা মশম অদুদগী চুমথরকপা ঈশিংনা মতোন্দা ইরীদুনা লৈবদু নুংশাগী মঙালনা য়েবদা মনি পরেং ঙানবগুম ঙাইহাক্তি ঙানখিদগৌবা মাল্লি। চুরুট লৌথোক্তুনা মচিন্দা চুপ্লি, মৈখেৎ খেৎলি অদুবু চমদনা হুন্দোকখ্রে, চুরুট অদুসু লৌথোক্লে অদুগা তপ্না তপ্না হীপথরকই। তরু তরুবা পিরাংনা শীল্লবা মিৎনহা অনি অদু উইশিল্লে, মচিন্দা শোল্লকই

মরূপ নহাক্লা পীয়ু হায়রম্বা চিঠি অসি পীখিদ্রবনি; মসি পীদবগী পাপ অমদি ইশানা য়ানা পুজরবনি। নঙগী য়াথং ঙাক্তবগী ফংলিবা মৈচাক অসে পুন্সি অসিগী মৈতান্না ৱাখৈদ্রিফাওবদি কোক্লরোই, য়েংঙু ঙসিদি নঙগীদমক থম্মোই অসিনা ফৈ ফত্তেগী ৱাখলদা অচুম অরানগী লংদাইদা মীহাৎপগী দণ্ডিবু নাচুংদনা মীৎ পাঙদুনা লেপ্লি। মসিনা নঙ ঐ মরূপ ওইবগী মরিদুদা অহকপা অমা ওইনা লৈহৌরসনুকো। নখোয়সু অমুক্তা তাওনে ঐহাক্কী বিচারসে

মারজিৎখোয়গী ইংখোলগা হেক থংননা লম্বাং মচেৎ অমা লৈবদু মালিকাখোয়না লৈদুনা মখোয়গী ইমুং-মনুং পুম্বা য়ুম হোংলকই। অনৌবা য়ুম হোংলকপা ওইবনা মালিকা খঙন-চান্নবা মমান্নবি কয়া লৈতে অদুমক্কা থংনবা য়ুমগী মারজিৎখোয়গিদা য়াম্না তোয়না লাকই। য়ুম অসিগী মীশিংগী মনাক্তা য়াম্না লৈজনীংই। ইমুং অসিসু অপীকপা অঙাং অমত্তা লৈতবনা চহী ১৩/১৪ শুরবা মারজিৎনা অঙাং হায়বদু ওইরি। মালিকা হেক লাকপদগীদি মারজিৎসু খঙলি লিশিনখরে, পাখঙ ফাখ্রে। মালিকা লাকপসি ইমুং অসিগী মী পুম্নমকসু য়াম্না হরাওই। মাগীদমক ঙমোক খাক্তুনা থম্মী। অদুগা মারজিৎনদি পাউখোন কয়া তুংশীন্দুনা থনমমি মদু মহাক হেক লাকপগা মথং মথং হায়।

চহী মঙারোমতা শুরিবী, মরু ইকোক কোকপী নুপীমচাদু মারজিৎকি মনাক্তা শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা লৈ। মরম করি লৈদুনা লৈরিবনো খঙদে, মাগী হায়ববু মারজিৎকি থবক তৌবিবা, পাউখোন অমা হায়রকপদা মখোঙ য়াংনা চেন্দুনা তৌবা অসিনি। ঙসিসু অঙাংদু মারজিৎকি পাউখোন চেনবদা হুমাং কাংই। অয়ুক্তগী মারজিৎকী তেলঙ্গা শাবগী চেনথোক চেনশিন তৌবদা মালিকা থবক চিল্লি। মখোয় অনীনা তেলঙ্গা অদু পাইনবা হোৎনবদা লোক্তাক ময়ায়দা থোং শাবগুম অঙাং অদুদদি থোকখ্রে। মোইদা লৈবদগী লোনবা ফাওবা, অদুদগী মিংশেল মকুপ শুবা, মোজা থাবা, মোজাগী লং পায়দুনা নুংশা মরক্তা লেপহনবদা অঙাংদু হুমাংনা থাউদা তাউবদু ঙায়রে, কুচুদু ঙাংশং ঙাংনা কাহৎখ্রে। তেলঙ্গা থাগৎনবগী হঙ্গৎ-হন্দা চেনবদা মশাদু তপ তারে, শ্বর মপী হোল্লে।

অতিয়াদা তেলঙ্গনা মমৈ শাংনা হাইথদুনা পাইরি। তেলঙ্গাদু শাবা হৌগৎলকপদগী হৌনা মখোয় অনীনা য়ান্নখিবনি। মদুদি তেলঙ্গানা মারজিৎকিনি, মমৈনা মালিকাগীনি। মালিকানা কয়াদা হরাওজবা, মারজিৎকি মনাক্তা কোয়রৈ লৈদুনা লৈ, হায়রকই,

"দাজিৎ ঐসু অমুক্তা পাইগে।"

মারজিৎ হায়রিবদু নাচুংদে। মালিকানা অমুকসু তকশিল্লকই।

"দাজিৎ লংদু ঐসু অমুক্তা পায়গে।"

মারজিৎ ইথৌ থওইদনা "চৎলো চৎলো নমানা কৌরি"। অঙাংদু লং শোকহনখিদে।

মেত্রিক পরিক্ষা ময়ানি, মারজিৎ হন্দক মেত্রিক থাগদৌরিবনি। মাগী কাদা চৌক্রিদা ফমদুনা লাইরিক পারি। মালিকা মাগী মনাক্তা লৈ। ফুরিৎ লিত্তে, মবুক্তু তহি তহি শালুঙাং ফনেক অমা শেৎলি, মখদাংদু টেবল মথক্তা শৌরদুনা য়েৎক ওইগগী মখুবাক অনীনা মখজায়দু চপশিল্লদুনা মারজিৎনা লাইরিক পারিবদু মমীৎ কুপতবমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী অদুগা হায়রকই,

"দাজিৎ নঙসে নশক য়াম্না ফজেদো।"

মারজিৎ মাগী লাইরিক্তু বেদ্রেং বেদ্রেং পাথদুনা লৈরি। মালিকানা অমুকসু

"ঐদি নঙসে য়াম্না নুংশি।"

মারজিৎনা মমীত্তু য়েংলগা হংলকই,

"মালিকা নহাক লাইরিক তমদ্রা?"

"তম্মী।"

"অদু ওইরবদি লাইরিক পারুচো চৎলো।"

মালিকা মখোয়গী মাঙ্গোলদা মমান্নবী ১/২ গা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরি, মনঙ্গন্দা মোরাম্বী অমা পোয়, গমশা অমনা মকোক্তু শম ওইরি। মারজিৎনা "মালিকা" হায়না কৌরকই। মালিকা শান্নফমদগী তায়, চেল্লকই; মোরাম্বীদুদি থনমলে শমজিদি অদুমক চাউরি "করি হায়গে দাজিৎ" হংলৈ।

"য়েংঙোই খুজাই অচৌবসিনা বালটিনসিদা পুখ্রীদগী ঈশিং তরারক হোল্লু ঐ ইরুজগে।"

অঙাংদু মাই হায়দে।

পরিক্ষা লোইখ্রে, মারজিৎ খরা শংনা উই। অয়ুক্তগী মালিকানা মতুং কোইন ইন্নদুনা কোম্থোং ময়াদা য়াম্থদুনা শাৎলিবা জুবাকুশুম অঙাংবদু লুহোংবী শান্নবগী ঝাপা হাপনবা অমত্তা হেকপীয়ু তক্করি। মসিগীদমক তক্করক্লিবসি নুমিৎ হুন্নি শুরে। মখোঙবু নোইহনবনে, ফুগ্রিবু শীকহনবনে অদুগা করিগুম্বা মতমদা উপ্রাক্লা হীপলগা মথক্তা কাদুনা নেৎহল্লি। তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা মায়গা মায়গা ওনশীন্নদুনা ফমদুনা ৱারী শারি। মারজিৎ খঙই, মহাক্লা হায়রিবসি খুৎফংননা শাৎলিবী লৈনা হায়দোক্তনা লৈমন চনবী মালভভিসকস অর্বোভিয়সদু নত্তে ৱাংনা য়াম্থদুনা শাৎলিবা হিবিসকস স্কিজোপেটালসদুনি।

"মালিকা ঐ নাপী মরক্তা চঙবা তল্লি, হায়গনু।"

মালিকা মখা তাথবা ঙমদে মরমদি থবক শোয়বগী হায়বা ইন্দবগী কিন্না হেক হেক শুবিবা য়াওই। মারজিৎনা ফুবদি মহাক য়াম্না কি। অঙাংদু তুমীন লৈ। ময়ুমলোমদা চৎননবা হৌগৎলকই। করি খল্লুরবনো মারজিৎনা হায়রকই,

"অদুগী শরুকপুদি চৎলো ফক অমা লৌরুচো হৈনৌ মখোঙসিদা থাউ হৈনৌ চাশি।"

"অদুদি ঐগী হৈনৌ অমুনবা অমা হেকপিয়ুকো।"

"হোয় হোয়, অশংবা অমা হেকপিগনি।"

শুমাং মতোনগী হৈনৌ মখোঙদা মারজিৎকা মালিকাগা হৈনৌ চামিন্নরি। মোরোকসু শাই, হাউসু হাউই, অনীদু য়েংন য়েংন চামীন্নে। নৌজরিবীদুনা মমীত্তু মারজিৎতা য়েংলগা হায়রকই,

"দাজিৎ ঐদি নঙসে য়াম্না নুংশি।"

মারজিৎনা খুম্মি।

"উম।"

"অওইবনি দাজিৎ ঐ নোইদা লৈগে, নঙগী নুপী ওইগে।"

মারজিৎ ইঙক ঙকই মাবু য়েংদুনা লৈ। মহাক্তি মায়থোংদু মকা লাম্না শেংনা লৈ। মতম খরা লৈরগদি ৱাফম অসি হায়বা ঙমবগী শক্তি লৈরবসু লোৎশিনখিবগী পাঙ্গলনা হেনখিগদবা মাল্লি। মারজিৎ ঙক্না লৈ। মহাক্তি হন্দক মেত্রিক সিল্যাবস লোইখিবদগী পুস্তিবু মশক খঙহৌরে। ইংলিস, মণিপুরীগি সাহিত্যনা পাখঙ মচাদুগী থম্মোইদা য়ৈথ্রবনি। বাইওলোজিনা অঙাং ওইরিঙৈগী পুস্তিবু বিদাই পীথ্রবনি। অঙ্কগী শোয়ফদ্রবা ফলনা মী অমা ওইনিংবগী ৱাখল থোনখ্রবনি।

মেত্রিক পরিক্ষা হায়দোরকই; পাস তৌই। পি. ইউ. সি. লাল্লি। মখা তমথনবগীদমক মণিপুরগী ৱাংমদা চৎখ্রে। ছুটি থোক্লকপদা উই, মালিকাদু খরা ৱাংজরে। মারজিৎনা মাগী মতেং য়াম্না তোয়না ফংলি। অদুবু মায়গা মায়গা ওনশীন্নদুনা মহৌশাগুম য়াম্না নক্লনা লৈমিন্নবদুদি খরা তান্নরে।

এম. এ. তংখায় লানশিল্লকপদা ময়ুমদগী লুহোংবগী ৱা তোয়না পল্লকই অদুবু মারজিৎ থোইনা পুক্লীং থিংজিল্লুদে। এম. এ. গী পরিক্ষা মায়োক্লরিঙৈদা লুহোংবগী ৱানা মপুক্লীং চোইথোকহনবা করিসু ঙমলমদে হেক লোইবগা মারজিৎ থোকলকই।

মালিকা পুংকক চাওবী লৈশাবী মচা ফারে। নুপী ওইবীগি ফজবা পুম্নমক মঙোন্দা খোঙদারকলি। মথোৎ কারকপগী অনৌবা ঈনা মশা পূম্বা লৈতেংলে, ঙাংলৈনরবা খজাই অনী ময়েক শেংনা লৈ, চীনবাননা থম্বাল লৈনাগুম তঙাং

তঙাংলি। পিশুম অনী নিনিগী থাজগুম ইংনা লৈ, মুরবা শমনা খ্বাংদা তুবৎ শন্দোক্লুনা লৈ। মারজিৎ খল্লি, অসুক ফজবীসিবু লুকোকপীদুরনে, মালিকাবু সি য়ৌনা ফজরবা, মমাদা হংনীংই ইমা নুপীবু অসুক ফজবা ঙমব্রনে?

মারজিৎ হেক থোকলকপগা থবক অমসু ফংলে। হিয়াঙ্গে থাগি পুর্ণিমা নুমিৎনি। ঙসি অসি মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎনি। মালিকাসু মরায়বক্তা চন্দন খরা পকই, ফি মচা অমা ইল্লি, চুং-ফিরান চানা চেকশিন্না লৈ। মারজিৎপু য়েংজরগা হংলকই,

"দাজিৎ নহাক লুহোংবদগিদি সিদা লৈরগদবা নত্রা?"

বড় ওইবগী লাঙলবা ৱাখল মরক্তুদা মারজিৎনা খুম্মি।

"নঙ ঐ সিদা য়ান্না লৈহন্নীংঙবরা?"

বড় যাত্রা তৌরক্লে, মালিকা তুমিন্না লেপহৌই।

লুহোংলবা মতুং মঙানি ফাদে, মারজিৎকা মাগী নুপীগা ভুরুং-ঙরাং নিংঙাই শাংদান্নে মরমদি খঙদে, মখোয় অনীতগী ওইবা ৱানি। কুইদে নুপীদু মপাম চৎখ্রে।

অয়ুক অমা মারজিৎনা মহৌশা মহৌশাগুম লাক্লা কৌরকই, "মালিকা" মালিকা ময়ুমদগী তায়; তফিং তফিং চেল্লকই।

"করি হায়গে দাজিৎ" হংলৈ।

"নখোয়গী চাক লোইরবরা, ঐ থবক চৎকদবা লৈ চাক খজিক্ত চাখিগে।"

মালিকা চৎখি, ঙাইহাক লৈরগা মাগী চাক শরুক্তু পুদুনা লাকই, মদু উবদা মারজিৎনা শাউনা,

"করিনো শেম্পাক মচাদুদা পুরক্লিবদুবো, মদুদা ঐ চাবা হৈগনি নীংব্রা?"

"দাজিৎকি পুখমদা ওন্থোকচরক্কে।"

মসিগী মতুংদা মারজিৎ পংকুই কুইনা ময়ুমদা লৈরমদরে। মাগী ওফিসকী ট্রেনিং কোর্স অমগীদমক কলকতাদা চৎখ্রে। চহী অনী লৈরক্লনি; ট্রেনিংদু লোইগদবা থা খরা ৱাৎলিঙৈদা মারজিৎ ময়ুমদগী চিঠি অমা ফংই, হংলকই, ট্রেনিং লোইগদবা কয়াম ৱাৎলি? মাগী নুপীগি মরমদা করিসু হায়রক্তে। মহাকসু খল্লি, মসিনা ফৈ; মাগী মরমদা করিসু তানীংদে। চিঠিদু পংশাং শাংনা ইরক্তে অদুবু অরোইবদা অমদি য়াওরকই মালিকা লুহোংগদৌরে।

নুমিদাংদু মারজিৎ তূম্বা য়াদে। ৱাখল অমনা মশা পুম্বা খুদুম চনশিল্লকপগুম পোখাফম খঙদে। যৌবনগী পুন্সি লোইখিদুনা য়ুমবান পুন্সিদা চংলুরবা মহাক্না ঙসিদা নুংশি ঈখৌ লাংলক্লি। পুন্সিগী অশেংবা মশক থিরকপগুম তৌরি। লেমহৌরিবা পুন্সিগীদমক নুংশাথিবা ফাওরকই। মমল য়ামজরবা মশা অসি চেজেৎ অসিগা অরূম অয়াং ওল্লি। মারজিৎ পুন্সিবু সেন্নরকই; খল্লি করিগীনো থম্মোই অসিদা অসুক তহাবা ফাওরিবা, কদোমদগীনো নুংশিরবা সুর অমনা কন্না শীৎচিল্লকলিবসিবু, লৈকায়গী পাউ অমনা অসুক থম্মোই শোকহল্লিবা করিগীনো, 'মালিকা লুহোংগদৌরে' হায়বা ৱাহে অনী অসিনা পুন্সিবু মনতিক্নরক্লি। মাগী ৱাখল খল্লুবদা নুংঙাই ইহুল হৌরিবনা করিগীনো? অহীং লীশিং তরা লেল্লকলবনি, ঙসিগী মতৌগুম অমুক্তসু ওইখিদ্রি।

মারজিৎ ত্রেনিংগি থবক পূন্নমক শুপনমদা থনম্লগা ময়ুমদা থোরক্লে। এরোপ্লেন মনুংদা লৈরিঙৈদগী হৌনা মমীত্তু মালিকাবু থিবা হৌরক্লবনি। মহাক্না ময়ুম য়ৌরকপা মতমদদি নুমীৎয়ুংবা মতুং পুঙখায় তারে। চিংনরম্বদুমক থোক্লে, তহারুবগি কান্নদ্রে, মালিকাগী লুহোংবা নুমিৎ ওইরমলে। মারজিৎ মফি মরোল হোংদোক্তে, ময়ুম হেক য়ৌবগা "মালিকা" হায়না কৌদুনা মদুনা পুন্সিগী কৌগদবা মিং ওইরগে খন্না লাক্লবনি অদুগা তৌরমলিবা পূন্নমক অসিনা তায়োন্নরবা, মারজিৎ নীংঙমদে মবুক মনুংদা হায় "পুন্সিসে ফাগিনি অদুবু ফাগিদদি শোয়বা য়াই, মসিদদি শোয়বা অমত্তা য়াদে সিবু করিগীনো, অসুক নীংঙমদবা অসিবু লৈরমখিগদরা, চঙদুনা হেক্তা কৌরুরসিরা মাগীদমক লাক্লবনি, ঙম্নমক অসিবু নমথাক তারগদরনে?" মতম অসি মালিকাদি কুন্দো পরেং লেংবা লোইদুনা পোৎলোই শেৎকদবগী থৌরাং তৌরবা মতমনি। মমানা "ইবুংঙো নমায় নমীৎ তাথোক্লো ফৈজোম পূময়াৎ সিদা লৈরে" হায়রমলগা লুহোংফমলোমদা চৎখ্রে। ইমা মালিকাদু ঐনা অমুক্তা লাউ হায়য়ু হায়দুনা কৌরগা পৃথিবীরাজগুম চেনখ্রসিরা খল্লমবনি অদুবু নংহৌদে মমা চৎখিবনা হাল্লি।

মমাঙ শঙ্গোয়গী মচীদুদা লেপ্না লেপ্না মারজিৎ লুহোংবদু করম্না লোইশিনখিবা খঙহৌদে। লৈ-হুরুবা লোইদুনা বড় কন্যা অনীমক ফিজীগা ফিজীগা পুন্সিন্নদুনা ইমুং চঙমিন্নখ্রে।

মালিকাবু নুপা ময়ুমদা থিল্লকপা ফাওবা মারজিৎ য়াওরি, তাঞ্জা অমত্তুং ফংনবা মাগী মতুং ইল্লকলি অদুবু কয়াম কুইনবু য়ুমদুদা লৈবা য়াগনি, পুম্নমক হন্নগদবগী শেম শানরক্লে। মহাকসু অরোয়বা ওইনা মালিকাগী মনাক তান্না চঙলকই। মালিকা মারজিৎপু হেক উবমক্তদা মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্মগা কপ্লি, মারজিৎসু নোম্থরক্তুনা মখুৎনা শোকই, পি চেম্থরকই খাঙবা ঙমদে, অনীমক কপমিন্নৈ মরোল য়াওনদে। মারজিৎ আর্শিব্বাদ পীরমদনা থোক্লকই।

মারজিৎ মশা ঙমদদুনা লৈ। মচীন্দা শোল্লি অসুক নীংঙমদনা লেনগনি খল্লুবদা পুন্সিসে ৱায়, কুইনা লৈথদবা ওইরসনু য়ারিমখৈ থুনা তেনশিনথ্রসনু মপোক অসে, মৈতাল ওনথ্রসনু হকচাং অসে, মসি নত্তনা করি লৈরিবগেনে লম্বী অমা। নঙনা অদুক নুংশিখিবদুনা ঐনা মথোই কাখি, নাপল তৌখি, নঙগী নুংশিবনা ঐগী পাঙ্গল ওইখি, নঙসে ঐগীতা ওইরবোই খল্লুই মদুমকনা ইথৌ হন্দোক্লম্লগা ননাক্তা চেল্লকখিবনি।

"ইবুংঙো শঙ্গোম লৈরে" মমানা হেক হায়রকপদা মারজিৎ মমীৎ খংপাঙ পাঙথোরকই। মমানা মচাবু শীৎ-নানবীদুনা শেম শাবি। শঙ্গোমদো পীথক পীথক্লা, "মালিকাদো লাকই হায়য়ে ঙাইহাক্তা উন্নরুখিগে" হায়রম্লগা মমা চৎখি। মালিকাবু ঙসি লাকই হায়বা, মারজিৎ মহাকপু ঙাই। "মালিকা" হায়না কৌই অদুবু মমাংঙৈগুম সুর ৱাংদবনা মালিকা লাক্তে। মারজিৎ য়াম্না তপ্না হৌগৎলক্লগা থিংদুনা লৈরম্বা মখোয়রোমদা ফাৎপা থোঙনাউদু হাংদোকই, মহাকপু উবরা য়েংই।

থা খরগী মতুংদা মালিকা অমুক মপামদা লাকই। মতমদু মারজিৎ মশা য়াম্না শোল্লে, ফমুংদা অয়াম্বা লৈরে। ঙসিদি মালিকাসু তারে, মারজিৎ মশা ঙমদদুনা লৈ হায়বা। মহাক অনাবা হংবা চঙলকই। মনাক য়ৌফাত্রিঙৈদা মারজিৎনা তপ্না কৌরকই

"মালিকা।"

মালিকা মহাকপু উই।

"মালিকা, ফম্মু লাও।"

মালিকা মনাক্তুদা লৈরম্বা মোরা অমা লৌদুনা ফম্মী।

"লাওনে, ইনাক অসিদা ফমলু লাওনে। ঐ নঙোন্দা হায়গদবা ৱা য়াম্না লৈ।"

মালিকানা য়াম্না নুংশিনা হায়রকই,

"য়ানি দাজিৎ ঐ সিদা সুম ফমগে।"

নুমিৎতু করিসু হায়বা নংহৌদে মহাক চৎখিবনা হানখ্রে। মারজিৎ ঙসিদি মালিকাবু উবদা নুংঙাইবা ফাওই। নুমিদাংদু মহাক তুমদে, থেঙলক্লবা অহীংদুদা মহাকপু কৌরদুনা ইরকই।

নঙবুনে,

ঙসিদি পুন্সিসিদা অহানবা অমদি অরোয়বা ওইনা চিঠি সিমতং নফমদা ইরি। নহাক লাকলম্বা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে। নঙতবু ঙাইদুনা লৈরম্বনি। য়েংঙু, নঙবু উবদা ঐগী পাঙ্গল পূম্নমক হঞ্জিল্লকপগুম তৌরি। মালিকা ঐ খরা থেঙথ্রমাল্লে, থেঙখিবা নত্তে থেঙমনখ্রবনি অদুবু লোইখিবদি নত্রিদনা। ঐ করি অমতা হায়ররোই করি অমতা পল্লরোই, ইথম্মোই অসে নফমদা থমলবনি। মালিকা নঙ ঐবু ঙাকউ। নঙনা পীবা দণ্ডি পূম্নমক ঐ য়াগে। ঐ শোয়খ্রে, মীকুপ খুদিং শোয়খ্রে অদুবু নঙনা অমুক্তং ঙাকপীরগা লোইরে। ঐ নঙোন্দা করি হায়গদবনো খঙদ্রে, শন্না মফে অমগী মান ঐ নঙবু চিংনদে, নঙবু লৎনদে। ওইসি অনৌবা পুন্সি অমা, হৌসি নঙ ঐতগী ওইবা, কিরুন্নু মীনোক মৈশা কান্নদবনি অরেম্বনি। লাক্লো, হল্লকখো, মালিকা নঙ হল্লকখো, পল পূম্নমক নমখায়দুনা লাক্লো ঐ লৈরে। মালিকা নঙ হল্লকখো, ঐ নঙবু ঙাইরি। ঐ লৈরে।

নহাক্কী
মারজিৎ

পংকুই কুইদনা নুমিৎ খরনি লৈরগা মালিকা অমুক মপামদা লাকই। মারজিৎখোয়দা চঙলকই, ঙসিদি মাগী মপুরোয়বসু লোইনরকই। চান-থক্লবা পোৎ ময়াম অমসু পুরকই। ইমুংদুদা মারজিৎকি মমা, মালিকাগী মমা, মালিকা অমদি মালিকাগী মপুরোইবা ময়াম পূম্নমক লৈ। মারজিৎ মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ, পাঙথোক্তে। ময়াম ৱারী শান্নরিবদু তাবরা তাদবরা হোইমাই অমত্তা হায়দে, তুমীন লৈ। ঙাইহাক ৱারী শান্নরগা মালিকাগী নুপাদু অসোমদা ঙাইরমগে হায়রম্মগা

মালিকাগী মমাগা লোয়ননা চৎখ্রে। মারজিৎকি মমাসু মখোয়বু থিন্দোকপা থোকখি। পূমচীক চীকই। মখোয় অনীতমক ঙায়হৌরে। মালিকা তপ্না হৌগৎলকই। মারজিৎনা কৌরকই

"মালিকা।"

মালিকা লেপ্পী।

"চৎলগেরা?"

মালিকা পাউখুম পীদে।

শোঞ্জিল্লকপনা মশাদু মোং-হাদ্রে মমীৎতু নুংশিনা পাঙই, মোম্থরবা মীৎয়েংনা মালিকাদা থম্মি। য়াতোন খজিক্তং উনা নোকলকই অদুবু মালিকাদি নোকত্রে।

"মা-লি-কা।"

মমা চঙলকই, মচাবু উই। মারজিৎকি মিৎয়েং লৈত্রবা মমিৎতু নুংশিনা পাংলি, ফজবা য়াতোনসু ইংনা লৈরি। মমানা মচাগী নাক্তা চঙলক্লগা তপ্না নানবীররে অদুবু মহাক্তি অরোইবা শ্বর হোল্লমলে।

---

# ট্রান্সফর

"তম্পাক, তম্পাকলৈমা থোঙ হাংদোকউ।"

থেঙলবা মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রবা মপুংফারবা অহিং অসিদা তুমথবা ঙমদনা মিৎশেল খাঙদুনা ফমুংময়ায়দা ফমদুনা মনাক্তা তুমলিবা মচাবু য়েংদুনা লৈরম্বী নুপীনী। পুক্লিং হকচাং চায়থোক্তনা মহাক্তবু খল্লম্বনি। করিগুম্বা মতমদা মখুৎ খুৎচা অদুনা তুমলিবা মচাগী লাইবক্তা অমদি খজাইদা তপ্না নাল্লুরি। মহাক্কী মতৌ উবদা নিন্দ্রাসু চেনখ্রমালে। অয়ুক নুংথিল চুপ্পা মিৎকি কুম্মে উরুবা, অফ - ফত্ত অপূম্বা নাকোংনা তারুবা, ওইজ - ওইথক্কী লাংদা ৱাখল লীৎশাং থারুবা ঙম্নমক লোইখ্রবা মতুং, মচানা তুমখ্রবা মতম অসিদদি মহাক্কী ৱাখলনা মনীংসু তমলকই মপুরোইববু নীংশিংলকই। তাঞ্জাসিমক্তদনি মপান্দগী কৌরক্লিবা, খোঞ্জেলদু তাবদা মঙফাওনখি, মখা তানা কৌথদে। চহি কয়াগী তুংদা ওইরবসু মখোলদু হেক তাবদা থম্মোই ফাওনা খঙই "তম্পাক, তম্পাকলৈমা থোঙ হাংদোকউ" পম্থদে তম্পাকলৈমা হৌগৎলক্তুনা থোঙ হাংই। কে-মৌদ্রবা শকফম পুরবা ময়ায় ওইরপ ৱাংবা নুপা অমা লেপলম্মী। ইমুং চঙলকই, খুউ য়ৌরবা ওভর কোট অমা লিৎলি। মঞ্জুনরবা টুপ্পী অমা উপ্পী, মখুৎতা খুৎমোজা হাপ্পী অদুগা খুজেং য়ৌরবা মরি য়াওবা খোঙঙুপ তোংই য়েংবদা অচৌবা মী মাল্লি, মথৌনা লৈবা লান্মীসু মাল্লি। লময়ায়দুদা ঙাইহাক লেপ্পী, দায়ত্ব লৌগদবগুম অকোয়বদু লৈদুনা য়েংই অদুগা মোরা অমা লৈবদুদা ফমথে। মহাক্না ফমথবদুদা মশাদু করি করিনো খরা য়াওবগুম মখোল থোকলকই। ফুরিৎখাও হুমদুনা করিনোমা থি। অচৌবা ফুরিৎতুগী মনুংদগী নোংমৈ অমা পুথোরক্লগা মনাক্তুদা থম্মী। তম্পাকলৈমা নোংমৈদু উবদা শ্বাই লাওই থরক হুনগৎলি। মহাক লেপথদে মনুং অমসুং মপানগী ফুরিৎখাওশিংদু হূম হুমদুনা থি অদুদগী চেনা য়োম্বা ময়োম মচা অমা পুথোরক্লগা তম্পাক লৈমদা পী। তম্পাকলৈমা পাক লৌবা ঙমদে।

"করিনো?" হংলকই।

"পৈশানি, নমা নচানা শীজিন্নবা।"

তম্পাকলৈমা কোকচাওবী কায় মকোক পায়দুনা ফমথখরে। মপুরোইবগী মশক য়েংলদুনা খুরু খুদক খুল্লগা হায়রকই।

"ঐহাক নঙোন্দগী পৈশা পামদে সনা পামদে য়ুম অসিদা সেগা-মাইগা হায়নদুনা পানমিন্নবদুনি ঐনা পামজরিবসে।"

"লাকখিনি মতম, হৌজিক্তি মদু খল্লূখিনু।"

"তৌগনু মুন্না খল্লু, ইরৈবাক্কী সেবা তৌববু লোন্না তৌবা হৌনবরা ফোংনা তৌসি। মরৈবাক নুংশিদবা মী পৃথিবীদা লৈতবনি, লাও থোরকউ ফোংনা হিংমিন্নসি।"

"তম্পাক মদুগীসু মতম লাকখিগনি, ঐসু ফৌরেন মনম নুংশিবা ৱাইথৌ ঙাতোন শাথৌবী নাথৈরমদুনা করিগী চেনজেল হিংদুনা লফু মচুম থক্লিবা, ইপোকথোক্কী নঙ্গেনে ইকুম মরোলগীনি খঙ্ঙু। ঐহাক চৎলগে চাক লৈত্রবরা?"

"নহাক চাক চারকত্রিবরা অদু ওইরবদি ঐহাক থোংলুখিগে।"

তম্পাক হৌগৎতুনা চঙগে তৌবদা মহাক্কা মখুৎ পায়দুনা

"থোংঙুরনু ঐ কুইনা লৈথবা য়াররোই" হায়দুনা খাম্মী।

"অঙাংদি?"

"তুমখ্রে।"

কাঞ্চল হায়দোক্তুনা তূল্লিবা মচাবু য়েংই হৌদোক্কে তৌবদা করি খল্লুরবনো খঙদে তম্পাক্কা চঙশিলক্তুনা।

"হৌদোকপিরুরনু মহাক ঙসিদি য়াম্না থেঙনা তুমখ্রবনি।"

মখা তারকই, "নহাক করিসু চাদনা চৎলগদ্রা?"

"মতম লৈত্রে, ঈশিং গ্লাস অমত্তং থকখিগে।"

তম্পাক পম্বদে চেনশিনখিদুনা ঈশিং লৌথোক্লুরগা পী। মহাক্কা ঈশিং গ্লাসতু মখোল য়াওনা লোইনা থক্তোক্লে। অনীমক ৱা অমত্তা ঙাংনদে। তম্পাক তপ্না হায়রকই।

"নহাকপু কদাইদা লৈবগে, অসুক কুইবসি নৱা-নপাও অমত্তা হায়রকত্রিবা করিগীনো, নচাগা ঐগা লৈহৌই হায়বসিবু কাউথোক্লবরা?"

"কাউদদুনা লাক্লিবসিনিনে ঐ চৎলগে মতম লৈত্রে।"

তম্পাকলৈমা কপনীংবা ফাওই। মহাক্না হৌগৎলক্লগা নোংমৈদু হান্নগী মফমদা অমুক হাপচিনখ্রে। ইমুংদগী থোকলকই তম্পাকলৈমা চপ লেপ্তুনা লময়াইদা লৈহৌই। মহাকপু থিন্দোকপা ঙমখিদে। লিৎশাং শিৎনা তাম্নরক্লবা নুংশিজরবা মপুরোইব্বু সেবা তৌবা ফংখিদে। অৱা-নুংঙাইগী ৱারী অমত্তসু হায়নবা নঙহৌদে। ফজরমথ্রবা মশক পূম্বা মাঙখ্রে, শেন্নবিদ্রবা মকোই-মরাংনা মমায়দুদা মনিং তমলে। মশা পূম্বা মম্মাম তাবগুম অমম্বদুদা থোকখ্রে। থেংলবা অহিং অসিদা মবুক্তো ইহাপ হাপ্লদুনা চৎখ্রে, নোংঙালমদাই অসিদা কদায়দা লেল্লুগদৌরিবনোনে নঙবু হায়দুনা তম্পাকলৈমা হিক্না হিক্না কপলকই।

অহিংগী অৱাবা য়াওদনা, অহিংগী নুংশিবা খঙদনা, অহিংগী ফজবা য়েংদনা য়াকায়রক্নে কোরৌহনবা নোংপোক মায়কৈ শীনথুংনা। তম্পাকলৈমা অহিং তূমদনা য়াহৌরকই, নিতিগী মতৌগুম থবক নোম্মী। মচাগী স্কুল চৎপা নংনবা চাক থোংই। চাক থোংলিঙৈদা মচানুপানা চাকখুম্মাংদা চেনশীল্লক্লগা ঙরাং নুমিদাং মপানা থনম্বা পৈশাদু পায়রগা হংলকই "ইমা মোন মখাদা পৈশা ময়াম লৈরিবসি কনাগীনো?"

"ইবুংঙো নঙগা ঐগ-গীনি।"

"কদায়দগীনো?"

"নঙ বাবানা নঙগী লাইরিক তম্নবা পীরমলিবনি।"

"বাবা কদায়দা লৈবগে?"

"লাপ্না অরাপ্পদা

"ইমা, করিগীনো মানা ঐখোয়গীদা তূমদ্রিবদি?"

তম্পাকলৈমা খুমফম খঙদে তুমিন লৈ মচানা মখা তারকই।

"ইমা মা কৈদৌঙৈ লাক্কনি?"

"লাক্কনি লাক্কনি ....।"

মমানা মচাবু য়েংদুনা চেজেৎ কোনশীনবীরগা পমখৎলম্মী অদুগা "লাকও লাকও চাক চাথোক্লরো স্কুল কাবা থেঙলনি।"

অহিংনা মতোন লোম্লক্লবা নোংয়াই মতুং ফনা লৈশীনখরে। নোংসু থিৎলি-থিৎলি তাই, কৌজেং হারৌগী মখোলসু লোইশিনখিবদা মঙাইরি। ঙাইহাক্তি চেক-মোক লাওদনা লৈবা মতম তাঞ্জা অসিমক্তদা থংনবা য়ুমগী হুই অমা লৈবদু খংখোং খংখোং খোংলকই। তম্পাকলৈমা মিকপ থোকই। খোঙঙুপ বুটনা চেনবগী মখোল তায়। কুইদে থোঙদা থীল্লকই, থোঙ হাংদোকউ হায়রকই। তম্পাকলৈমা কোকচাওবী কায় হন্না হন্না থীল্লকই। তূমলিবা মচাবু ফৈজুপ থুম্না চিংখৎতুনা নীংথিনা শেম্বীরগা য়াওন শুদ্রিবা অহিংদু হৌগৎলকপা তাখি। পাখৎপা ফাওবগী ব্রাখলবু থনুংদা লোৎশিল্লগা থোঙ হাংই। মখোয় ভারত লান্মী খরা লৈরম্মী। পম্বদে থুনা হংলকই।

"নোংলেনখোম্বা লৈবরা?"

"লৈতে।"

"কদায়দা চৎখি?"

"খঙদে।"

"শেংনা তাকউ ঐখোয় করিসু তৌরোই।"

"ঐহাক মহাক্কী মব্রা মপাও তাদবা কুইরে, মহাক্তি সিদা লৈতবা কুইরে।"

লাক্লিবা কাঙবুদু ইমুং মনুং পূম্বা চঙ চঙদুনা থি, লৈরম্বা পোৎচৈ ওল্লি, কাওই, লংই নোংমৈ মতোন্না কোৎলি। চাকখুম্মাংদা লৈরিবা তেক্সিদু মখোঙনা নেৎপদা পূমপাক পাক্লে। তম্পাক লময়ায়দা লেপ্তুনা মখোয়না তৌরিবশিংদু পাঙ্গল অমত্তা য়াওদনা য়েংদুনা লৈ। লান্মী অমনা ফমুং তমলকই, নোংমৈ মতোন্না কাঙখলদু হায়দোকই; মদু য়ৌরকপদদি তম্পাক চেনশিল্লক্লগা হায়রকই

"নখোয়না থিনিংবা পূম্বা থিয়ু অদুবু তূমদুনা লৈজরিবা অঙাং অসিদদি তূমজসনু।"

ময়াম অদুগী মরক্তগী অমনা শাওনা চঙশিলক্লগা তম্পাকলৈমগী মশমদু তাপ পায়রগা

"নোংলেনখোম্বা কদায়দা লৈগনি হায়রম্মী?"

"ঐ খঙদে হায়রিবসিনি তশেংবনি ঐ মাবু ঙাইজরিবীনি।"

নোংমৈগী মনিঙনা মনঙ্গন্দা শুথৈ হে ...। তম্পাক লৈমায়দা তুই। থিবা য়াবা পূন্নমক থিরম্লগা পোৎ খুদিংমক মথক মখা ওল্লম্লগা মখোয় চৎখ্রে, অঙাওবা নোংশাগুম মমায় লৈখ্রে। ইমুংদু চাইবা য়াবমখৈ চাইবীরমলে অতেক-অকায়না মফমদু থল্লে। কনা লৈজদ্রবী তূমলীবা অঙাংদুগী মমাদো হিকথবমখৈ ফূবিরমলে। মপুঙ ফাদ্রবা জ্ঞানগী মপু ওইবীদো ইমুংদুদা তাদুনা লৈহৌই।

পোই চীংশাংনসু থৎপা ঙমদনা নোংমাইজিং চীংশাংনসু খনজিনবা ঙমদনা খোঙদারক্লে চাং-পুবা কোরৌ মাগী মশেক্তি মমলম্বা মালং মথক্তা। তম্পাকলৈমা তপ্পা তপ্পা জ্ঞান লাকই, মশাদু লেংঙকই। মমিৎতু ফমুংদা য়েংই। মরী নানথোক্লবা কাঙখলদু ইহায় হায়দোক্তুনা লৈ। তম্পাকলৈমা তুরোই ঙামলোই হৌগৎলকই মচাবু য়েংই। মখুৎনা নাল্লি। ফমুংদু শেমজীল্লি। লময়ায়দা চাইরিবা অকায়-অতোয় মফম হোংলবা পোৎচৈ পূন্নমক অমমমতা ওইনা পায়, লোইশিন্নবা হোৎনৈ নোংঙালকত্রিঙৈ মাঙওইননা।

নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংনি। মমানা মচাবু ফমুংদা হিপমিন্নদুনা শুমবীনবা হোৎনরি। থোঙনাও মচা অমা হাংদোক্তুনা লৈবদুদা পুর্ণিমা থাজনা মপুঙ ফানা ঙানথোইরিবদু উবা ফংবদা নত্তনা থাবলনা মমা মচাদসু য়ৈররদুনা নুংশিরবা মরি অমা লৈনরি।

মচানা হংলকই

"ইমা ঐগী ইপাদো মশক করম তৌই?"

তম্পাকলৈমা মচানা অসুন্না হংলক্কনি হায়বদি থাজরুদে নোংমতসু মপাগী মরমদা হংলকখিদ্রি।

"য়াম্না ফজবরা?" হংজিল্লকই।

"উম, ফজে।"

"ঙৌরোক ঙৌবরা?"

"ঙৌই।"

"য়াম ৱাংবরা?"

"ৱাংই।"

"মশাসু য়াম্না কনবরা?"

"উম কল্লি।"

"নিংথৌমুক চাওবরা?"

"নিংথৌদগী খরা হেল্লি।"

মমাগী পাউখুম তাবদা মচানা হি হি নোকই। মমানা মচাবু কোনশিনবিরগা "ইবুংঙো তুম্মো হয়েং য়াহৌ থেঙলনি" হায়দুনা নাউশুম ঈশৈ শকই।

'নিংথৌগীদি শজিকলোই
ইমাগীদি নিংথেম,
নিংথৌগীদি শজিকলোই
ইমাগীদি নিংথেম।
তুম্মো তুম্মো
হুম ...... হুম ...... হুম .....।'

তম্পাকলৈমা ফুরিৎ তুনবা কোনদুদা ফি অমা তাইদুনা লৈরি। মচা স্কুলদগী কুমলকত্রি। পাখঙমচা অমা লাক্লগা হায়রে

"হয়েং নুমিদাং মী খরা লাক্কনি, চাক হাপ্লম্মু, তানোংলেনখোম্বনা হায়রকই।"

তম্পাকলৈমা তৌরম্বা থবক্তু লেপ্তুনা

"ইবুংঙো নঙগা উন্নবরা মহাক কদায়দা লৈহৌই?"

"খঙদে পাও সিমতং হায়রম্মু হায়রকপনি।"

থিন্থদনা নুপাদু চৎখ্রে।

নোংঙাল্লগা তম্পাকলৈমা হায়রম্বা মতুং ইন্না থোং-থাক্তুনা পুন্নমক শেম শাদুনা থমলে। মচানুপাবু নীংথিনা পিজ-পিথক তৌরগা নাউশুম ঈশৈ শক্তুনা তুমহনখ্রবনি। অহিংনা থেংলক থেংলক্লগা তম্পাকলৈমা মিহুন চেঙ্গুম-চেঙ্গানৈ। ইমুং মাঙ্গোল হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈ, মমিৎতু অমম্বদা তোইনা য়েংই। অসুম্না

মিহুন হৌবসি ঙসিতদি নত্তে নিতিগীনি। করি থোক্লগদৌরিবা, করম্বা মীওইনো ঙসি য়ুম অসিদা লাক্কদৌরিবসিবু, সিনি নুমিৎ খুদিংগী মাগী কোক্তা উংদুনা লৈরিবসি।

ইঙা থাগী লেপ্তুনা চুবা নোংগী মখোলনা অহিংগী অচিকপবু লাকশীনখ্রবা মতমনি। মরক মরক্তা অখাক-অরাওগী মখোলনা মালেম জিবপানববু অকি-তুজুংনহন্দুনা তৎতনা শীংনরি। তুই হৌদোংগী মখোল ফাওবা নোংলিক ইরিক্লা নমহৎখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা তম্পাকলৈমগী মপুরোইবদু ফাওরক্লে; কৌরকই

"তম্পাক।"

তম্পাকলৈমা হৌগৎলি, থোঙ হাংই। ঙসিদি অকিবগী মশক ওইরবা শকফম অমা ওইরম্মী। মশাদু নোংনা ইচোৎ চোৎলে। মমায়দু মশম-মনা মকোই-মরাংনা ইয়োম য়োমশিল্লে। মতম খরা উনরুদ্রবা মতুং মপুরোইববু ঙসিদি মশা অমত্তা ওইরবসু শকফম অমদি ইহোং হোংলে, হেক উবদা অঙকপা শক্তমনি, অকিবা ফাওই, মপুরোইবা ওইবগী কিদবনি। মপামবোমদু নোংমৈনা পানখিবগী য়াম্না থীনা শোক্লে মদুদগী চেঙ্থরকপা ঈনা মফূরিৎতু ইতৈ তৈরে, মদু নোংনা য়েবদা অমুক ইচায় চায়থহল্লে। "তম্পাক ঈশিং খরা শৌহল্লকউ" হায়রগা লময়ায়দুদা পদ্রাক ফমথে। তম্পাকলৈমা চাকশঙদা চঙখিদুনা ঙাইহাক লৈরগা ঈশিং শৌহল্লগা পুথোরক্লে। ফিনা চেৎনা পুনশীল্লম্বা অশোকপদু হাংদোক্লগা মপুরোইবনা হায়রকই

"খজিক্তুং উরিবসি নোংমৈ মরূনি মফম অসে ঐহাক থাংনা খরা লেম্থুগে অদুগা নঙ লৌথোকউকো।"

তম্পাকলৈমা হোই-মাই হায়দে মমিৎ উইশিল্লি। মপুরোইবনা মখা তারকই

"ইবুংঙোসু হৌদোরকউ, মানা মফম অসিদা কন্না পায়শিলহনসি"

তম্পাক করি খনবনো খঙদে তন্না খুমলকই

"নৌখ্রবা মানা কয়াম কন্না পায়শিনবা ঙমগদৌরিবনো, সে ঐ খুৎ নামনা পায়শিনগে।"

অসি হায়দুনা মখোয় অনীনা অহিংদুদা যেশা শক্তি তৌদুনা লুরবা থবক অদু পাঙথোক্লে। লৈমায়দু ঈনা ইঙাং ঙাঙলে, মনাক অদুদা মহাক্না য়ামফক তাদুনা লৈরি। ফমুংদু মখোল থোকলকই কাংখলদু লেঙবগুম তৌই মচানা য়াওনবগী ওইরমালে, "ইমা" কৌরকই। তম্পাক ফুক হৌগৎলি মচাগী নাক্তা চেনশিল্লি। ঈনম-নম্নবা মখুৎনা মচাবু মথাদা কোনশিন্দুনা হুম শুমথৈ।

ঙসিদি ঙন্তানা তম্পাক মচানা তম্বা স্কুলদা লাকই। হেড মাস্টর উন্নদুনা মচানুপাবু স্কুল থাদোক্লগে হায়রৈ অদুবু ওজানদি য়ারক্তে। হৌজিক স্কুল থাদোকপগী মতম নত্তে ট্রান্সফর সার্টিফিকেত পীবা ঙমলোই হায়রকই

তম্পাকলৈমা মতম চুপ্পা পোত্থাফম খঙদে অহিং ওইরে রায়, নুংথিল ওইরে নুংশা থী। থা মঙা চুপ্পা খুৎ থেক্কুনা রানা ঙাইরক্লবা মতুংদা ঙসি অমুক নৌহৌননা মচানুপাগী স্কুলদা লাকই হান্নবা হায়খিবগুম স্কুল থাদোকচরগে হায়ররে। ঙসিদি মতম চারে, ওজানা য়ারে। মাগী প্রমোসনগী সার্টিফিকেত অমদি মরি লৈনবা চে-চাং পূন্নমক পীরক্লে। সার্টিফিকেতশিং অদু পুরদুনা তম্পাকলৈমা মানা হায়নজবা স্কুল অদুদা লাক্কুনা অনৌবা স্কুলগী মীওইশিং অদুগা উন্নররে। মখোয়না তানবা দরকার লৈবা চে-চাং পূন্নমক পীরে, স্কুলগী মকোক্কুনা হায়রকই "পূন্নমক য়ারে হয়েংদগী লৈহল্লরো।" তম্পাক শ্বর হন্দোকচৈ, নুংঙাইবা ফাওই। ময়ুমদা চেল্লাক লাকই, হেক য়ৌবগা মচাদা হায়

"ইবুংঙো, নঙ হয়েংদগীদি অনৌবা স্কুল অমদা তমলগদবনি।"

"করিগীনো ইমা?"

"য়েংঙোই অফবা মচাদি হেন্না ফবা স্কুলদা তমগদবনি।"

অসি হায়রগা মমানা মচাগী মখজায়দা নানবী অদুগা "নঙদি ইমাগী নিংথেমনিনে হায়রগা কোনশিন্দুনা ওন্না ওন্না চুপলম্মী।"

হয়েং স্কুলদা পুগদবা পোৎ-চৈ, মখোয়না হায়রকপা মমিংশিংদু অমত্তা চিৎথদনবা মমানা কোয়চেন চেন্দুনা শুননবা হোৎনৈ।

নোংঙাল্লে নিতিগীদগী য়াম্না হেন্না ওন্না তম্পাক হৌগৎলি। মচানা পুগদবা পোৎ পূন্নমক য়োমদুনা লৈরে। চাক পীজরে, লাইনিংথৌ খুরুমহল্লে। মমানা মচাবু মিৎ কুপ্তনা য়েংজৈ, নারোন্দা পি তৈথোকই। অনৌবা স্কুলগীদমক মমা মচা যাত্রা তৌরক্লে।

মখোয়না স্কুল য়ৌবদা ছাত্রশিং কানরকপা হৌনরমলে স্কুলগী মকোক্তুদি য়ৌরকলমদ্রি। তম্পাকলৈমা পম্বদনা হোষ্টেললোমদা লাক্রে। ঙরাং উন্নখ্রবা হোষ্টেল পান্নবা (ৱার্ডেন) অদুগা উন্নররে, হায়গুম্লদনা ৱার্ডেনদুনা মচানুপাবু নুংশিনা কোনশিনবিরগা মাগী কাদা পুশিনখ্রে। মচাবু থনম্লগা তম্পাকলৈমদি চৎখিবা য়ারে হায়রে। মমা মচা কায়নরমদাই পুংফম য়ৌরক্রে। মচানা অনৌবা স্কুলগী ফিজোল শেৎপদু য়েংজনিংলিবনি অদুবু লৈথনবা মতম লৈত্রে, মখোঁঙ থাংদোরক্তুনা লাকপা হৌরে, খঙহৌদনা মমায় লৈশীনখিদুনা চেনশীনখ্রে মচাবু চেৎনা কোল্লুরে। ৱার্ডেননা য়াথং তাওথরকই

"থাদোক্লো পুং তারে।"

"লৈহৌরোকো ইবুংঙো ইমা চৎলগে" হায়দুনা মকোক্তা নানবিরগা মচাগী মশাবু তপ্না তপ্না থাদোরক্রে, চেম্বদবা পিনা মিৎনুংদা লৈ, মমায় ওম্থোরক্রে। গেট ময়াদা নুপা অমনা শো লোনগদবগী মাবুতা ঙাইদুনা লৈরমলি। তম্পাকলৈমা অরোইবা ওইনা অমুক্কা হন্না য়েংথোরকই। পিক্লিবা মচানা হোষ্টেল ভেরেন্দাদা লেপতুনা য়েংহৌরি। মিৎনুং-শিল্লম্বা পিনা মপান থোক্লই। মহাকসু মপান থোক্লক্রে।

তম্পাক ময়ুম য়ৌরগা ফমুংদা লোংখাক লোংনা হিগথৈ। হিপ্পি, হিপ্পি, মহাক হিপ্পি। হাংদোক্তুনা লৈরিবা থোংনাও মচাদুদা থৱানমিচাক অম-নী উরকই। তম্পাক জ্ঞান লাকই। মতমদু মহাক থোঙ লোল্লবরা লোনদ্রিবরা খোইজংলুদ্রে। মচাগী মায়কৈরোমদা ওন্দুনা তপ্না তপ্না নাউশুম ঈশৈ শকলকই

'নিংথৌগীদি শজিকলোই
ইমাগীদি নিংথেম,
নিংথৌগীদি শজিকলোই
ইমাগীদি নিংথেম।
তুম্মো তুম্মো
হুম ...... হুম ...... হুম ......।'

---

# ইচা

মখোয় মচিন-মনাও তরুক্নি পোক্লিবা; নুপী ঙাক্তনি, হেল্লোই তরেৎ হায়বদু য়ৌগদবা অমখক্তা ঙায়রবনি, য়ৌবদি য়ৌবজাৎনি অদুবু মরাইবক থীবা হায়গদরা ফবা হায়গদরা তরেৎশুবীদু হেক পোকপগা লৈখিদ্রে। মপানা হায় মচানুপা পাম্মী, মচানুপা পাম্মী, মচানুপা পাম্বনা অসুক য়ামখিবনি। অদুগা করিগুম্বা মতমদা মপানা মাগী নুপীদা হায়,

"ইচা নুপাসু পীবা ঙমদবা নঙবু কৈদৌনদৌনো, নপাম চৎচখ্রো।"

মদুগী পাউখুম ওইনা মমাসু খুম্মী।

"নচানুপা পোকপা ঙম্বা নুপী অমত্তং পুশিল্লকউদনা।"

"নঙ কপ্লোইদ্রা?"

"ঐনা কপ্পরা নঙনা কপ্পরা মদুদি হয়েং থোক্লগা খঙবা তারেদনা"

ইহান হানবা মচাদু পোকপদদি মপাসি য়াম্না হরাওখি নুপা নুপীগী ৱা লৈখিদে। অনীশুবা পোকপা ফাওবা মচিন থোক্লমদে। অহুমশুবদা হংলকই, "নুপারা?" মরিশুবদদি তকশি শোল্লকই ঐবু শাগে মৃৎপা তারবরা? মঙাশুরকপদদি মখোল থোক্লা কপখি। তরুক শুরকপদদি লাপ্না লৈখি। তরেৎশুবিদু পোকপদদি মমাগী মশা য়াম্না ফত্রে মদুমক্না মতুংদা অমুক পোক্তনবা ওপরেসন তৌখ্রে।

কপ্পা কিবদগীরা, নোকপা পামদবদগীরা খঙদে মপানা নুপী অমা পুশিল্লকপদি তৌখিদ্রে। অদুবু মমানা ওপরেসন হেক তৌখিবদগীদি মপাদু হান্না লৈরম্বা ৱাখলদগী ইমান মান্নদবগুম তৌই। ৱাঙাং-শঙাং ইহোং হোংখ্রে। মচা নুপাগী অশাদা তাউরম্বা ঙাইরম্বদু পূমলোই লোইখ্রে। ফমেন্দা ফম্লগা তৎতনা শোল্লি 'ইচা অসুক য়াম্না পোকপবু ইতুং ইনবিহৌনবা হেক লৈতেদা, ঐসিদি

ইরাইবক্তি থীখ্রবোইদকো।" ৱাফমসিদা নত্তে মফম মতম নাইদনা মচিন্দা হেক্তা থোকলকই "হয়েং ইচাশিংনা লোইনা লুহোংখ্রবা, নমাগা ঐগনা শিখ্রবা মতমদা মফম অসিদি হাঙহৌবা তারেদো।" মচানুপী থাদক্কীদুনা হংলকই,

"পাপা কৈদৌবগী হাঙগদৌরিবনো?"

"ইবেম্মা নখোয়সে হয়েং মীগী ময়ুমদা লোইনা চৎখিগদৌরিবনিনে।"

"পাপা ঐদি চৎলোই।"

"অদু ওইরবসু ইপাগী শাগৈদি মুৎলনি।"

"মুৎলোই ঐ লৈরিবসিদি।"

"য়ারোই, ইপাগী ইবেম্মা থাজমানবী য়ারোই।"

"য়ানি য়ানি।"

হায়রল্লগা চহি নিপালতা শুরিবী মচা নুপীদু হৌদুনা চেনখ্রে।

নোংমা নোংমনা কুম্ওন ওনখি। মচানুপী অহল লুহোংখ্রে, মথং য়াইমসু হোংখ্রে। অহুমশুবী অদুদসু নত্তনা ইতোন তোম্বী অদসু মখোঙনা থোংনা চেনখিদুনা লুহোংখ্রে। মচিন-মনাও মঙামক লোইনমক লুহোংদুনা নুপা ময়ুমদা চৎখ্রবনি। হৌজিক হোংদ্রিবা হায়ববু মচানুপী মঙাশুবী অসিতা ঙাইরবনি। চহিদি ফনা হায়গৎলক্লবনি, সরকারগী চাকরি অমসু তৌরবনি। মশাদা অৱাৎপা হায়বদু লৈত্রে ৱাৎলিবা হায়ববু বড়তা মঙাইরে, ময়াম্না হায়নবা ৱাফমনি। হায়ন-শিংনবসু কোঙ্গায়নি অদুবু লুহোংদনা হেক্তা তোক্লখি। মাগা নহা ওইরিঙৈদগী নুংশিনৈ হায়বা ককৱাদগী খাগেম্বগী অহল লমনসু কয়ারক হন্না মখোয়গী মাঙ্গোলদা লাকখ্রবনি। মদুসু হেক্তা মখা চৎখদে। মনুংদা করি লৈবনো খঙদে মরোল লোনবা মীওইবগী পূক্লিংনি। করিনো মানা পাল্লিবসিবো, হোংলরোইদরা হংলবসু হোংগনি মহায়, মসিদনি নুপাময়ুম নুপীময়ুম অনীমক্কা জ্ঞান তাদ্রিবসি।

খাগেম্বগী মমা মপানা মচানুপাদা তৎতনা হংই

"ইবুংঙো নঙগা মমাংদৈগী খঙনরক্লবনিসু হায় কুঠি-নুংথিসু পক্লরে য়ান্নদবা য়াওদ্রে অদুগা লুহোংলমদায়দা য়াদ্রিবসিবু করিগীনো?"

খাগেম্বনা পম্বদনা হায়রকই, "ইমা চৎলুরনু।"

পাখঙ লৈশাবী অনীদু ঙল্লিনৈঙে মতমদগী নুংশিনরক্লবা শাংলবা মতম অসি অমনা অমবু খৌরাংননা ঙাইনরম্বা, উন্নরম্বদগী অসুম উনরক্তবা হেল্লকই। অমনা অমগী মৰা মপাওতা চেন্নরম্বা ঙাইনরম্বদু পূন্নমক অমত্তা তৌনখিদ্রে। তুমিন তুমিন লৈনবতদা মতম কয়া হৌখ্রে। পাখঙ লৈশাবী ওইবগী অরোইবা চহি লৈতে হায়বগী মতাগুম অনীদু মনিং তম্মী। খাগেম্বগী ইমুংদদি খৎন-চৈনবা ফাওবা থোক্লবনি। মাগীদমক লেপ্লীরকত্রবা নুপী অদু খল্লুরনু, মসিনি খাগেম্বগী মথক্তা নল্লিবা। মসি ফাওবদা মখোয় তুমিন লৈনৈ, অমসু অমসু ৰা অমত্তা হায়নরক্তে, পাউ চেন্নরক্তে, উন্নবগী প্রোগ্রাম শেম্নদে। লৈশাবী পাখঙ অনীমকসি তানবা ফংদবা মতমবু য়াম্না লায়না হৌহনবগুম তৌরি। অদুবু নোংমদি ইথা থাজদনা খাগেম্বনা মী থারক্তুনা থাজমানবীবু অম্মুক্তা উন্নসি হায়রকই। তাং ৭ কী অয়ুক পুং ১১, নরসিং হোটেলগী মমাংদা।

নুমিৎতুনি। নরসিং হোটেলমক্কী মমাংমক্তদা খাগেম্বনা হান্ননা থাজমানবীবু ঙাইদুনা লেপতুনা লৈরমলে। থাজমানবী মহাকপু উই; ইনখৎলকপগী মতম লোইখিদুনা লেম্বা লোইনরক্লবা মিৎ খাংলক্লবা ওষ্ঠোক্লা ফজখ্রবা শকফমনি। সুট তাই তৌদুনা লেপলম্বা নত্তে, কেবরা কেদবরা ফুরিৎতুদি ঙৌই। মশমদু কেয়রলেসলি কেয়ারফুল হায়বদুগী মতানি। চুরুট অমা থকপনা ওষ্ঠোক্লা নুপা মাঞ্জখ্রে। অনীদু নরসিং হোটেলগী মমাংমক্তদা উন্নররে।

"পুংসে খরদি হেল্লেনে।"

"চাবিদি লৈখৎতেকো।"

"লাকও অম্বাই ফাওবদং চৎলুসি।"

অসি হায়রগা খাগেম্বনা মনাক্তা লৈরম্বা কার অদুগী থোঙ হাংদোকই।

"কনাগী কারনো?"

"ঐগীনি।"

"অস! ঐখোয় অনীসি য়াম্না লাপ্পরবা জাৎনি কার লৈবকা তাদ্রেনে।"

থাজমানবীনা মমাংগী সিটতা তোংদুনা মখোয় অনী অৱাংলোমদা থৌরকই। খাগেম্বনা নৌহৌননা অমুক

"ঐখোয় অনীমুক লাপ্পবসিবু কদায়দা লৈরমগদগে?"

'করম হায়না?'

"নুংশিনরগা লুহোংবা ঙমদবসিবু মসিদগী হেন্না লাপ্পবসিবু করি অমুক লৈরিবগে?"

গাড়ী থৌরি। মখোয় অনী তুমিন তুমিন ঙাইহাক লৈনৈ। গাড়ীদু খরা তপথরক্লগা খাগেম্বনা তপ্না

"থাজমানবী লুহোংনবগীদমক পূন্নমক শেম শাবা লোইখ্রবনি। ঐঙোন্দগী হোই হায়বা ৱাহৈ অসিগীদমক নুমিৎ লেপতবদা ঙায়রে। ঐসু মসিমতংদি নঙগীদমক ঙসি ফাওবা হায়দ্রি। জ্ঞান তারো হৌখিবদি হৌখ্রে, হৌজিক মতম লৈত্রবনি।"

"নহাক্কী ৱাখলদি হান্নদগী করিসু হোংদে?"

"হোংবা হোংদবা নত্তেনে মদুবু ওইবা য়াবরনে, চৎনবী নিয়ম কানুন হায়বা অমা লৈবনি।"

"চৎনবী অদুনি ঐনা নোক্লিংংলিবসে, কানুন অদুনি ঐনা ইন্নিংদ্রিবসে। নিয়ম কানুন হায়বসিবু মীনা শেম্বা নৎত্রা, মসিবু শেমদোক শাদোকপা হায়বসিসু ঐখোয় মীগী মথৌনি।"

"করিনো শেমদোক শাদোক্কদৌরিবসিবো, ঐ নখোয়দা লৈগে হায়রেদনা, মসি ফাওবা নঙ করিসু খন্দে।"

"ঐহাক করিসু মখা তানিংঙাই লৈতে নহাক্কী ৱাখলনা হান্নগুম লেঙদ্রবদি লুহোংগনি লাঙলিবদু হোংবিরো।"

"খঙ্হৌ থাজমানবী, ঙসি উনবা অসিনা অরোয়বা ওইহনগুমসি, নঙ তুংদা নীংঙমলকওই।"

গাড়ী থৌবমখৈ থৌরুরগা হান্নগী হান্না লৈখায় তাবা ঙমদনা অনীদু হল্লক্লে ময়ুম ময়ুমদা চঙনখ্রে। অহলথংদা লৈশাবী পাখঙ অনীদু য়াম্না নুংঙাইনদনা কায়নখ্রে। খাগেম্বদা পুন্সিবু য়াম্না লুনা থোকলকই অদুগা থাজমানবীদনা য়াম্না লায়বা মাল্লকই। খাগেম্বা মথন্ত অঙাওবগুম মচিন্দা শোল্লি, "করিগীনো নখোয় ময়াম্না পুন্সিবু অসুক নুংঙাইরগা ঐনা অসুক ৱারিবসিবো ...?"

মতম কয়া চুপ্না তুমিন্না লৈনরুরবা মতুংদা অমুক নোংমা থাজমানবীনা খাগেম্ববু অমুক্তা উন্নসি হায়দুনা মী থারকই। নোংঙানবগা উন্নে। খাম্নেনা চীংলেম্না হংলকই

"ঐখোয়ইবু লুহোংবা য়ারবা নত্রা?"

থাজমানবী তুমিন্না লৈ। খাগেম্বনা নুংশিনা

"নঙগী ৱাখলসিবু ইহোংমক হোংদ্রিবরা?"

মদুদসু করিসু খুমদ্রে। খাগেম্বনা লেপ্তনা চৎথরকই

"অদুগা করিগীনো ঐবু অমুক কৌরক্লিবসিনা?"

"নঙগা উন্নবসি য়াদ্রবরা?"

"উন্নরগা করিবু কান্নরিবগে?"

"কান্নবা ঙাক্তগীসু খনগনু; পুন্সি হায়বসে ওইজ-ওইথক্কীদমক্তা শেমলকপা নত্তে, পুন্সি হায়বসে চাংয়েংনি। নুপী হায়বা জাতিসিনা নুপাদা খুদোংচাবা য়াম্না পীবনি। ঙম্নমক নত্রবসু খরতদি হনবা ঙম্বসু চোংথোরকউনা অদু ওইরবদি ঐখোয় মীওইবা হায়বসে কয়াদা লেমজরমগদবা।"

"থাজমানবী মদু ওইবা য়ারোই লাই হাতক্তগী চৎনরক্লবনি।"

"লাইশিং অদুসু মী ঙাক্তেনি, অদুননি মখোয়না শেমলম্বদা অৱাৎপা য়াওরিবসি, অসোয়বা য়াওরিবসি। ঙসিদি ঐখোয় মীনি, লাইশিংগী অসোয়বা শেমদোক্লক্লিবা মীনি।"

"নঙগীসিদি লাই ফাওবা শীংনরকদৌরিনা।"

"নখোয়না ঐবু য়াম্না তৌবা ঙম্বী তাহনগদৌরে। ঐহাক ঙম্বা নত্তে, তৌবা য়াবা য়েংবনি। মসিদা নহাক্না সপোর্ট তৌবিদ্রে। ঐহাক করিসু হায়জবা ঙমদে। নুংশিবসু লৈতে, অশেম্বনি ইশাগী ওইজনবগীদমক থম্বনি; চৎনবী সমাজনা হেন্না লুই।"

"থাজমানবী নঙগী অথোৎপা থম্মোই, নঙগী নুংশিবা, নঙসিবু ঐগী অমত্তা ঙাইরবী থাজমানবী অদুনিকো। করিনুংগী নুংশিরুবা, মায়থীবা ফংনবা ওইরমলে।"

অসি হায়রগা খাগেম্বদু মথৱাই নুংঙাইতনা লৈ।

"মায়থীবা নত্তে, মায়পাকপনি খল্লু। নুপী পুন্নমক্না নখোয়গী ঈদা তিনজদুনা নতুং ইনজরি। ঐগী ইচিন-ইনাও মঙামকসু চৎনবী অসিদা লৈবনি মদু ঐ করিসু হায়জদে অদুবু ঐগী ইপানা মবুকথোক্কী মচা অসুক য়াম্না পোক্লগা মচানুপীগী অশোনবনা শিবা ফাওবা খুয়া তুশিৎলোইদৌরি।"

"ঐ নখোয়দা য়াওং ইল্লগে হায়রেদনা।"

"তোক্লসি, তূমদবা মী হৌদোকপা লুই হায়বদুনি। নঙ লুহোংগনি হায়বদো হোংদ্রবদি কৈদৌরে? হোংলমলবদি ঐগা ঙসি উন্নরিবসে উন্নরমদ্রবসু য়াবনি। ঐনা ঙসি কৌজরিবসিসু নঙ ঐতগী ওইবা শাংলবা চহি তরামরীগী ৱারীনা ঙমহনবনি। অদুবু ঐনা ঙসি অরোইবা ওইনা হায়নিংবদি ঐহাক অঙাং অমা য়োক্কে খল্লে, অঙাংসি ফংদুনা হয়েং মমা অমা হায়বদুগী শক্তম লৌরবা মতুংদা লুহোংবগী ৱাদি অমুক হন্না হৌদোকপিরক্লনুকো, মসিমতং হায়জগে নীংবনি।"

"থাজ নঙগী ৱাসি ঐবু য়াম্না ৱাহল্লে, কাল্লে ফুনি কান্দ্রে ফুনিগী কনদিসন অমদা থমলে। অসুম্না তৌরমগদবা লৈরবদি ঐ অমেরিকাদগী হল্লকলমলোইদবনি সিটিজেন্ট ওন্দুনা অদুমক লৈজরমগদবনি।"

"ফরে, ঐহাক ৱাফমসিমতং খঙহন্নীংদুনা তৌবনি। লুহোংলোইদবা লৈরবদি ঐখোয় অনী পূনবগী কান্নদে, মীগী মমিৎ নানবনি, কায়নরসি।"

"হোয় মদুনা চুমগদবা মাল্লি।"

পাখঙ লৈশাবী অনীদু অরোইবা মতাগুম কায়নখ্রে। কায়নরমদাই মিকুপ্তা অনীমক থম্মোই শোকনৈ, পি হৌই। ঙসিনা লোয়রে খন্নে। থাজমানবী রুমালনা চেন্থরকপা মপী তৈথোকই। খাগেম্বদি পাখঙগী কল্লবা শিংলি-নাওরিদগী মপান থোরকপদি ঙমখিদ্রে। মখোয় কায়নখ্রে।

•

মতম কয়া কুইনা ৱারেপ লৌবা ঙমদনা লাকপা অহিং নুংথিল নাইদনা ৱাহং পাউখুমতা তৌদুনা মদোম তরক তাশীনজদুনা লোইখ্রসিরা খল্লম্বা, ঙসিদি থেংলবা অহিং অসিদা খাগেম্বা ৱারেপ লৌরে। ফোন তৌরকই।

"হল্লো।"

"তুমদ্রিবরা?"

খুমদে তুমিন লৈ।

"নক্করমলবদি অইংবা অহিং অসিদা পাউখোন অমা শীরমগদবনি।"

"করিনো হায়রিদুবো?"

"চা অহাওবা অমত্তা লোল্লকউ হায়গে তৌবনি। থাজমানবী ঐহাক ব্বারেপ লৌরে। হয়েং নখোয়দা অহল-লমন লাক্কনি।"

হন্দকসু থাজমানবী তুমিন লৈ করিসু হায়রক্তে। ঙাইহাক লৈরগদি কপ্পগী মখোল তারকই।

"হাইমা থাজমানবী করিনো থেংলবা অহিং অসিদা ঐবু অমুক অদু তান্না লাকপা তারিবরা, সে তোক্লো, ... তোক্লোমী।"

লুহোংবদু ময়ামগী হোংনরিবা অদুগা করিমত্তা খেন্নবা নত্তে চপ মান্নে; বজাই বেগুন খোংদুনা বড় লাকই, তৌবতবু মনুংদদি পুমওন ওন্নবা হায়বদু তৌরে। বড় ওইরিবা মহাক্কী শোনবা খোৎপা পূম্নমক নুপী ময়ুমগী থাজমানবীগী শাগৈদা তিনখ্রে। অদুগা বড়না অমুক ময়ুম হনবসু তৌখিদ্রে। লুহোংবদু য়াম্না চাওনা হোংই। নুপা ময়ুমগী মী, নুপী ময়ুমগী মী, ঙন্নমক হরাওনৈ, পূম্নমক চা-থকই, মথেলনা লৌখৎপা ঙমখিদ্রে হায়নৈ।

লুহোংবগী কা ওইগদৌরিবদু মথক্তা লৈ। ওহ্বোক্লা চাওনা ফজনা লৈতেংখ্রে। মতম কয়াগী মমাংদগী বড়গীদমক শেম্বা মাল্লি। নুমিদাং থেংলক্লে থাজমানবীনা চঙখিবদা খাগেম্বা চুরুট অমা চিংলদুনা থোঙনাও ময়াদা ফমদুনা লৈরম্মী। মেগাজিন অমা ফাকতোক-ফাকচিন তৌদুনা মতমবু তাইনরম্বা মাল্লি। থাজমানবীনা চঙখিবদা মমিৎতু ব্বারৌরপ য়েংলগা হংলকই

"ঐগী ফমুংবু করম্বনো?"

থাজমানবী তপ্না চঙলক্লগা মাগী মনাক্তা লেপ্লম্মী অদুগা কুম্থরক্তুনা মপুরোইবগী খোঙুপ্তু তপ্না লৌথোক্লম্মী অদুগা

"নঙদি ঐগী ঈশ্বরনি, ঐনা কনাবু নীংগদৌরিবনো, ঈশ্বরনা তৌদবা থবক ফাওবা নঙনা ঐগী তৌবিরে। নঙদি অথোইবনি পূম্নমক্তগী অথোইবনি অশেংবা মিৎনা উবা লাইনি।"

অসি হায়রগা খাগেম্বগী মখোঙ অদুবু মরাইবক শোক্লা খুরম্লম্মী। মদুম্না তৌরক্কনি হায়বদি খাগেম্বা শুকথা থাজরুদে। তপ্না মাবু মখুৎ অনী চঙনা কোনখৎলম্মী। মমায় অদু পিনা পুমথুম থুমলমলে, খজাই অনীদা পাথরকই। অহিংগী চিক্লবা মৈঙালদুদা খাগেম্বনা মদুবু কুইনা য়েংদুনা লৈবা ঙমদ্রে। মথবাক্তা তপ্না কোনশিনবিরগা মপিদু তৈথোকপিরম্মী।

---

# সনাগী লম্বী

হন্দক ভারত সরকারনা নুপীশিংগীদমক্তা অনৌবা স্কিম অমা লাওথোকখ্রে। স্কিম অসিগী মতুং ইন্না মণিপুরদসু সোসিয়েল বেলফিয়র সমাজ চাওখৎ থৌরাং বিভাগকী মখাদা অনৌবা মশা অমা শেমদুনা লৈখ্রে, মমিংনা 'নুপীশিংগী সনাগী লম্বী' থোল্লি। শেলককাদি লাখতা নত্তে ক্রোরদনি মরমদি ভারতকী নুপীশিং অসি শোৎথবা য়াম্না লৈরি। মণিপুরসু য়াম্না শোৎথরি অদুনা শেনফম চাওই, হৌজিক কায়থোক্তুনা লৈরিবা; হায়রিবা মশা অসিগী থৌরম থৌরাং শেম্বা, মী উনবা, শিন্দোক শিঞ্জিন পূন্নমক নিংথৌজাওনা তৌই।

ঙসিসু নুমিদাংগী পুং নিপাল তারে। নিংথৌজাও ওফিসকী জিপনা ময়ুমদা থিল্লকই। ইমুং চঙলক্লগা হায়,

"ঈশিং খরা শাহল্লু, খোঙ খুৎসি অমুক্তা হামদোক্কে, উফুল-বাইফুলনা হকচাংসি লোইরে। ফিরোলশিংসু মোৎপনা লোইরে, হয়েংদি খরা শুদোকউ।"

ফজবী খুদেংদা ঈশিং অশাবা হৈদুনা পুথোরকই, মমাংদা থম্মী। নিংথৌজাওনা মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরদুনা মোরাদা মকা লান্না ফমথরগা মখোঙদু খুদেংদা থাদৈ অদুগা

"সে অমুক্তা হাম্মকউসে, ঐ ইশাসি পূমতেক তেক্লে।"

ফজবী ফমথরক্তুনা মখোঙ হাম্মী। নিংথৌজাওনা,

"ঐনা অসুক বানা চৎলিবসি নখোয়গীদমক্তনি, নুপীশিং অসিবু খজিক্তং চাউখৎলবদি হায়দুনা হোৎনরিবনিনে।"

তুমিন্না ঙাইহাক লৈরুরগা অমুক

"য়াদি য়ারোই মণিপুরগী নুপীশিংসে ওম্বোক্লা জ্ঞান লৈখিদ্রে হায়বা, মিটিং তৌসি হায়ববু মী কুন্ন অমুক্তা ফাদেনে, হেক লাকপগা লুপাসু কুন ফংগদৌরিবনি।"

"ঙসিবু মিটিং মফম কয়া পাঙথোকপগে?"

"মফম অহমনি, নাচৌগীদি মী ফনবু য়াম্মী। লৈত্রামগীদি তরামুক ফাদে, অরোয়বগী উৎলৌদদি মতমগা খরা থেঙঙ্গে, নুমিদাংবাইরম ওইদুনা তৌরিবরা করিনো নুপীবু অমত্তা লাক্তেনে, নুপা খরা লৈরম্মী।"

"অদুদি মিটিং তৌদ্রে?"

"ই! তৌদ য়াবরনে, মী ঙসিগী শেড্যুল কায়বা য়াপোৎ নত্তে।"

"করমহায়না তৌরিবা?"

"লৈরম্বা মীশিংদুগী মাগী মাগী নুপীগী মমিং ইরেদনা।"

"পাখঙদি য়াওদ্রাও?"

"পাখঙনা মোই মোইনা পামজবা নুপীগী মমিং ইরেদনা।"

"নুপীগীনি হায়রগা নুপা ঙাক্তনা তৌরবা।"

"অতৈ লায়রি, মথংগী নোংমাইজিং নুমিত্তদি ঐখোয় সোমগীদা তাই, মফমদি মচিনগী মাগুব অচৌবগীদা পানখৎলম্বনি। নঙ ঐখোয় শ্বায়গী নুপীশিংদা পাউ অমুক্তা চেনখো।"

"মাই মাই ঐ ঙমজরোই, ঐ চৎথোকপকা শংজদে।"

"হে, লাপ্না চৎত্রবসু সোরোজিনিখোয়, পিশকখোয়দা পাউ পীখো। নোংমাইজিং নুমিৎতা পুং অমা তাবদা মচিনগী মাগুবতা নুপীশিংগী মিটিং তৌগনি, নুপীশিং খোমজল্লগা লাকউ। টেবল মথক্তগী পমপ্লেটশিং অসিগা পীরম্মু, য়ুমথোং খুদিংগী অমমম য়েল্লু হায়য়ু।"

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌজাও ওফিসতগী হলক্লগা মাগী নুপীদা হংলকই,

"নঙ নুপীশিংদা পাউ চেল্লুরব্রা?"

"চেন্দেদা, কাউবু কাউই।"

"কাউনি নঙদি, হয়েংদি সোয়বা য়াদেকো, ঐ উন্নগে নীংবনি অদুবু ঙাইহাক্তা শংলিব্রা ঐবু, করম্বা মতমদা উন্নগদৌরিবনো? মফম মফমগী এসোসিয়েসন শেম্বসি লোইরবদি ঐসু খরা কোম্লগনি, মসি লোইদ্রিমখৈদি খরদি চিনখিবা তারী। হয়েংদি সোয়নুকো, তাঞ্জা য়েংলগা ঙাইহাক চৎথোকলুচো।"

নোংঙাল্লগা ফজবী ঙসিদি মাগী নুপানা হলক্লগা হংলবদা খুমফম লৈররোই খন্দুনা শংননবা তাঞ্জা শেমদুনা ঙাইহাক চেল্লুই। সোরোজিনিখোয়, পিশকখোয় উন্নরুই।

মথং নুমিৎকী নুংশা কল্লবা মতমনি। সোরোজিনি, পিশক, মনিলৈমা, বিনাসখি মখোয় খরা লাকই। মতমদু ফজবী চাক চাগে কন্না তৌরি। মিটিংগী মরোল হংলৈ। ফজবীসু অখঙবা খরমখৈদি হায়রে, "মরুওইনা হন্দক্কী থৌরাং অসিদি অহানবনি, নুপীবু মশা মউ ফহন্নবা, য়াইফ-য়ুম্বালগী ৱারী, অঙাং য়োকপগী, মচিঞ্জাক পীবকাদু অমত্তা নত্তে, পূমনৌ নৌবনি, নুপীবু নুপাগী মপাল তাংনা হিংদনবগী থৌরাংনি হায়।"

লাক্লিবশিংদুনা

"মখোয়না পীগদৌরিবশিংদুবু করি করিনো?"

"খঙদে ঐখোয়না ফি শানিংলগা কোন ফংগনি, ফুরিৎ তুনিংলগা মেছিন ফংগনি, ঙা য়োক্লিংলগা ঙা মচা ফংগনিসু হায়রি। লাইরিকসু হৈহনগদৌরিমাল্লে।"

ময়ামশিংদু থৱায় হেন্না য়াওশীল্লকই।

"অদু ওইরবদি ঐখোয়গী মিটিং অসি মী খরা য়াম্না পূন্নবা হোৎনসি পাউ চেল্লুসি, মী খোম্লুসি, ফজবী নঙসু ঙাইহাক য়াওরুসি।" হায়দুনা লাক্লিবা কাঙবুদুনা মখুৎ চিংদুনা পুখ্রে।

নুমিৎ খরনি অসি ফজবীসু মী খোম্বা চৎলি। নিংথৌজাও হলক্লগা তম্মী। নোংমাইজিং নুমিৎকী মিটিং অসি মী য়াম্না য়ামগদৌবা মাল্লি, নুপীশিং য়াম্না থৱায় য়াওই। থোইদোকপা মখা তারক্তে মাগী নুপানা হায়বা হায়ববু

"য়ারিবমখৈ মী য়ামহল্লু, ঐগী এলাকানি হায়রগা মায় চোপতনবা।"

মিটিং অদু মী য়াম্মী। থা অহুম মরি লেপ্তুনা মিটিং কুন্থা নিফু চত্থরকপসিদা ঙসিগী অসিনা মী য়াম্বা ইহেল হেল্লী হায়বসি সরকারগী মীওইশিংনা হায়নবা ৱাফমনি। নিংথৌজাও মায় পাকই। নুংঙাই।

নুমিদাংদুদা ফজবীনা হায়

"মোইবাদি ৱা ঙাঙববু য়াম্না হৈরম্মীনে। ঙসাই ঙাঙবদো য়াম্না ফজে হায়নৈ, মী য়াম্না খুবাক খুই।"

"নিতিগী সুম ঙাঙশিলক্লবনিনা ঐসু চিনফা পুরে।"

"অদুগা ঙসাই নুপী অমনা ঙাঙবদা মীগী লমদদি নুপীশিং অসে অঙাং পোকপদা পৈশা পীগনি লাওথোক্লে হায়রিবদুবু অচুম্বরো?"

"এ: ! চুমদ্রবদি হেক্তা হায়জিনবা য়াপোৎ নত্তে, অঙাং মশীং খুদিংগী পৈশা হেনগৎলিবনি।"

"অদুদি ঐকাসিদি মমল য়াম্না ৱাংলবজাৎনিনে।"

"অদুনবু ঐনা থা খুদিংগী পৈশা কৎচরিবসিনে; প্রাইজ।"

ফজবী নুংবংনবগুম তৌই।

"খঙদেদা পৃথিবীসিনা চাওবনিনা অমদনা ইকং অমদনা ঈচাও, নুপী অমদনা অঙাং পোকপগী পৈশা, নুপী অমদনা অঙাং পোকপগী ফাইন। খরা লৈরগদি মীশিং অসে মখোঙনা চৎপগী মহুৎতা মকোক্না চৎলেকা হায়রক্লবসু ঙক্না থোক্লরোই" হায়রগা হৌগৎখি।

ঙসিদি মখোয় খরা হেড ওফিসতা চৎকনি। মী উন্নগনি অদুগা সরকারনা পীগনি হায়বা পোৎ খরসু লৌথোরক্কনি, ফজবীসু চৎকনি।

ইম্ফালগী বাবুপরাদা লৈবা অনৌবা হাংবা ওফিসতুদা মখোয় মরি-মঙা লাকই। নিংথৌজাও শ্বাই লাওই মাগী নুপী উবদা, মফমসিদা অসুম্না য়ৌরক্কনি হায়বদি থাজরুদে। মখোয় ময়াম লাকপদু য়াম্না হরাওরমগদবনি অদুবু মাগী নুপী য়াওরকপদুদা ওন্নতৈনখ্রে, য়াম্না শাওনিংগুম তৌই। মাবু অসুম্না লাকহন্নীংদে, মসিদা য়াওহন্নীংদে। লাক্লিবা কাঙবু অদুদি নিংথৌজাও উবদা হরাওরদুনা মনাক্তা পরপ পরপ চঙশিলক্কুনা ৱা হংই।

নিংথৌজাও পন্থদনা হৌগৎলক্কুনা মখোয়শিং অদুগা মপান থোকমিন্নরক্লে। শড়ক মপান্দুদা ঙাইহাক ৱারী শান্নররে, পোৎ-চৈ য়েনবা হৌদ্রি, হেক য়েনবা হৌবগা ঐ পাও হায়রক্কে হায়দুনা মখোয়শিংদু থাদোরক্লে।

নিংথৌজাও নিতিগী মতমদগী ঙসিদি ঙন্তা কুমলকই। ময়ুম হেক য়ৌবগা কন্না কৌই,

"ফজবী ফজবী, করিনো নঙনা ঙসি তৌরিবদুনা?"

"কৈদৌরবগে?"

"নঙবু কনানা ওফিসতা লাকউ হায়বগে?"

"করিনো ঐ সেক্রেটরিনে, সেক্রেটরি য়াওদ্রবদি য়াদে।"

"নঙবু কনানা সেক্রেটরি ওইয়ু হায়বগে?"

"কনানা খঙনোদা .... ঐসু ....।"

"চৎলু হৌজিকমক চৎলু, সেক্রেটরি ওইবা ঙমলোই হায়রুচো।"

"সেক্রেটরি ওইরগা কৈদৌরগে?"

"ঐ পামদে।"

"ঐ জ্ঞান-মেন অমা তাশিল্লক্লেকো।"

নুমিদাং চুপ্পদুমা ফজবীবু ঙাঙই, নঙনা কৈদৌদৌরিবনো, তৌদৌবা ঐনা তৌরিদনা হায়।

সেক্রেটরি থাদোকউ হায়বসিগী খৎনরকপসিদি নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকই। ঙসিদি নিংথৌজাও ওফিসকা চৎতে, ছুটি লৌথোকই, ফজবীবু য়েংদুনা লৈ। হায়বা ইন্দ্রবদি নপাম চৎখ্রো হায়রকই। ফাগী নত্তে মখোয় অনী কায়নবগী পারা ফাওবা য়ৌশিল্লকই।

"ঐনা ঙসি ওফিস কুমলকপদা লৈরম্‌গনু, লৈরম্বা তারগনা সেক্রেটরি থাদোকলম্মু, অনীসিগী মরক্তা অমা তৌদ্রবদি নঙ ঙসি ঐনা করি তৌগে য়েংঙু।"

ওফিস কুমলকপদা ফজবী লৈরম্মী। নিংথৌজাওনা

"থাদোক্লবরা?"

ফজবী খুমদে।

"থাদোক্লবা নৎত্রা?"

"ঐবু চৎলু চৎলু হায়দুনা পাখোন থাবমখৈ থারগা অসিবু ঐনা চোংথোকখিবরা? য়ুমথোং খুদিংগী পমপ্লেট য়েহল্লখিবা নৎত্রা?"

"নঙবু ঐনা সেক্রেটরি ওইয়ু হায়বরা?"

"ঐহাক সেক্রেটরি থাদোকপা ঙম্মী, য়ুমসি থাদোকপসু ঙম্মী। অদুবু ঐ সেক্রেটরি থাদোক্কে অদু ওইরবদি নখোয়গী মমিং নুপীশিংগী সনাগী লম্বী হায়রিবদু নুপাশিংগী সনাগী লম্বী হায়দুনা ওঙ্থোকউদনা।"

কোঙ্থোং হাংদোকপগী মখোল তায় য়েংথোকখিবদা সোরোজিনি, পিশক, বিনাসখি, তোম্বী, থাদোয়, চন্দ্রীকানচিংবা ময়াম মরি মরি চঙলকই।

---

# চণ্ডাল্লিনি

ইঞ্জিনিয়র বাবুধনগী মচানুপা অমত্তা পোকচবা সনারেন মবোক্লা কুঠি য়েংলুবদা দশা য়াম্না ফত্তে শিয়ু-নাও হায়বা লৈ ব্রহ্ম ভুজোন তৌথোকউ। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, চণ্ডাল চাক খাঙভু হায়রকই। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয় লৈবাক অসিদা মরাং কায়না লৈ, বার্ত্তন কৎলুরে অদুবু চণ্ডালগীদি হৌজিক ফাওবা লৈত্রি। মসিগী খনবদা বাবুধনগী ইমুং কোক শানৈ। চণ্ডাল য়াওদ্রবদি পুম্নমক অরেম্বা তাগদৌরিবনি।

মঙ্গী, নুমিৎচুপ্পা খুদৈ অমোৎপা অমা শেৎতুনা ফমদুনতা অয়াম্বা মতমদা লৈ। মহাক তং তাবা থবক অমা ইশু শুবা উদে। মাগী নুপী থাদোইনা মাবু থবক শুনবা ফন্না ঙাংই অদুবু মহাক্লা ইরৌ লৌদে। মচাদি নাওরোল অনী শুরে। মখোয়গী ইমুং অসি অয়াম্বা মতমদা খৎনদুনতা লৈ, চাদ-লৈতবগী ঙাংনদুনতা লৈ। মাগী নুপীনা খরা শুরগা ইমুং পুবদুনা কোন্নরক্তে। মরম অদুনা মখোয়গী ইমুংসি য়ুম পানবদা মহি লাংই। মঙ্গীগী মমা মপানা ফাওবা মহাক্কী শুনিংদবা মতৌ অসিদা নখোয় নখোয়না ঙম্নবা পাঞ্জরো হায়দুনা হন্না য়েংবিদ্রবনি। মহাকপু কনানসু থওইবিদে হন্না য়েংবিদে। মাবু খরা লুনা তৌবা খরা খনবীবা হায়ববু নুমিদাংব্বাইরম লৈপুং ফম্বদা মদুমতংদি মহাক্লা হেক চঙখিবদা তরাম তরাম কৌশিল্লি। মাগী মফম চাওনা ফংই। অতৈদদি মাবু উবদা মিৎ লৈথোক্লে। মচা মশু ব্বারকপদা মাগী মমিং পন্দুনা কতন মঙ্গীদৌনা তৌরগেরা হায়নরিবনি।

নোঙাল্লে হন্দক মরক য়াম্না তোইনা মপামদা লাকই মানা মপামদা লাক্লিবসি অতৈ অমগী নত্তে। মনাওনুপীবু থাজনবা মানা নুপা অমা পুশিল্লকক্লি। মসিগীদমক মমাগা মপাগদা কন্না তক্লরি। ঙসিসু মহাক মপামদা লাকই। চাকখুম্মাংদুদা মমা মচা মখোয় অহুম ইকোয় কোয়না ফমিন্নদুনা চাক চামিন্নরি। মমানা হায়রকই

"নুপামচাদুবু ইফৎ ফৎতে হায়নে।"

নোঙাম্লেনা চখোমদু হুকপা তোক্নুনা "ইমা, নচানুপীসি শাহৈরি তৎপা ফাওবা থমগে হায়রিবরা?"

"ফত্তবদা থোকউদৌ শরুক' সিদাসুক লৈজবনা ফৎত্রা, নঙদৌনা হুয়েং পংবা হেক ঝারুরবদি।"

"অদুদি চুক শাগে হায়রিবরা?"

মনাওনুপীনা চাকতু চানা চানা তপ্না খুমলকই "ইচে ঐ তল্লি নুপাদু ফত্তে হায়, ঐ নোই উবদা পেঞ্জরে য়ুমকা পাঞ্জররোই।"

"হে পঙগনু, মণিপুরগী নুপাদি ফত্তবনি নঙগীসু ফররোইদবনি অমদা হেক্তো লৈসিল্লু।"

মতম অমদা মচেনা হায়খিবা ঝাফমসি পুন্সিগী কাউবা ঙমলরোইদবা ঝাফমগুম থাদোইনা থেংখাং থেংখাং নাইনা নীংশিংই।

নুমিদাংনি মঙ্গীগী ইমুং মনুংনি। চাক চারবা মতুংদা মাগী নুপী থাদোইনা চাক চাবগী লুখাক-চৈখাকতু পায়ন পায়ন হায়রকই "তাদা বিরবাবুখোয়গী চাক্কৌবগী থবক-ইস্থাং শুরিবসি নঙ চৎলগা খরা শুগে হায়রুচোদনা, অসিদা অসুম ফমদুনা লৈরগা করি কান্নে। অউ-অউবা মীগা কৈ-য়েন শান্নদুনা লৈবনা হিংবা য়াগদৌরিবরা?"

"ঐদি মীগী ময়ুমদা থবক শুবা অমুক্তসু চৎতনা।"

"হো অদুবু চৎপা হৌরো হায়বনে, ঐসু নোংমা নোংমগী পাৎতা, চীংদা মীগীময়ুমদা থোকঅ-থোকঅবা শুরিবসিনি।"

"করি থবক্লো শুরুগদৌরিবসিবো, শুনিংঙাই লৈতে, ঐ হৈরোইদা।"

মাগী নুপীনা মচাশিং অমদি মখোয়না চাবগী লুখাকতু মখুৎনা শর শর শেংজিল্লগা মঙ্গীদা য়েংলগা

"সে সে তমগদবা নত্তে তমগদবা নত্তে, চাক্কৌবসিনি।"

হায়নরিবা নুমিৎতু মঙ্গী চৎলি। বিরবাবুখোয়গী চাক্কৌবগী লুখাক-চৈখাক, শেংবা, তৈবা, ব্রাইশিং-ব্রাইরম শুরুই। শেল পুরকই। মহাক্না পুরক্লিবা শেনফম অদু মাগী নুপীনা পুরক্লিবা শেনফমদগী চাওবা হেল্লী। ইমুংদু শাফে। খরনি লৈরগা মখা লৈকাইগী চাক চান্নবগী হায়রে। মঙ্গী চৎলি। লৈকাইগী পুখ্রি অচৌবা অমা লৈবদুগী মনাক্তা মহাক্না অমুবা কোর্ফু কোর্ফান লাইখুদেংনচিংবা ময়ামদু ফেং্‌্‌ুবা চামদুনা লৈরিঙৈদা বাবুধনগী নুপী মনিলৈমনা চঙলক্লগা হায়রে

"ইবুংঙো নঙ হংচিৎতি ইমাখোয়দা চাক চাশি, ইমা নঙবু চাক্কৌগে।"

"করিগীনো ইমা?"

"এ ইবুংঙো দশাগী চাক্লি ইমানা নঙবু য়াওহন্নীংদুনা তৌবনি।"

"য়ুমদি?"

"ইমা তাক্কে ইমা তাক্কে। তৌবতবু নঙনা লাকপদা ইরু-মাইথজরগা ফিশেং শেৎলগা লাকউকো।"

অসি হায়রগা মনিলৈমা মাগী ময়ুমবু তাকই।

বাবুধনগী ইমুংনি মীনা চোন্না তিল্লে। চাওরবা মাংগোল অদুদা নীংথিজরবা ফিদা অহুম থাদুনা থমলে। মদুদা থংনবা য়ুমগী ব্রাহ্মণ নন্দলাল শর্ম্মা, ক্ষেত্রিয় বিরেন, মঙ্গি ফমদুনা লৈরে। খুরম-খাজংবা পুন্নমক লোইরে। ইন্নফি অঙৌবনা নঙ্গন্দা কুপ্তুনা শেলনচিংবা দক্ষিনা কৎলে। মী চোন্না তিল্লবা শুমাং অদুদা লৈরিবা মীওই অয়াম্বনা মঙ্গীদা মিৎয়েং থম্মী। কনাসু চেক-মোক লাওনদে ঙম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। তাঞ্জাসিমক্তদা থংনবা বামোন ইমুংদু "অঙাং ঈশিংদা তারে অঙাং ঈশিংদা তারে কনা কনা লৈবগে" হায়দুনা কন্না লাওনরকই, কপখৎনরকপসু য়াওরকই। লাওরক্লিবদু শুমাংদা ফমলিবা মীয়ামদুসু তায় অদুবু কনা অমত্তা খোঙগ্রাই শৎনদে মচি লেঙনদে। মঙ্গীদি হেক তাবমক্তদা ফজরবা ফিদা অদুদগী হৌগৎলক্লুনা কনাদসু য়েংলমদনা হৌদুনা চেনখ্রে। মহাক্না কন্না চেনখিবনা মনঙ্গন্দা কুপলম্বা ইনফিনা উফুলক্তা তাহৌই।

পাকচাওখ্রবা পুখ্রি অদুগী ময়ায়দা অঙাং অদু লুফেৎ লুফেৎ তাউদুনা লৈরল্লী। মঙ্গী পম্ফদনা পুখ্রিদা চোংথরে। ঈশিংনা পাকখিবনা অঙাংদু পাক লৌখৎপা

ঙমদে, য়াম্না ৱানা অঙাংদু লৌখৎলে। অঙাংদু লেঙদে ময়াম চঙদুনা অঙাং অদুবু লাইকন্নরি। মখোঙ মখুৎ মেৎপা য়াও, নোইবা য়াও থাঙ্গৎপা য়াও হোৎনৈ। থিংমাইজমগী শুমাংদা লৈহৌবা মীয়াম অদুসু মফম অসিদা য়ৌরক্লে। মীনা চীক্না-চাইনবা ঙমখিদ্রে। উচিন-নাচিন্না অঙাংদু শ্বর হোল্লকই। অঙাংদুগী মপা-মমা, ব্রাহ্মণ-ব্রহ্মাণনী অনীদুনা চেনশিলক্লুনা "নঙনা ইচাগী থৱায় কনবিবনি, নঙনা পুন্নমক্তগী হেল্লী" হায়দুনা মঙ্গীগী মখোঙ কোন্দুনা নোঙ খোঙবগুম কপ্পী। মঙ্গীনা ইতিং তিংনা "মসি ঐগী অহেনবা করিসু নত্তে ঐনা ঙম্বদু তৌবতনি" হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাঙাং তাবদা ইরাং লাংলম্বা মীওই খুদিংমক মমায় লুকথদুনা তুমিন তুমিন লৈনখিরম্মী। লাংনরিবা তিল্লিবা মীয়ামদু উবদা মকোক্তা থুমোক পুদুনা শড়কতা চৎলম্বী মঙ্গীগী নুপী, মাসু করি তৌরবনো নীংদুনা মফমদুদা চঙলকই। পুন্নমক্লা ইচোৎ চোৎলবা মপুরোইবদা তৌরিবদু উবদা ইঙক ঙক্লা, চঙশিনবসু ঙমদ হন্দোকপসু তৌদ লেপ্তুনা লৈরম্মী। মীয়াম পুল্লবা চেক-মোক লাওদ্রবা মরক অদুদা মঙ্গীনা মাগী নুপীদা মখুৎ থিল্লদুনা "য়েংঙু আদা চণ্ডাল্লিনি অমসু লাক্লে" হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাঙাং তাবদা তিল্লিবা মীয়াম অদুগী মায়থোংশিং অদু তপ্না তপ্না অমুক থাদোইরোমদা মিৎয়েং লৈরকই।

---

# অরোইবা লানফম

মাধবনন্দমোহন শর্ম্মা মহাক্কী চাওরবা মাঙ্গোলগী ফমেন্দা থারিবা ফক অরোনবা অদুগী মথক্তা ফমদুনা লৈ। মহাক হৌজিক হৌজিক শ্রী শ্রী গোবিন্দজিগী বেবস্থাকারি ওইরি। মাংই শেংই, য়াই য়াদে, অচার-বিচারগী মায়কৈদদি হৌজিক কালগী মতমদা মঙোন্দগী হেন্না ঙাকপসি পংলৈ লৈত্রে হায়বা য়াই। শ্রীযুৎ ইবুংঙো চুড়াচান্দ মহারাজ মতমদুগী ব্রহ্মা সভাগী অকন্নবা নিয়ম কানুন চৎনখিবা, তাজখিবা পূন্নমক্তু ঙসিসু মহাক খুদুং ইল্লি। মাগী থম্মোইনুংদা মপুংফানা চেৎনা মাঙদনা লৈরি। মদুবু ঙাকচনবা হোৎনবা হায়বসি মহাক্কী পুন্সিরোললনি। দেব কর্ম্ম অমগী মহাক মাগুব মপুনি। লুহোংবা শোন্নবগীদমক মহাকপু বার্ত্তন তান্নে। সোরাৎ শ্রাদ্ধ কাদি মহাক্কা সংস্কৃত শ্লোক মথং মথং থিদদুনা সংকৃতন হৌবদি বৈকুণ্ঠগা মর্ত্তগা শন্নরবোই নীংহল্লি। হিন্দি সংস্কৃত মতিক চানা হৈ। মতমগী নহারোলশিংনা হায় বাল্মীকিগা লাম্বা তৌনবা য়াগদবা মাল্লি। হিন্দু ধর্ম্মদা মপুং ফানা লুপখিবনা অতোপ্পা ধর্ম্মদি পূক্লিং থিংজিল্লুবা ঙমদ্রে। মসি মাগী লমচৎ শাজৎনা শাক্কিনি। মাগী মীৎয়েং ৱাখল্লোনগী মখাদনি ব্রজলালমোহননা চাওরকখিবসু। মদুদগী শমথরকপনা হৌজিক মৈতৈ নিংঙোল লিংহোইঙম্বীনা পোকচবা মশুইবুংঙো সুর্যকান্তমোহনবু পুক্লুং থা পারগা চহি ৯ দা চঙলকপদা লুগুন থাংদোকপিনবা কন্না নিল্লক্লি। হিদাকপু তোংজৈ পানবদু পোদ্রোক পোদ্রোক চিংদুনা ৱাখল খল্লি। মমৌইবেম্মা লিংহোইঙম্বী থোরক্তুনা চা কপ অমা মমাঙদা তপ্পা থম্মি।

মাধবনন্দনা হংলকই

"নমাদি?"

"কুঠি য়েংবা চৎখি।"

"করিগীনো হৌজিকপো নুমিৎ লেপলবা মতম অসিদা পঞ্জিদকা অমুক চৎলিবসিনা?"

"পাঞ্জি অহুম চিনখুম মান্নদ্রি হায়য়ে।"

হায়নরিঙৈসিমক্তদা বাসুনধারি কোম্থোংলোমদগী চঙলকই। মশাদু তপ তানা ৱাবগী মওংদা সিড়ি কাখৎলক্লগা ইমুংককা চঙদে। মপুরোইবগী মনাক্তা মোরা অমা লৈবদুদা ফমথরগা পাঞ্জিনা হায়রকপা ৱাশিংদু অমত্তা চিৎথদনা তম্মি। অদুগা মাগী বৃন্দাবন চৎপগী যাত্রাসু হংচিৎ অয়ুক্কী পুং ৫ দা তৌনবা হায়রকই অদুসু তম্মি।

মাধবনন্দনা হায়রকই "নঙবো চৎপদা মতারবরা, নশু লুগুন থাংলমদায়সিদা?"

"ঐত্তা ইশু লুগুন থাংবদি নঙগনি। হংচিৎসিদগী চৎখ্রগা নবদ্বিপতা উশব কৎলগা বৃন্দাবন অদুমক পাংলনি। মেরাগী পূর্ণিমা নুমিৎতা রাধা কুণ্ডদা কৃত্তন কৎলগা লোইরে অদুমক থোরক্লগনি মদুনা ইশুগী মঙানি পানবা নত্তে নিনি পানবা নিংঙোল চাকৌবা নঙনবা থোরক্কদৌরিবনি। নুমিৎ তরানিমুক্কী মমাঙদা য়ুম য়ৌরক্কনি। ঐগীদি লায়রদনা রাধেসনাগীদি মেরাগী থাশি নুমিৎতা মপাগী ফিরোইনি মদু নঙনবা লাক্কদৌরিবনি। ইবুংঙো মধুশুদনগসু ঙাংনবা লোইরবনি মানা হেন্দোক্না নঙগনি হায়রি।"

"নচা নুপানবো য়ারব্রা?"

তাঞ্জাসিমক্তদা মচানুপা ব্রজলালমোহননা লাই ৱালহৌবা লোইদুনা লাই লুক কৎপগী লাইনুংদগী শরিক খিঙবগী মখোল তায়। লিংম্থোইঙম্বীনা কাংশি পায়দুনা গোং-গাং গোং-গাং য়ৈরকই, মফমদু পূমনিল নিঙ্লি। মতৈ-মনাও ৱারী শান্নরম্বদু ঙাইহাক লেপ্তুনা মাধবনন্দ শ্বর লেপ্তুনা ভাবনা প্রনাম কৎলি।

ঙাইহাক্কী মতুংদা ব্রজলালমোহন ৱালহৌবমদগী থোংলি-থাক্লিবশিং পূন্নমক্তু ইমুংদা পুশিন্দুনা চাকশঙদা হোঞ্জিল্লকই, চাকখুম্মাঙদা থম্মি। মাগী তুংদা লিংম্থোইঙম্বীনা থাও কৌতা, থুমোক-তাইরুকনচিংবা পোৎ-চৈ হোঞ্জিল্লি। ব্রজলালমোহন মশাগী চাক শরুক্তু খরা থিদুনা চারে। লিংম্থোইঙম্বীনা ৱালহৌবম তৈথোক্লে। পোৎ-চৈ পূন্নমক ফেংদোক চামথোক্লগা ইমুংদা চঙলকপদদি মপুরোইবদি চাক চাবা লোইদুনা মফি শেৎতুনা লৈরম্মী। তাঞ্জাসিমক্তদা মচানুপা সুর্যকান্তমোহন ট্যুসন চৎলুবগী লাইরিক খাওদু পোদুনা চঙলকই। মমানা মচাবু য়েংলগা

"চৎলো চৎলো চাক চাথোক্লুরো স্কুল কাবা থেঙলনি।"

মচাগী চাক পল্লকপদা ব্রজলাল খঙনিং নীংশিংলকই, মচাগী চাক খায়দোকলমদ্রি, চফুদা পুল্লপ লৈহৌরি। খোংগ্রাওগী পেটিদু ফানা ফানা লাওরকই

"ইমা ঐ ইবুংঙোগী চাক খায়দোকলমদ্রে, মা হল্লকত্র।"

থংনবা কাদগী মমানা খুমলকই

"ইমাদি ইরুজদ্রিনহে।"

চন্দোন-চরা লংত্রিক লংনা থিন্দুনা অয়ুক্তগী মপুরোইবগী সেবা তুং ইল্লুবী লিংহোইঙম্বী তায়, ঙক্লা থোক্রুবা ৱাফমনি। মপুরোইবগী খোঙঙুপ কাপ থাদুনা লৈ। খোঙঙুপতুদা হন্না হন্না নানশীল্লি মপাঙ্গল খরা শীজিন্নবা মাল্লি। মিংশেলমুক লংহল্লি। ব্রজলালমোহন্না মচাদা ওনশিল্লগা

"ইবুংঙো চৎলো নঙ হেক্তা থিরুরো পাবুং কাউরমলে।"

লিংহোইঙম্বীদা য়েংথরক্লগা

"মানা তৌরিবসি অমুক্তা তাক-খোৎ তৌবিরুচো।"

লিংহোইঙম্বী হৌগৎলক্লগা মমিৎতু মপুরোইবদা পৈনা য়েংই, মিৎচান্নৈ অদুবু ব্রজলালমোহন মমায় লৈথোকখ্রে।

নুমিৎতুগী নুমিদাংদুমক্তদা ব্রজলালমোহনগা লিংহোইঙম্বীগা য়ান্না থেঙলবা ফাওবা ৱারী শানৈ। অসুম শান্নরম্বদগী নাকপাক নাকপাক মরৈ কন্না য়েংখৎনরকই। মরম হায়ববু অতৈ করিসু নত্তে, ফমুং পূল্লিবা মচা অসিবু লম্বোইবীগনি হায়বা ৱাফম অসিনি লিংহোইঙম্বীনা তাবা ঙমদ্রিবসি। মপুরোইবদা হায়রকই

"করিগীনো নখোয়না অসুক পীক্লিবা অঙাং অসিবু লুগুণ থাংবিগদৌরিবসিবো।"

"কনাদি লৈরি লাই সেবা তৌবিনবা, পাবুং হায়রা শোঞ্জিলক্লে, ঐনা থবক্লা ঙমলিবরা ইমানা অয়াম্বা তৌরিবসিনি?"

"ক্লাস থ্রিদা তমলিবা অঙাং অসিনা লাই সেবা ঙমগদৌরিব্রা?"

"অদুগীদি ঐসু য়ান্না পীক্লা তৌবা হৌরকইদা।"

"নঙবু চহি ১৫দা লুগুণ থাংই হায়বদায়নে।"

ব্রজলালমোহন মাগী নুপীনা হায়রিবদু তায়, মখা তানা পাউখুম পীথরক্তে, তূম্নবা ফিবম শেমদুনা মশাদু শাংদোরকই।

অসিগুম্বা মখল মখলগী তর্ক কয়া অহিং তুমদনা তৌনখ্রবনি ঙসি ফাওবদা ফল মুন্নদুনা লৈরিবনি। লিংথোইঙম্বীনা মপামদা চৎচবা ফাওবা মচাশিংনা পীক্ত পীক্লিকৈঙদদি পুরম্মী খরা চাওরকপদগীদি পুদ্রে মরমদি 'চাক চারকপরা, চারকতবরা, কনানা থোংই' মচিন মেনবা ঙমদবা মখোয়দগী অচুম্বদু খঙথ্রবদি মদুনা করি ওইরকপা য়াবা, চহি কয়া নুংশিনদুনা বামননি খঙনা খঙনা য়ুম অসিদা লাকখ্রবনি অদুগা হৌজিক অমুক মদুগীদমক খুৎলাই পায়দুনা অরিবা চেষ্টবদি মহাক পামদ্রে। অদুগা মপুরোইবা ব্রাহ্মন্না মহাকপু মৈতৈ নিংঙোলনি খঙনা খঙনা মাগীদমক লেপখিবা অদুসু লিংথোইঙম্বী পাক কাউবা ঙমদে। অপাম নুংশি থুংনবা পুন্সিগী অচৌবা মায়পাকপা অমদি মখোয়সু ফংমিন্নবনি। তৌবতবু মায়পাকপগা নুংঙাইবগা কয়া য়াম্না লাপ্নবগে নক্নবগে হায়বদু মৈতৈ নিংঙোল বামন্দা ওংলিবী লিংথোইঙম্বীনা খঙই। মহাক য়ুম অসিদা চাকখুম চঙবা য়াদবতা নত্তনা মহাকপু চউমলকখিবা চাকখুমদু ফাওবা চাবা য়াদে। পুন্নমক অসিদগী হেন্দোক্তুনা হৌজিক মহাক্না হেক পোকচবা মখুৎনা চাক ইল্লিবা মচা অসিবু মানা শোকপা চাক চাররোইদবা হায়বসি কন্না চিংনবা ফাওরক্লি। মসিগী খল্লুবদা মহাক তুমবা ঙমদে। অহিং থেংলক্লে, মনেম মকুগী মমাঙদা মতৈ-মনাওনা খৎনবা ইকাই। কনা লৈত্রবগুম লিংথোইঙম্বী নীংঙমদনা হায়রকই,

"অদুবু মহাক্তি য়াম্না পিক্লি।"

ব্রজলালমোহন্না মপুক্লিং নুংশিরবা মাগী নুপীবু ফাজীনবিরগা তপ্না হায়রকই,

"লিংথোই ধর্ম্ম হায়বসে য়াম্না লুবনি, মসিগী কল্লবা লীপুন্না মীওইবনা অমগা অমগা নুংশিনবা পুরক্লিবনি।"

"ধর্ম্মনা মীওই চা কয়াবু নুংশিনহল্লি অদুগা মীওই কোটি কয়াবুসু কায়নহল্লি।"

পাক্লবা ফমুং ময়ায়দুদা লিংথোইঙম্বী পাঙ্গল অমত্তা য়াওদনা পিদোন্না লৈ। মহাক তূমথবা ঙমদে।

মশুনুপা অসিগী লুগুণ থাংনবগীদমক থা কয়া ঝাৎলিঙৈদগী মপুবোক্না শিল লাঙলক্লিবসি কির্ত্তোন মচা অমবুদি হেন্দোক্না শিল্পী অদুবু লুরিবদি অঙাং অসিগী লুগুণ থাংগগৌরিবা নুমিৎ অসি হিয়াঙ্গৈগী মঙানি পানবা নভেম্বরগী তাং

২৩ য়ুমশকৈশ নুমিৎ অসি মহাক্কী চহিগী পারিক্ষা মনুংনি। নুমিৎসিদা মহাক্কী পরিক্ষা লৈ। মমা ইবেম্মা লিংথোইঙম্বীনা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা য়েথোকপিয়ু য়েথোকপিয়ু কন্না লাওজরি অদুবু মাধবনন্দমোহনদি মাঙ্গোলদা আন্যোক থাদুনা বার্ত্তন ইরি। মচিন্দা হায়রকই

"নুমিৎতুদা থোকপা সবজেক্টতু নোংমা তৌবিয়ু হায়য়ু।"

মবেনসিজ লৈশারিঙৈ মতমগী ৱাখল, অচৌবা মীসি অমত্তা ওইরিঙৈ, লৈকাইদা ফজবী নুপী অমত্তং লৈরিঙৈ, অহলনা হায়রবদি ইন্দবা য়াদে হায়বগী প্রভাবতু হৌজিক ফাওবা লেঙদনা লৈরি অদুবু মদু হৌজিক ফাওবা চৎনখিগদ্রা চৎনররোইদ্রা হায়বসিনি ইমুং অসিনা মায়োক্নরিবা!

মশুনুপা লুগুণ থাংবগী শিৎ শেংবা শুবা নোম্বা নোংজু নুংশা খাক্তনা তৌরকপনা মাধবনন্দমোহন ঙসি হুমনি মরিনি শুরে লোক খরা খরা থুংলকপা। ঙরাংদগীদি লাইহৌসু খরা খরা য়াওরকপনা ঙসিদি চান্ননা হৌখ্রে। ফমুংদা হে হে নাহেদুনা ফৈজুপ মরোল অহুম চীংখৎতুনা লৈরে। মচানুপা ব্রজলালমোহন লৈতে, মাগী থবক মফম উখ্রুলদা চৎখিবা নুমিৎ হুমনি শুরে। মমাসু বৃন্দাবনদগী হলকত্রি। ঙরাংদি ঙম্মসু ঙমদ্রসু উচিন-নাচিন্না লাইগী লুকতু নাহে নাহেনা হৌদুনা কৎলি। ঙসিদি হৌগৎত্রে, ফমুংদগী লেঙদ্রে। চাকশঙদা চাক থোংলিবী মমৌনুপীবু কৌশিল্লগা হায়রকই,

"নখুরা লালাদু লাই ৱালহৌনবা অমুক্তা হায়রুচো।"

পম্বদে লিংথোইঙম্বী চৎখি; ঙাইহাক লৈরগা হল্লকই অদুগা

"পাবুং ঐজ্ঞা লালাদি লৌৱাইদা ফৌ খোম্বা চৎখি হায়।"

"অদুদি ঙসিগী লুকতি কনানা হৌনি" শোল্লি।

মাধবনন্দ নাবতনি, নাবা শংদে, নাহেবা মরক্তা হায়রকই

"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ করম্নো তৌগদৌরিবসিবো।"

লিংথোইঙম্বী ইমুংদা চঙদুনা থবক ইথ্বাং তৌই। অমুক কৌরকই

"নুপীমচা, নুপীমচা।"

"পাবুং করি তাকপিগদবা।"

"ব্রোজেশ্বর, মনিরোতোনখোয়দুবু লৈত্রা, কনানো অমত্তা কৌরুচোনে।"

"ব্রোজেশ্বরদি ঙস্তানা চাক থোংবা চৎখ্রে। মনিরোতোন দেববর্ত্তখোয়দি স্কুল চৎখিবা য়াও থবক চৎখিবা য়াও অমত্তা লৈহৌদে।"

হায়রম্লগা মাগী কাদা চঙখি। ফম্না কুইনা লৈরুরগা মাধবনন্দ অমুক কৌরকই,

"নুপীমচা নুপীমচা।"

"করি ওইরবনো পাবুং?"

"নঙবো মাগী উখুলগী ফোন নম্বর কাদু খঙ লাক্রা?"

"করিগী ওইরবনো পাবুং?"

"লাই সেবা তৌবিনবা কনাসু লৈতে, হৌজিকমক লাকউ হায়যুনে।"

মাধবনন্দ মঙক য়ৌনা চিংখৎলম্বা ফৈজুপ্তু খরা হাইদোক্তুনা হৌগৎকে হোৎনৈ। ইস! মদুনা হেন্না চিংশিনখরে, ঙমদে ঙমদে, হায়দুনা ফৈজুপ্তু অনা য়ৌনা চিংখৎতুনা হিপথখরে। অমুক কৌরকই,

"নুপীমচা।"

মনেম লৈদুনা শিৎ-নান্দুনা তৌগনি হায়বসু নত্ত, মানদি কৈদৌরুনি, বা।। বেগতু ঈশিং অশাবা হাপ্লগা লানশিনবা নত্তনা তৌনিংঙাই লৈতে। লিংথোইঙম্বী খঙই মকুবোক্না হৌরিবা লাইহৌ অসি অরোইবী লাইহৌনি নংত্রেগবু লাই লুক কংতনা ফৈজুপ চিংখৎতুনা অসুম্না লৈবিগদবা মীওই নত্তে।

ইমুংদু ইচিক চিকই, মী ইতাক তাকপগুম তৌই। মাধবনন্দনা মমৌনুপীবু হন্না হন্না কৌই, কনাসু খুমলকতে। মাধবনন্দ প্রোক প্রোক চাক্লা মচিন্না চৈথরকই। ফম্না কুইনা লৈরবা মতুংদা লিংথোইঙম্বী ডা: কৌরুরিমালে কোম্থোংলোমগী ডা: দয়ানন্দগা লোয়ননা চঙলকই। মকুবোকপু য়েংহল্লি। মুন্না য়েংলে। বারি শান্নরে। হিদাক চাগদবা মথং মথং ইরে। চাকখাওদা করিনো মপং খরা তারগা চাগদবা হিদাকসু য়াওরি। ডাক্তরনা করিসু থোইদোকপা তৌরোই, হিদাকশিং অসি চারগা মরাইনা ফজগনি হায়রম্লগা চৎখ্রে। লিংথোইঙম্বীনা,

"পাবুং হিদাক চাবা য়ানবসিবু করি পুজরকউগে?"

"ঙাইখোনে ঐগীদি লাইরিনে, ঐগী ইবুংঙো ইষ্টদেববু করম তৌবা তারিবগে?"

মকুবোক্কী অনাবনা শোক্লবা মায়থোংদু ৱাখলগী নুংঙাইতবনা অমুক্কা হেন্না শোকচিনখ্রে, শকফমদু লিংথোইঙম্বী উই হায়রকই,

"পাবুং, ইবুংঙো স্কুলদগী লৌরুরগা ঐনা তাক্লগা হৌহল্লসিরা?"

"মাসু য়াদ্রিনে, লাইমিং লৌদ্রিনে, অদুগীনিনে ঐনা মাবু লুগুণ থাংগদৌবগী হোৎনরিবসে।"

লিংথোইঙম্বী চেন্দুনা হিদাক লৈরুদুনা মকুবোকবু পীজরে। হিদাক চারব্বা ঙাইহাক্কী মতুংদদি লাইহৌদু খরা হন্দোকপগুম তৌই। ফৈজুপ্তু হায়দোক্লগা নুমিৎ নিনি চাক মরূ অমা তারক্তবনা হৌগৎলুদ্রবসু ফমুংদা ফম্বা ঙম্বরা য়েংই।

"নুপীমচা লাইগী ৱালহৌববু ...।"

লিংথোইঙম্বীদি মাগী কাদা মফি-মরোল শেৎলি, য়াম্না মোন্দা নুংঙাইবদৌনা মশাদু মনীং তম্মী। থংনবা কাদা মকুবোক্না ৱারিবদু ইখঙ খঙদবগুম গে-গে লাওনা মিংশেল মমাঙদা কেরি। য়াম্না নুংঙাই য়াইফবীগুম মশা পুম্বা হায় হুম্মী। মানা ইমুং অসিদা হেক খোঙদারকখিবা নুমিৎতগী ঙসিমুক য়ৌনা অমুক্তা মনিং তমখিদ্রি, মখেল লাংখিদ্রি। চহি কয়া ইকাই নুংশি য়ান্ননা হিংলকপা ঙসিদি অতোন-অরেন ওইনা করিসু নাচুংদনা ঈশৈ ঙংলি। অপোকপা মপাগা মকুবোক্কগী অঙম তান্নবা লান্দা লুহোং লুহোংনা মঙানি চাক্কৌবা চাবা ফংখিদবা কন্যানি। হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মকুবোক্না মৈতৈনা থোংবা চাক চাবা য়াদে হায়রুবদগী মৈতৈ ধর্ম্ম (সনামহি লাইনিং) চৎপা মপানসু চারোইদবা মীদি চাক কৌরোই হায়দুনা তোকখিবনি। মদুগী মলোমতনা ঙাইশেল অনীমক নোংমতা কৌনবা নম্ভে, অমনা অমবু ইথোকনৈ। অদুগা লিংথোইঙম্বীনা শিরগা খাঙেল্লগদবা মফম অসিদা চহি চুপ্না হংজরিবদি "নঙনা ঐবু ইথোকপরা?" অসিনি।

মকুবোক হিদাক থাখিবদগী লাইহৌ থাদুনা ফি হাইদোক্তুনা লৈ। মশাদা অরাম খৌরাংবা ফাওরকপগুম তৌই, কৌরকই,

"নুপীমচা, নহাকপু চৎথোক্কদৌরিবরা?"

"পাবুং ঐ স্কুল ফাওবদং সোই অমুক্তা তৌরুগে, য়াম্না থুনা হল্লকনি।"

মাধবনন্দনা মথম্মোই শোক্না শমথৈ,

"হৌজিক কালগী অঙাংশিংসি ধর্ম্মদি লৈখিদ্রেদকো, করিসু নাচুংদেনে-সে।"

লিংথোইঙম্বীনা চৎত্রিঙেদুদা মকুনা লাওরকই,

"ইপাবু করিনো খিত্তা পীজৌনে, পুকসে মথঙ্গাওল্লেনহে।"

লিংথোইঙম্বী মকুবোক্লা হায়রিবদু তায়, খুৎলৈ থুনা চঙশিলক্তুনা ফমাংদা লেপলরগা -

"পাবুং, লুক ওইনা হারসি হিদাক চাগদবসু য়াম্না লৈরি।"

লিংথোইঙম্বী মখুৎনা থোংজবা চাকতু হৌজিকসু চফু কায়দনা লৈরি, মচাশিংদনি কোৎথোক্তুনা পীজখিবা। চৎথোকপগী মফি-মরোল শেৎলুবদু থুনা মুগা ফনেক হোংদোক্তুনা চাকখুমদা চঙখ্রে। ঙসিনা ইহান হানবনি মানা মকুবোক্কী চাক পায়গদৌরিবসি. অতৈ অচা-অথক্তি পায়, চাকতি অমুক্তা শোক্তে। মশাদু খৌতক খৌতক তৌই, হৈনদবগুম থবক তৌরিবা মখুৎতু তয়াং তশোই। ভৌবা-খোৎপা তৌদুনা মনিল ৱা ৱা কাদুনা চাকতু পুথোরক্লে অদুগা মকু ইবুংঙোবু ফদি অচোংপা অমনা মমায়-মমিং মখুৎ-মশাদু খরা নানথোকচরে। চন্দোলসু খরা নমলে অদুগা চাক পুখমদু মকুগী মাঙদা থাংজিল্লে। মকুবোক্লা শোন্না মথৱাই নুংঙাইতনা-

"ঐগী ইবুংঙোনা চরা হেল্লগা ঐনা চাবা তারবরা?"

ঙাঙলম্বা শুরদগী খরা মতিঙ লৈনা ওঙ্থোরক্লগা লিংথোইঙম্বীবু পৈনা য়েংলগা

"নুপীমচা নঙসু নমা লৈত্রবদি করিনো খরদি তৌবা য়াইকো।"

লিংথোইঙম্বী নক্লা

"পাবুং, পাবুংনা হেন্না খঙবিরিবনি, ঈশ্বরদি পুন্নমক উবিরিবা খঙবিরিবনি, মানা য়ৌদবা লৈতে। করম্বা ঈশ্বরনা মপি তানা লৈবা য়াওবগে, মাদি ঐখোয়তবু উজবদা মোমোনতা তৌবনি। মতমসু য়াম্না থেঙখ্রে, ঙসিগী হৌগদবদু ভোজ্য ওইনা ঐ কৎচরুরগে।"

"হোয়নে ইবেম্মা অদুম্নরা করিনো খরা তৌনে।"

লিংথোইঙম্বী মকুগী কাদগী খুৎলৈ থুনা থোরক্লে, ৱালহৌবম লোমদা লাক্লে। মমলিরিঙেদগী ৱাই তৈদুনা, ফেংদুনা, চামদুনা থমখ্রবা কোল্লিকশিং পুন্নমক অদো অমমমতা পায়দুনা শেম্লরে। হৈরুক, পানা-তাঙ্গা, লৈ অদুদগী নিতি নুমিৎ

খুদিংগী লুক চনবা শেঙ্গা অদুদা চেং, হৱাই, কোবী, মাইরেলনচিংবা ঙসিগী হৌগদবা মচাক মথুমশিং পূন্নমক্তু নীংথিনা থেনগৎলে অদুগা মপোকঙৈগী শোকত্রিবা থোঙদু তপ্না হাংদুনা লাইনুংদা চঙলক্লে। মশাপূম্বা নীকই, অকি তুজুং ফাওই, নুংঙাইবগী ইথকসু পাখৎলকই; পন্থবা ঙমদ্রে পোৎ খুদিংমক তপ্না তপ্না লাইমাঙ অদুদা পরেং শানা থমলে। পঞ্জামিতদা বর্ত্তি পরেং চূদুনা লাকোই অমগী মথক্তা থমলে। লৈ কৎলে, ধুব থারে। বর্ত্তিগী মৈঙালনা কা অদু মশেক মঙালনা ইরং লংহল্লে। নিলপদ্মা থরোগী কুচুবু ঙমজবা ইবুংঙোগী কুচুগা সনা অহিংবা ঙমজবা রাধিকাগী কুচুগা অনীগী নুংশিবা মায়থোং থম্বালনা লেপমিন্নদুনা মোমোন মিনোক্লা মপুং ফানা ঙাম্থোইরি। য়েৎ থংবদনা শ্রী শ্রী মহাপ্রভুনা নাম য়েন্দুনা হোরিবোল লাওরি। ওই থংবদনা জগৎকী মপু শ্রী শ্রী জগৎ বোঙ্কুনা নিংঙাইদনা ফমদেংলি, ময়ায়দা শ্রীরাধা গোবিন্দা। ইবুংঙোগী ওইথংবা খুৎনা ইবেম্মবু কোন্দুনা য়েৎ থংবা খুৎনা খুৎচা নাইনা বাঁশি পায়দুনা, ইবেম্মসু খুৎ অনী তিংথোরক্তুনা পামজবা বাঁশিগী নাকল অমবু পুজদুনা কয়াদা নুংশিনা ঙাম্থোইরিবা; মখুৎনা লেংজখিবা লৈহাও পরেং অমনা অনীগী ঙকশমদা পূন্না থোল্লি। ইবুংঙোগী ঙক্লা খজিক্তুং চেপথরকপনা ৱাহোংগী চূড়ানা ইবেম্মগী কোক্কী লৈতেংদা শোক্লুরি। সনাফিগে মুগা ফেজোমগী অরংবা মচুগা, অশংবা মচুগী পোৎলোইদা থিনবা কিনারদগী থকতোরকপা মশেক্কা অঙম তান্নদুনা কাদু ইথক ইপোম হৌহল্লে। মরক অসিদা লৈমায়দগী কারকপা ধ্রুবগী মরী মরীনা গোবিন্দ রাশেশ্বরী অনীগী হকচাংদা ময়েৎ ময়েৎ ওইনা য়েৎচরি। লিংথোইঙম্বী মপুক্লীংদা হায়রি কর্পুরগী রসকা তিন্নরবা ঘীগী বর্ত্তি অসিনা মরোল অহুমমক্কী অমম্ববু কোক্লরিবা থাংমৈ অসি কৎচরি। চানবা পোৎ মখল মরীনা ওইবা নৈবেদ্যনচিংবা উবদা পুক্লিং মকা লান্নবা রস তরুক্লা তিল্লবা অন্ন কৌবা অসিবু হে হরি ইবুংঙো নঙনা হাবিনবা কৎচরি। ইবুংঙো, ননাই ঐদি নঙগী মন্ত্রসু খঙজদে, পুজা তৌবসু হৈজদে, পুজা তৌবগী নিয়মসু খঙজদে, ননাইনা হৈ-লৈ খরদংনা কৎচরিবা অসি হে লাইগী লাই ওইবা ননাইগী মপু মহাত্মা মপুং ফাবা হায়বদু ওইহনবীদুনা ঙসিগী ভোজ্য অসি লৌবিয়ুরো। লিংথোইঙম্বী পি শিন্থরকই। পঞ্জামিতা থাংগৎতুনা বর্ত্তি হায়নবগী পাম্নবা মাওদ্রে। মশাদু অনীশুবা মিরা অমগুম লৈমায়থক্তা লৈতারকই। মহাক্কী মতৌরুক চবদা গোবিন্দ রাশেশ্বরী অনীদি খোইরুম মোমোন্নবা য়েংদুনা লৈরি।



অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। মল্লবা ডাইরি (রারী মচা) ১৯৭৮

২। শকখঙদবী (নোভেল) ১৯৮৪

৩। পোক্লফম (রারী মচা) ১৯৯৫

৪। ঐগী নুপাগী মচা (রারী মচা) ২০০৫

ISBN 81-89101-04-8